# ꯂꯥꯏꯅꯤꯡ ꯂꯥꯏꯁꯣꯟ ꯇꯤꯟꯁꯣꯟ ꯈꯔꯥ

# লাইনিং লাইশোন তিনশোন খরা



এণ্ড প্রিজার্বেসন ফাওন্দেসন, মণিপুর

বন্দ. খম্নাম লৈরক, ইম্ফাল রেষ্ট-৭৯৫০০১

# লাইনিং লাইশোন তিমশোন খরা

অইবা

শ্রীচবুংবম চাউবা সিংহ
(লৈখিদ্রবা)

রিন্দা লাইব্রেরি এণ্ড প্রিজার্বেসন ফাওন্দেসন, মণিপুর
শগোলবন্দ, খম্নাম লৈরক, ইম্ফাল রেষ্ট-৭৯৫০০১




# LAINING LAISHON TINSHON KHARA

Written by : (Late) CHABUNGBAM CHAOBA SINGH
Published by Rajen Khumukcham on behalf of
RINDA LIBRARY AND PRESERVATION FOUNDATION, MANIPUR
Sagolband, Khamnam Leirak, Imphal West-795001

BY .

অহানবা ফোঙবা ঃ ৯ ওগষ্ট, ২০০৯
অফোঙবা ঃ রাজেন খুমুকচম
রিন্দা পাব্লিকেসন্সগীদমক
কিযাব ওঝ ঃ রিন্দা লাইব্রেরি এণ্ড প্রিজার্বেসন ফাওন্দেসন, মণিপুর
শগোলবন্দ খম্নাম লৈরক, ইম্ফাল বেষ্ট- ৭৯৫০০১
কোপী মশীং ঃ ১৩৫৭
ফংফম খোকপা ঃ অইবা / অফোঙবা

মখুম ঃ কে আর লুন্নাং
মমল ঃ লুপা ঃ

*নৈনবগী হীবম নং ভবা অতৈ মবম অমওদা লাইরিক অসিগী কবিগুম্বা শরুক অমত্তা অফোঙবগী অযাবা য়াওদনা শীজিন্নবিদনবা নীংশিংঙৈ ।*



চবুংবম চাউবা সিংহ



খুমুকচম বুদ্ধি সিংহ

লাইনিং লাইশোন তিনশোন খরা
কৌবা লাইরিক অসি
লাইরমলেন্দা লৈথ্রবা
অপোকপা খুমুকচম বুদ্ধি সিংহ
অমদি লাইরিক অসিবু ইবিরম্বা
চবুংবম চাউবা সিংহ
অনীগী মফমদা কংচরি
পাম্বী অমদি অইবা অনীনা লংনবা লৈতনা
লৌশিনবীয়ু

কংচরিবা
অফোঙবা, রাজেন খুমুকচম

# অফোঙবগী ব্রারোল

অইবা অইবীশিংনা পূব্লীং খোয়দানা, থব্রায় তানা, মতম চংনা শাগৎচরকপা পোৎশক অমা শাগৎপা লোয়রবা মতুংদা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপিনবা লমদমসিদা অব্রাৎপা ওইদুনা শাংলবা মতমসিদা লাক্লি । ব্রাৎলি, লৈতে, লাইরৈ হায়দুনা তোকথোকপদি য়ানিংদবগুম অইবা অইবীশিংনা মশা মশানা চে অমদি প্রেসকী অচংবা শেল পূম্নমক পুথোকচরগা অপোকপা-অপোকপীগী মিংদা, মচানুপা-মচানুগী মিংদা, লোয়নবা লোয়নবীগী মিংদা নৎত্রে হায়রগনা নুংশিজবা কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমগী মিংদা তঙাই ফদবা পামজবা অমা ওইনা হেক হেক লাইরিক ফোঙনৈ । ব্রাহৈসিমক হায়মনবা থোক্লেইদ্রা খল্লি, ইশামকসু তৌজরিবনি । লাইরিক ওন্থোক্লবা তুংদা ফোঙদোকপা নুমিৎতা খোরশা কয়াগা লোয়ননা লাইরিক ৫০ দগীনা ২০০ ফাওবদি লেম্না- লেম্না খুদোল ওইনা য়েন্থোক্লে। মসি মণিপুরদা চৎনরিবা য়াম্না ফজখ্রবা চৎনবিনি । অদুবু ফজখ্রবা চৎনবি অসিনা অইবা অইবীশিংবু মখা তানা লাইরিক পুথোক্লবা হোৎনরকপা মতমদা ঙমখে লৈতনা অব্রাবা কয়াদি মায়োক্লহল্লি।

লাইরিক পাবিনবা মীগী মশিং ব্রাৎপা, কৈথেলগী ঙমখৈ, লোনগী চন্নফম পীকপনা লাইরিক ফোঙবা নুমিৎতগী হৌরগা খুদোল ওইনা য়েন্থোকখ্রগা লেমহৌবা মখৈ পুনশিল্লগা য়ুমদা থম্বনা অয়াম্বনি । লাইরিক য়োনফমশিংদা খরদং থমলুরবসু লাইরিক শিংখ্রবসু শেনশাফম খঙহনবিদে । মরম কয়ামরুম অসিননি ফোঙবীনবা (পাব্লিশর) মশিং ব্রাৎলিবসু । পাব্লিশরশিংনসু তম্না লাইরিক অমদি মদুগা মরী লৈনবা নোটশিংদি ফোঙবগী অকিবা লৈরমদে । অদুবু মদুসু হৌজিক্তালদি, তম্না লাইরিক অয়াম্বা বোর্ড মশা-মশানা ফোঙজবসু য়াওখরে, লোয়ননা নোটকী কান্নবসু লৈরক্লবগুম তৌরক্লে । তাঙ্গাসিদনি লমদমসিগী পাব্লিশরশিংনা অমুক অব্রাবা অমা মায়োক্লরিবসি ।

মতৌ অসুম তৌনা লমদমসিদা তম্না লাইরিক নৎতবগী অইবশিং অমসুং পাব্লিশরশিং অনীমক পুন্না নীংবা কায়নিংঙাই ওইরকই । তাঙ্গাসিদা খজিক্তং লাইবক ফবা অমা হায়বা তারবদি রাজা রাম মোহন রোয় লাইব্রেরি ফাউন্দেসননা স্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরি, মনিপুরগী খুৎথাংদা অইবা অইবী অমদগী লাইরিক মশিং ১৩১ / ১১১ থক চহিদা লৈবীদুনা মণিপুরগী অইবা অমদি পাব্লিশরশিংদা শিদ হিদাক অমদি পীবিরি । মসিগীদমক অইবা অমদি পাব্লিশর অমা ওইনা থৌওংসিবু শিনবিরীবা স্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরি অমদি রাজা রাম মোহন রোয় ফাউন্দেসনবু থম্মোয় শেংনা তৌবীমল খঙবা উৎচরি ।

অমরোমদা, ইকাইখুম্নজরিবা, হিস এক্সিলেন্সি মণিপুরগী গর্ভণর য়াওবা ফঙ্কসন কয়াদা লমদমসিগী অইবা অমদি পাব্লিশরশিংনা থেংনরিবা অব্রাবসি খরদংদা ওইরবসু কোকহনবীনবা ব্রাফম থাংগৎচখিবদা ইকাইখুম্নজরিবা গর্ভণরনা কোকহনবিগনি হায়বগী

আশা কয়াদি মাগী ব্রারোলদা হেক-হেক থম্বীরমখি। অদুবু লাইবকথিবদি, এজুকেসন দিপার্টমেন্ট (এস) গর্ভণমেন্ট ওফ মণিপুরনা চহিদা লাইরিক খরা-খরা লৈবিরম্বদুসু ২০০৫ দগীনা ২০০৮ ফাওবদি সরকারগী ফন্দ লৈতে হায়দুনা অনৌবা লাইরিক লৈবিখিদ্রে। মসিনা লমদমসিগী অইবা অমসুং পাব্লিশরশিংদদি য়াম্না চাউনা নিংবা কায়হনবিখি। য়োনফম লৈতবা লমদমসিগী অইবা অমদি পাব্লিশরশিংবু হিংজবা ঙম্নবা থম্মোয় শেংনা অতৈ ষ্টেটশিংগুম মণিপুর সরকারনা থৌশিল অমদি পায়খৎচহননিংই।

অসিগুম্নবা অব্রাবা কয়া মায়োক্লরিবা ময়ামসিগী মরক্তা নোংমা প্রেসতা ঐগী লাইরিক অমা ফোঙনবগীদমক লোইশিননবা কন্না হোৎনরিঙৈ মতমদা কম্পুটর টাইপ সেট্টিং তৌরিবী ইচল মেমচানা মহাক্কী লৈখিদ্রবা অপোকপনা ইরম্বা খুৎই খরা লৈ, মদু য়াম্না ফোঙজনিংই, য়ারগদি ওজানা খরা ফোঙবীয়ু কন্না হায়রকখি। ইবা পামজবা অমা ওইনা ফোঙবা ঙমদবগী থেংনখিবা ফোঙনিংবগী অব্রাবদু নীংশিংলুরগা ইচলগী লৈখিদ্রবা অপোকপনা ইবিরম্বা লাইরিক অসি ফোঙলগে হায়না খল্লদুনা ঐনা খুৎই অসি লৌখিবনি। ফোঙননবগীদমক খুৎই অসি শমজিন্নবা হোৎনবা মতমদা তান্নগদবা অইবসু মশা লৈখিদ্রবা ওইবনা য়াম্না অব্রাবা অমা ওইখি। অদুম ওইনমক লাইরিক অসিনা শোয়দনমক অপাবসিদা কান্নবা খরদি পীরগনি খঞ্জদুনা অব্রাবা খঙদনা হোৎনজখিবনি। ঙসিদি মীয়ামগী মফমদা অফোঙবা অমা ওইনা লৈখিদ্রবা অইবা চবুংবম চাউবা সিংহগী খুৎইসি লাইরিক ওম্মোক্নুনা খুৎশিন্নজরবনি।

ঐনা হেক-হেক হায়জ-পঞ্জবদুনি। শেল মরাং কায়না লৈদুনা, য়াম্না খঙ-হৈরে হায়দুনা অমদি শেন্দোংগীদমক থল্লগা পাব্লিশর ওইজবা নৎচদে। মমাং চহিদা R R RL F না লৈবীখিবা ঐগী লাইরিক খরদগী ফংলকপা শেনফম খরদু কায়থোক্তনা থম্নগা লাইরিক ফোঙবা পামজবশিংদা মতেং ওইনজবতনি। থৌওং অসি লেপ্পা লৈতনা পাঙথোকচবা ঙমজবা ঈশ্বর অমদি পাবীরিবা মীয়াম পূম্নমক্তগী থৌজাল নিজরি।

অরোইবদা লাইরিক অসি ওইন্নবা হোৎনবা মতমদা থব্রায় হকচাং য়াওনা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা প্রেসকী মপু ঐগী ইনাও ও বিজেন্দ্র, টাইপ সেট্টিং তৌবীখিবা ঐগী ইনাও শ্যামচান্দ অমদি শারিতা, ওফসেট থৌবিখিবা ইনাও শরত অমদি লুখোই, বাইদিং তৌবীখিবী ইচল সুশিল্লা, ইচাগুম্নবী জোনী অমদি তেংবাংবিরকখিবা পূম্নমকপু অফোঙবা অমা ওইনা ঐহাক্না তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

*ইরাই, ১৯/৬/২০০৯* রাজেন খুমুকচম

*শগোলবন্দ, খম্নাম লৈরক, ইম্ফাল*

# মহাদেবগী পূজা অমদি নীংজনবা থৌরম পরেং

মহাদেব ইবুংঙোগী পূজা তৌনিংলবদি অয়ুক অঙনবা চীংখৈ হুনবদা হৌগৎলগা অহানবদা হকচাং শেংদোক্কনি । চিন-য়া শেংবা লোইরগা ইরুজগনি । নুমিৎ অদু য়ারবদি চরা হেনবনা খ্বাইদগী ফগনি ।

ইরুজবদা ঃ "ওঁ শিবা গঙ্গায় নম :"

মিংখৈ অসি শোল্লগা শেংনা ইরুজথোক্কনি । ইরুজবা হেক লোইবগা ঈশিং খুজোক অহুমখক কৎচগনি শোনগদৌবা মিংখৈদি -



হে ক্রাক পিতম্বর
লুপা অহিংবগী কুচুবু ঙমজবা
কুফেৎ কাফেৎ তনিক তনিকপা
তাইবঙ থব্রায়গী লেংজুমদা তোংলগা
মপূ মাগী লংলা লংজিনবু তাকপিয়ু
মংলান্দসু তাকপিয়ু তাইবঙদসু তম্বীয়ু
তোল্লবা নচানা খুরুমজৈ ।

থৌরম অসি তৎতনা তৌরবদি করি করিগুম্বা নুমিৎতা অঙানবা শক্তম অমা উজগনি । লাইনিংফমদা ফিশেং শেৎলগা চংলবদা নশা অদু হরিনাম শোন্দুনা শেংদোকউ । গুরুবু খুরুমলো । মফম অদুদা লাইবক কৎলগা ফমলো । চংগদৌবা পোৎ চৈ পূম্নমক শেম-শারো তুলসি মনা পায়গা হরিনাম শোন্দুনা পোৎশিং অদুসু শেংদোকউ । মায় অব্রাং নৎত্রগা নোংপোক ওন্দুনা হৈনবা ফমফমদা ফমগনি অদুদগী মখাগী ঈরু লাইশোন অসি শোন্দুনা হকচাং নুংপাল অনীমক শেংদোকউ ঃ

ঈরু লাইশোন ঃ

তাইবঙ থব্রায়া ব্রাইথুংবদি
লমলেন লৈখা লৈয়িনি
লৈরিনা লৈয়েংদা লৈতাজবা
ঙৌপাক্লা ঙৌনুংদা খোম্বাংয়ে
খোম্বাং পোথাং মৈথাংনা
ঙৌবরেন্দা ব্রাইথুংজৈ
থব্রায় নঙনা কাউগনু ।

লৈতোন-মতোম্না তানয়েবদি
গুরুবু মহাক্না পেনজেদা
লৈতোন-য়াতোন মঙালনা
তাইবঙ মমিৎ থকচানৈ
লৈতোম্না স্তৌতোন যৌবদা
শিদয়াই-নাদয়াই ফংজগনি ।

তাইবঙ শেম্বা মপুনা তাইবঙ গুরুদা তাকপিখি, তাইবঙ গুরুনা তাইবঙ থব্রায়দা তাকপিখি । হে লৈতোন ও খোমথোকপী নচাগী য়াব্রাবু খোইথুম্নহনবীয়ু খোম্লেন তুমখুন তানহন হকচাং নুংপাল শেংলবা তুংদা মথাগী ব্রাহে ময়ামসি হায়দুনা থব্রায় পূম্নমকপু হৌদোক্লনি ।

১। খোইদৌদা লৈবা থব্রায় নঙগী নমিংদি বুংঙ রাজ কৌএ ।
২। লৈগা তিংখনগদা লৈবা থব্রায় নঙগী নমিংদি চোংখুবা কৌএ ।
৩। নাকোংগা নাতোনগদা লৈবা থব্রায় নঙগী নমিংদি থৌরমখোম্বা কৌএ ।
৪। মিৎতা পুবা থব্রায় নঙগী নমিংদি মনিক খোম্বা কৌএ ।
৫। উনশা তোংদা পুবা থব্রায় নঙগী নমিংদি মী মনিক খোম্বা কৌএ ।
৬। ইমাগী গর্ভনুংদগী লোয়নরকপা থব্রায়গী নমিংদি অতু -তরেং কৌএ । থব্রায় নখোয় পূম্নমক হৌগৎলো । মপুগী থৌরম তৌবদা তেংবাংবীয়ু ।

মথংদা ঃ

৭। হে তুংলোনখোম্বা ঐগী লোয়নবা অফবা-ফত্তবা পূম্নমক নহাক্না লমজিংবীয়ু ।
৮। হে ব্রহ্ম নহাক্তি তাইবঙ মপুনা শুমদুনা তাওহন্দুনা ঐগী থম্মোয়দা থম্বীরম্মী ! ঙসি কৌবা নোংদগী থব্রায় নহাক হৌগৎলো । খঙদববু খঙহনবীয়ু, উদববু ওইনবীয়ু । ব্রাহে অসি হায়দুনা খুরুমজৌ ।

মথংদা ঃ

৯। শ্রীহরি অঙ্গা তনঙ্গো জীব হংস পর হংস ক্লীং কৃষ্ণয় গোবিন্দায় গোপালগুনয়ে । ক্লীং শ্রীহরি রাজ মঞ্জুরী কৃষ্ণ কৃষ্ণেতি, রাম রামেতি ! রাম্মীয়ম হে ব্রহ্মা নহাকসু হরি হরি শোল্লু। অসি হায়দুনা অচমন তৌরো । খুৎ হামদোক্লগা লৈ মনা নৎত্রগা তুলসি মনা পায়রগা -

১। ওঁ ক্লীং শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য স্বাহা । অহানবা কৎপা।
২। ওঁ ব্রহ্মনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য স্বাহা । অনীশুবা কৎপা।
৩। ক্লীং হরে ক্লীং স্বাহা ঃ অহুম শুবদা কৎকনি ।
মথংদা ফম্বাললোল অসি শক্তুনা খোইয়ুম মাবু য়াকাইবিরো ঃ-

য়েনবা নত্তনা য়েনখোঙ তম, কে ক্রেক কে নখৌ চোয়দুনা
হুইয়েন লান্দাবা তাইবঙদা, থন্নায় পূম্নমক য়াকাইরো
লাইগী লাইথোং হাংবীয়ু, খোইয়ুমগী ফিগে শেংবীয়ু
লাংলৌ লাংওন চনৈনবিগনু, তোল্লবা নচানা খুরুমজে ।

ইহান হানবদা গঙ্গা কৎকনি । গঙ্গা কৎননবা মিংখৈয়োল, মহিনা মপং ওইরিবা, মনম্না ইমুং থল্লিবা কুমজা কুমওন কুমলাক্তবা - নঙগী নহি নয়াই ফংজরগা অনা-অয়েক কোকচগে ।

মৈ হাপ্লগা খুবাক অহুমলক খুরগা কৎকনি । লাইদা কৎপা গঙ্গা অদু করিগুম্বা থক্কে হায়রবদি, অমুক্তং খংচিং চিংবা অনীরক শুবদা শাংনা চিংগনি । মথংদা যঙ্গোম কৎনিংলবদি - য়েৎকী খুৎকী খুজেং মনুং লোমদা খুৎ ওইনা নমগনি । অদুগা মিংখৈ অসি শোন্দুনা কৎকনি ।

ও হে পিতরদর্দ্ধি
পিত পাবন পাপহারী
ওঁ নমঃ শিবায়ঃ-ওঁ নমঃ শিবায়ঃ-ওঁ নমঃ শিবায়

গঙ্গা অমদি যঙ্গোম কত্রিঙৈদা ঃ

অহং ত্বাং নমামি কৈত্যায়িনীদেবী
কলিকা কলিকা ভদ্র কালিকা
অসি ধারস্ত রক্ষস্ত রক্ষস্ত

হ্রাহে অসি হায়দুনা দেবীগী পূজা কৎলো । হৈরাং লৈরাং কৎচগনি । মহাদেবগী পূজা অদু নমানা লমজিংবিগনি করিগুম্বা য়েক্লবা লাম্বা তৌগে নিংলবদি মৈদা হৈ-লৈ কৎলগা মিংখৈ অসি শোল্লবদি লম্বা তৌবা য়াগনি ।

ত্রিদণ্ড ত্রিপুরারী এক দণ্ডধারী ত্রি তাল সংহারী ওঁ নমঃ শিবায়

জগত তারক পাপ নিবারক হে ত্রিপুরারী জগত পিতা অহং ত্বাং নমামী

ওঁ নমঃ শিবায়-ওঁ নমঃ শিবায়-ওঁ নমঃ শিবায়

মথক্তা ইরিবা শিব মহাদেবগী মিংখৈসি অতৎ অথম লৈতনা শকচ শোঙ্গরবদি মপূ মহাক্না শোইদনমক পেনবিগনি । বসন্ত রাগ গী ত্রি তাল হায়বা তাল অদুদা শৈশকউ ।



নীংগদৌবা শক্তম - কুচুদি সনা অহিংবনা ফুদোংনবা
লুপা মহিনা লৈতেংনবা
য়েৎ থংবা খুৎনা গঙ্গা ঙাম্বক পায়বা
নুংঙাই য়াইফবগী তরংদা তাওরিবা
নুংঙাইবা পুম্বগী হে মপুরেন ।

নুংঙাই তরংদা হেক্তা তাওগনি শক্তম অসি নীংশিংদুনা ধ্যান তৌজৌ ।

## মঙাল ফংবা

মহাদেব ইবুংঙোগী থৌজাল অসি ফংলক্লবদি পূজা অদু থৌরম অমা ওইনা হোংদোকউ । নঙগী নশাগী নরাল নৎত্রগা হিংবদা তৌজনবা মরাল অমদি শোইদনা লৈরগনি মরাল অদু শেংদোকপা তাই । হেক শেংদোকপদা মহাদেবগী থৌজাল অদু শোইদনা ফংজরক্কনি । হকচাংদা নুংশিৎ ফত্তবা, মীনা যাদুগুম্বা তৌখিবা ফত্তবা নুংশিৎ পূম্নমক চৎকনি । মঙাল অমা ফংগনি ।

হন্দক্কী মঙাল ফংবসি মতম চংই । নঙনা হোৎনা-হোৎনরগা মোংমা-নোংমগী ঙানবা অসুম হেনগনি । ঙালবু ঙাল্লক্রবদি তাবসু ফংগনি । তাবা ফংলবদি ব্রারী শাবসু য়াগনি । ব্রারী হেক শাবা ফংবদা হংনিংবা ব্রাহংগী পাউখুম ফংগনি । ইমুং মনুংগী অশি-অনা হেক থোকপা মতম অদুমদি কৎপা য়ারোই । ময়ুম পাল্লবীশিংনা অহিং নোংশোইবা য়াইরেকমিন্নরগা নোং হেক ঙানবদা থৌরমসি তৌবদি উতোং অহোবদা ঈশিং হৈবগুম্বনি ।

লম অদুদা চৎলুবদা লম অদুদা লৈবা লাইনা মশক হেক্তা খঙগনি । অফবা লাই ওইরবদি থৌরম অমা অদুমক তম্বীরক্কনি । মহাক্কী মতিক ময়াই শিংথা কম খঙদে - নুমিৎ খুদিংগী তৎত্রবদি নোংমা নোংমগী ফিবম হোংগনি থৌরম হোংগনি । নুংঙাইবা রাগ অমা লৈগনি । মিংখৈ অসি অতৎ অখম লৈতনা শোন্দুনা ধ্যান তৌগনি ।

উগদৌবা থোক্কদৌবা ঃ-

১। করিগুম্বা মঙাল অমা উগনি ।

২। মঙাল ফংলে-ফংলে হায়দুনা লাইয়াম্না লাউজবা মাইগৈ মরি থক-খাদা লাংবা তাগনি ।

৩। হায়রিবা মৈঙান অদুনা খোইদৌদা চাক্লনি হকচাং পূম্নমক মৈচাক অদুগী মঙালনা ঙানগনি।

৪। মথং অরোইবদা ফগ্রিবা মাং-অদুদা ফিংজং অমা খনগনি! ফিজং অদুদগী নঙগা চপ মান্নবা শক্তম অমা থোরক্লনি। মদুনা হকচাংদা হেক চোংশিনবদা বহ্মতেজ শক্তিগী থৌরম লোইরে।

৫। বহ্মনা নঙগী নশক চপ মান্নবা থোরকপদা ঙাংবা অদু তাউ।

নঙ কনানো?

ঐনি!

নঙ ঐবু খঙদ্রা!

খঙইনে

ইহে! নঙদি ঐ ওইরেকো।

ব্রাহ্মসিগা থৌরম অসিগা লম্বা তৌরগা লাইগী পূজা ধ্যান তৌবদা মিৎনা উগনি! নাকোংনা তাগনি! তুম্বা চাবা-চৎপা মতম পুম্বদা তম্বীগনি।

গুরুনা তাকপিরক্লবা তুংদা নোংমদি হায়বদি মিংথৈ অসি হেক তম্লগা ঐগী ইয়ুম অসি য়ৌরবদা ঐ ফম্মুংদা তুমই। অহিংগী মতম ওইরক্লবদা লাইনিংথৌ ইবুংঙোনা লুখুমদা ফমদুনা সেবা তৌরম্মী। মথংদগী পূজা অসি নুমিৎ খুদিংগী তৌজখি। পূজা অসি তৌবদা ঈশ্বরগী মতিক ময়াইবু ফংজখি।

পোৎচং অয়ুক্কী নুমিৎকী কৎননবা পোৎ ধুপ-থাউমৈ হৈ-লৈ ঈশিং পাত্র অমা। মাঙোলদা কৎপা মদুদা খুরুমগনি। নুমিৎ খুদিংগী তৌগদৌবনি। য়াম্না ঙল্লিবমখৈ ফৈ। থেংলবদি মীগী মীর্বা-মীশা লাংদুনা খুদোং চাদে।

থৌওংদি মহাদেবগী মতাংদা ইরিবা শেংদোক শেংজিনগী থৌরম খুদিংমক অমত্তা চিথবা য়াদে! মহাদেবগী মতাং খুদিংমক য়াওগনি। অদুবু দেবীগী মতাং য়াওবমখৈদি য়াওরোই মতাংসি খরা নৈনবা চংই।

অদুম্নদি ওইরগা হদক্কী ব্রহ্মাতেজ হায়বসিদা খুদোংথিবা অমত্তা লৈতে।

মিংথৈঃ

ইন্দ্রিয়গী মনুংদা হ-র-স ময়েক অহুম্না ঐকঁ খুর্জি ওইদুনা তাইবঙ অসি শেম্বীএ। ইবুংঙো মহাক্কী শক্তমদি নীলবর্ণ কুচুনা লৈতেংই। ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিনা থৌগল্লি। ননাইগী মন্নবা জ্ঞানদা মৈঙানগী জ্ঞানবু পিনবীয়ু।

## মহৈ লাইরেম্বীগী য়াকাইরোন

সনাগী থম্বাল ঙাঙ্গাম্নবা
মনানা ময়োনবু কুপ্লিবা
হয়িগী খুয়া থম্বালদগী
লাইজনা তাইবঙদা তারকপদা
য়াইবী থব্রায়না পোথাজে
থব্রায় নহাকপু য়াথোক্রো
মপুগী থম্বাল য়াথোক্রো
নচাগী মাংদা য়াথোকপিয়ু
নচাগী মাংদা য়াথোকপিয়ু
নচাগী মাংদা য়াথোকপিয়ু।

খুবাক অহুমলক খুদুনা য়াকাইরোল অসি শক্তুনা ইমাবু হৌদোক্লগা নমাংদা কৌথরো



### নীংগদৌবা শক্তম

মখুৎ মরি পানগনি
খুত্তা মালা পায়গনি
বেদ খোঞ্জেল থোক্কনি
বিনাগী খোম্লাং পুগনি
ফিডৌনা খাওনগনি

## শোনগদৌবা মিংখৈ

তাইবঙ ফম্বাক্ত য়াথোকপি
মহৈগীদি লাইরেম্বী
লাইরমলেনগী য়াব্রা কোংয়াং
তাইবঙলক্তা য়াকথোকপী
হে লাইও লাইরেম্বী
পলেমগী খোল্লাং ইনবগুম
খোল্লাংনা থব্রায় য়াইবী ফংবগুম
লৌশিংগী মৈরা থানবীয়ু
অচংলক্তা তিলহনবীয়ু
হয়িগী খোল্লেন্দগী য়াথোকপীয়ু
পিনবীয়ু হে ইমা ইমা
লৌশিংগী মৈরা থানবীবু
অথুপ্পা পোরম ফাকপীয়ু
তোল্লবা নচাবু চানবীয়ু
চীংখৈনা-ফিদুপ হনবদা
অঙানবনা মালেম সনবগুম
ঙানহনবীয়ু তাইবঙ থব্রায়দা
কাক্কী লানবাওনা লাক্লা-লাক্লা
চরোই তেতুনা তেৎ-তেৎ হায়না
মালেমদা মপূগী থৌরম সনবগুম
মিংচৎ উরোং খিলহনবীয়ু
য়ারি য়াখোঙ থুমহনবীয়ু
মহৈনা পুক্কে থনবী হে ইমা
খোল্লেন মঙলান্দা তাকপীয়ু
অঙানবদা ঙাননবা তম্বীয়ু
তোল্লবা নচানা খুরুমজে।

একনাম
হয়িগী খায়াংনুংদা য়াতাবী
ইমা লৈয়েংদা তোংলিবী
নচাগী লৈয়েংদা তোংবীয়ু তোংবীয়ু
লৌশিংগী মৈরা থানবীয়ু।

# মহৈ লাইরেম্বী থৌনিরোল

অহানবদা য়াকাইরোল অসি শক্তুনা হৌদোক্কনি। নীংগদৌবা শক্তমদি মখুৎ মরি.... হায়বদুনি।

অয়ুক অঙনবা চীংখৈ হুনবদা হৌগৎলগা শেংনা ইরু মাইথজরগা ফিশেং শেৎলগা নখুৎ লোম্নদুনা চয়োল অহুম শানজরবদি মহৈগী লাইরেম্বী ইমানা চানবিগনি। হায়রিবা চয়োল অহুম অসিদি চাহৈদবা তৌহৈদবা তৌবা য়াদে। ব্রহ্মচার্য্য চৎকদৌবনি। মতমদি বসন্ত ঋতুনা চংলকপদা তৌগনি। থৌরমসিদি নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা তৌনিংলবদি তৌগদৌবনি। মসিনা ইচম চম্বা থৌরমনি।

অনীশুবদা পূজা ওইনা কৎচগে হায়রগা অসুম্না তৌগনি।

পোৎচংঃ - খোইহি, ষঙ্গোম অনৌবা, চু অঙৌবগী চুহিং, চেং অহিংবগী য়াম লফোই। পোৎ ময়ামসি থিংলগা কৎকনি। ধূপ-থাউমৈ নুমিৎ খুদিংগী কৎকনি। পোৎ অগনা অমুক্তগী হেন্না কৎপা য়াদে।

অসিগুম্না পোৎ পূম্নমকসি য়াওরগা অয়ুক নুংথিল অনীমক্তা কৎকনি। মসি নুমিৎ হুমনি কৎকদৌবনি। চৎথোকপা য়ারোই। মরিনি শুবা নুমিৎ মসিমদি নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ব্রা ঙাংবা য়াদে, চৎপা চাবা য়াদে, তুম্বা য়াদে। অমম্বা অহিং অসিমসু থাঙলগা নোং ঙাল্লকপা চীংখৈ হুনবা মতমদা হৌগৎলগা লমহাং, উমং ওইবা, নৎত্রগা তুরেলগী খোঙবান ওইবদা লেপ্পগা নমাই অদু নোংপোক নৎত্রগা অব্রাং ওন্দুনা মথক্কী মিংখৈরোল অসি শকচরবদি "খুত্র মালা পায়বী জাপ-তৌরবী, বিনা খোঙজবী নমা ঐবু মপুগী কোল্লোয় শোঞ্জবদু উজগনি। চীংখৈগী খোঙথাং খুদিংদা বেদগী খোজেন তাজগনি। তাইবঙ শেম্বা মপুবু লাইয়াম খুদিংনা হায়জ নোনজবদু উবা ফংগনি।

থৌরম অসি তৌবা তারবদি থা অহুম চংনা ব্রহ্মাচার্য্য চৎকদৌবনি। ব্রহ্মচার্য্য চৎত্রবদি তৌরুদুনা কান্নরোই। হোয় অদুমকপু হোৎনজমন থরদি ফংজগনি।

থব্রায় পানবা অমত্তা চাবা য়ারোই। চৎনা-লোনচৎ হেক কাইবদা বেদগী খোঞ্জেল তারগানা পঙগদৌবনি।

বেদ শাস্ত্র পূম্নমক তম্বীগনি। মরোল অহুমগী লৌশিংগী পোরম তাকপিগনি। লাইয়াম্না ইকাই খুম্নগনি অদুদগী তাইবঙ মীগীদি গুরু ওইগদৌবনি। ওজা-গুরু নাইনা তমগদৌবনি। কৃপ্পা নৈনগনি।

য়েনবা রাবগী খোম্বাংনা শৈহেক্কনি। শৈহেক অসি তবদা পাম্বা কৈরেলসু য়াথোক্কনি।

ঙসিগী ইরিবা পূজাগী থৌরম অসিদি সনালৈবাক মণিপুরগী মনুংদা নুমিৎনা থোকপদগী ঙসি ফাওবদা কনাগুম্বা অমত্তনা পাংথোকখিবা লৈতে। হিমালয়গী চীংখোঙদা লৈবা কনা-কনাগুম্বনদি হোৎনজে।

গুরু ভক্তি লৈতবনা থৌরম অসি তৌজবদি নুংদা ঈশিং চাইবনি অদুম্নদি ওইরগা নমা ঐবু নিংবু নিংশিংলবনি, খরদি শোয়দনা পিবিগনি।

নবেম্মা ঐদি তাইবঙ শেম্বা মপু শক্রোন নাইদবা, শক্রোন পুবা মপু মাগী মনাইনি। মপুগী মনাই ওইবা মীগী মফমদদি লেংদনা লৈ হায়বসি খক কাউরোইদৌবনি।

অহমগুরকপদা বিনা পায়দুনা শৈহেকসি নুমিৎ খুদিংগী শকচরবদি নবেমবা ঐনা মীদুগী মমাংদা য়াথোকই।

ধর্ম্ম কায়দবা মীগী মফমদা নমা ঐদি লেংদনা লৈ।

নমা ঐগী থৌজাল অসি ফংলবদি চেক্লাগী মরোল খঙগনি। ব্রাইনুগী মব্রা তাগনি। লমহুই লৌশিং ফংগনি।

পাম্বগী য়াব্রা খঙগনি। লমলেন লমজাওদা হৌবা উপালদা মাল্লংগী ইপোম য়েরবদা উজাও মহাক্লা মপুদা চেঞ্জবা পাউজেলবু তাজগনি।

মথক্তা পনখ্রিবা পোৎচং অদুগী মনুংদা ঃ

১। ঘোট লাৎপা

২। হৈনৌ মনা থেৎপা

৩। উয়ুং মরি য়ুংলগা লং অহিংবনা কোইশিন্দুনা পঞ্চমৃত্ত কৎকনি।

## মহৈ লাইরেম্বীগী মরিগুবা থৌনিরোল

মথক্তা পনখ্রিবা খুদিংমক ভক্তিগা লোয়ননা কৎচগনি। হন্দক্কী অরোইবা অসিনা মৈরা কৎপা (যজ্ঞ) তৌবনি।

যজ্ঞ অসিদি বসন্ত ঋতুগী পানথৎলকপা তরুক্লি পানবা নুমিৎকী নুমিদাং ব্রাইরমদা তৌগনি।

মৈফমদি অশেংবদা তৌগনি।

খা-ব্রাংনা শাংগনি। অতৈনা তেনগনি

খুৎকী তাং, মতাং অহমগী লম লুথগনি।

যম্থি লৈঙোইতনা মৈফম অসি তৈগনি।

মফম শিনবা থুংনা যম্থি লৈঙোই তৈথোকউ।

শিং - শহি কুহি অশেংবা তিনজং লাইজংদবা অদুনা কুণ্ডগী মওং য়েংনা ককনৈ।

উশি চংবা তিন চাবা, শুম চারবা শিংনাওইবা য়াদে। হৈরম অরেৎকী শিং য়াওগদৌবনি।

(১) পাঙ্গোং, (২) হৈনৌ (৩) হৈবোং (৪) বোরোই (৫) খোঙনাং মশা (৬) শহি কুহি (৭) হৈক্রু।

কুশু অদুগী মমাংদা পোৎলম ময়াম অসি থাগনি।

কশ্বী অচৌবা অমদা চেং থল্লা হাপকনি। চেং অদুগী মথক্তা লফোই লফাং চং থোকপা অমা হাপকনি। মদুগী মথক্তা য়ুবী মপুম অমা য়াওগনি। য়ুবী অদুদা কুন্দো পরেং অমা শিবিগনি লাইফি ফনেক থাগনি। আসন অঙৌবা অমা য়াওগনি।

ফৌনা ঘোট মখা থাগনি। হৈনৌ মনা অহম্না ঘোট অদুদা কোইশিনগনি। চুথেক মরিদা হৈনৌ মনা থেৎপা চৈ মরি অদু লং অহিংবনা কোইশিনগনি। অথুম-অহাও হৈ-লৈ ক্বা তাঙ্গা দক্ষিনা য়াওগনি।

যজ্ঞ অসি তৌবদা মী অহুম চংদুনা তৌগনি। শিং শেমগদৌবনা ওইদা ফমগনি। লৈ, চেং-থোইদিং পিগদৌবনা য়েৎতা ফমগনি। যজ্ঞ অদু তৌরিবা অদুনা ময়াইদা ফমগনি।

যজ্ঞ অদুগী মৈ য়াংবগী মথৌ - যজ্ঞগী মৈ হৌখ্রবদা মৈ মুত্তনবা কল্লা হোৎনগনি। ঘী হৈথগনি। হুমাই অমা পায়রপা হুমগনি হুমাই অদুনা থক-খা হুমগনি। চিন্না মৈ কাম্বা য়াদে।

যজ্ঞ ফন্নিবা মীপুম খুদিংমক্না ব্রা ঙাংনবা য়াদে। তুমিন তুনিন্না ব্রা ঙাংনদনা তৌগনি। যজ্ঞগী শিং অদু অহুম-মঙা, মঙা অহুম ওইগনি য়েংউ। অহানবা শিংলোন।



অসুম্না মঙারক লোনগনি। শিং অদু হরিনাম শোন্দুনা শেংদোক্কনি উচাল অমদা মৈ চন্নগা শিংগী চুথেক মরিদা চুগদৌবনি। অশেম্বা শিং অদুগী মনুংদা উচাল হাপহৌগনি।

মৈ হেক চুবগা মৈ কৌবা লাইবু মিংথৈরোন অসি শোন্দুনা কৌগনি।

মৈগী মিংথৈ -

হে মৈ কৌবা লাই
লাইরমলেন মীরমলেন তিনলমলেন
মরোল অহুমক্তা চাকলিবা

অঙানবদা শাদোং ওইবা ইবুংঙো
অঙাংবা, অশংবা, অমুবা, অঙৌবা, নিম মানবা
শংবায়বা, ঙাংলৈনবনচিংবা
লৈয়েং লিশিংনা, খোং লাউনা
চাওখৎপিরো চাকখৎপিরো চাকখৎপিরো
হে মৈ কৌবা লাই নচানা খুরুমজে
লাইরমলেনগী লাইবু মৈরিনুংদা উৎপিয়ু
নচাবু চানবীয়ু নুংশিবীয়ু।

মিংখৈ অসি শোন্দুনা মৈবু লৈশি লৈথোনবা লোইবগা খুবাক অহুমলক খুগনি।

"চাকলে চাকলে মঙালতনা পুমঙাল ঙাল্লে"
ব্রাহৈসি হায়দুনা হরাওবা ফোংদোকউ।

## মৈদা কৎকদৌবা পোৎ ঃ

কুন্দো ১০৮, চেং থোইদিং ঘী তোৎলবা তিংথৌ মতোন ১০৮।

কুন্দো অমা তিংথৌ অমা চেং থোইদিং খরা মিংখৈ অদু হেক শোনবা লোইবগা মৈদা কৎকনি।

মিংখৈ অদু ১০৮ লক শোন্দুনা হৈ লৈ চেং থোইদিং অদু কৎকনি ।

পূর্ণাহুতি - অরোইবদা ষঙ্গোম অনৌবা হৈথদুনা পূর্ণহুতি পিগনি! মদু হেক লোইবগা বর নিজগনি।

মৈগী মৈকাপ অহুমশুবদা নমা ঐ লৈরে খঙগনি।
নমিৎ কারল চত্তুনা হঙ্গৎনা য়েংবা য়াদে
খোঙবীদা য়েংলগা নরু লুক্কা নিজগদৌবনি।

য়াকাইরোল অদু শক্রমদাইদা খুবাক অহুমলক খুদোকউ। নখুত্তা লৈরাং খুজোক অমা পায়রগা য়াকাইরোল অদু শক্তুনা নমা ঐবু মালেমদা কৌথজগনি।

হয়িগী খুয়া থম্বালদগী থোরক্লিবী লাইজ ইফুৎনা ঈরম চাম্মা ফাংদুনা তাইবঙদা খোঙদোয়রকপগুম মপুগী কোলোয় মিংলেননা লমলেন লমদাং ওইরগা নমা ঐনা য়াথোকই। মপুবু নিংবা মীওইগী মফমদদি ঐনা খুদক্তা থোকই। য়াকাইরোল শক্লগা তাইবঙ শেম্বা মপুদগী নমা ঐবু নিগদৌবনি।

১। হুঁ হিরি-রি অমম্বগী মপুদা কচ্চরি
২। হুঁ হিরি-লিরি অঙানবগী মপুদা কচ্চরি
৩। হুঁ হিং হিরি রিৎ অমম-অঙান অনীগী মপুদা কচ্চরি ।

হুঁ হিং হিরি রিৎ অমম অঙান মপুদা কৎচরি
হিরি হিরি অঙা
হুঁ হিরি রি অমম্বগী মপুদা কৎচরি

য়েক্লিবা যন্ত্র অসিগী মমিংদি লিকলম কৌই । লিকলম হায়বদি লাইবমলেনগী লাইগী লম্বী হায়বনি । হোরেন যজ্ঞ অদু লোইরক্লবদা চাক্লিবা শিং পূম্নমক তুম্লক্লবদা মৈতান ঙাভা ঙাইরে মৈতালদা লৈবা মৈ নত্তনা মৈরি থোক্লে মতাং অদুদা মৈ অদ মুথৎকনি । মৈ অদু মুত্তবা য়াদে । ঈশিং চাইশিন্দুনা মুথৎপা য়াদে ।

যজ্ঞদা লেম্বা শিং অমা পায়রগা য়েক্লিবা লিক্রমসিগী মাইকৈ য়েংউ । মাইকৈ অদুগী মতুং ইন্না মৈ খোমজিনগনি । চৈ নৎত্রগা শিং অদু ফৈনা পায়রো চৈতোন অমনা কৌব্রুরোমদা চৈতোন অমনা মোইরাং লাইজিদা মসিনা অহানবা শিং খোমজিনগনি । মথক্কী মন্ত্র অদু শোনগনি ।



মথংদা মোইরাং লাইজিদগী হৌরক্লগা চিংখৈরোমদা চৈতোন লৈগনি । অনীশুবা মন্ত্র অদু শোল্লগা মৈ খোমজিনগনি । অহুম শুবদা চিংখৈদগী কৌব্রুরোমদা চৈ অদু থল্লগা শিং অদু খোমজিনগনি । থৌরম অসি যজ্ঞগী কুণ্ড মদুংদা তৌগদৌবনি ।

মৈ অদু মুৎলবা তুংদা মৈ অদুবু মুৎলিবা মী অদুনা কাল কৌবা লাইবু খুরুমদুনা যজ্ঞদগী থোরকপা অকায় অতোয় পূম্নমক ঙাকপিনবা নিজগনি ।

## হি-য়াই-নিজনবা থৌরম

**হিখোয়বী য়াইখোয়বী**
**তাইবঙ ফয়াজ্ঞা খোঙদোয়বী**
**তোল্লবা নচাবু চানবীয়ু**

অহিংগী তাংলৌ লৈনা থেংলক্লবদা, মীচিক মীরাওখোন তাদ্রবা মতমদা নফি ফিশেং শেংলগা শুমাঙদা লেপ্লগা নরন-নথুম নিজগদৌবনি ।

নুমিৎ মঙানি, অহিং অহিং খুদিংগী চরা হেনগনি ধূপ অমত্তংদি থাজৌ । নুমিৎ মঙানিসিদা লমচৎ শাজৎ নত্তবা অমাং অশোই অমত্তা তৌগনু । করিগুম্বা অকি অখঙ অমত্তা তৌরোই ।

## লমলৈমা ওক্লবদা কোক্লবা থৌরম

**লমকেংপী লমহাইবী**
**তাইবঙ মমিত্তা ফিজং খল্লগা**
**য়াঙোইবী হে লমলৈমা**
**ফিজংগী ফিনা হায়দোকউ**
**তাইবঙ অদুবু থাদোকউ**
**লাইরমলেন্দা চাউবা ঐ লৈহৌই পাউদম্মু ।**
**সে-সে নমু অসি ঐঙোন্দা পিরগ্নো ।**

লমলৈমনা পুদুনা মী অদু ঙাওচৎ ফৈচৎনবা তৌরবদি মিংখৈ অসি শোল্লগা ফিজিনা মমাই অদুদা শিৎ-শিৎ নাম্থোকপিয়ু । মী অদুগী মশাদগী অরৈবা পোৎ অমা লৌরগা ব্রাকোংনগদৌবনি । মশাদগী পোৎ অরৈবা অমা পীথোকউ ।

লমদা লৈবী হেল্লোয় অমদি মখল মখাগী লাইরেম্বী থেংনরবদি খুদত্তা থৌরম অসি তৌবিগনি ।

## চুঙৌ চাবদা শোন্নবা মিংখৈ

**ওঁ অমৃত ভবতু**
**চন্দ্রামৃত্ত পিবতূ**
**দেহী প্রাপ্ত সন্তু**

মিংখৈ অসি শোন্দ্রিঙৈদা হরিগী নাম অদু শোঞ্জরো অদুদগী মিংখৈ অসি অহুম্রক শোনগদৌবনি ।

চু অঙৌবা অদুগী মহি অদু লৌরগা মিংখৈ অসি শোল্লগা থকউ। পুক্তা নুংশিৎ লৈরোই । চানিংবা পোক্কনি । চাক চাবা য়াদ্রবদা থকউ । অনীরক থকউ । তিনমন - লাইমল কাংবা ফগনি ।

**মতিক ময়াই ঃ-** থৌরম অসিদি মালেম পোকপী নমা ঐনা তাইবঙ থব্রায় হিংনবা শেম্বনি। মী লাই হিংচাবা ময়াম্না ফংঙমদ্রবা অমৃত্তবু থক্লনবা মুন্নরবদা লাইয়ামদা অমৃত য়েনখি। মতম অদুদা মরিক-মরিক ওইনা মালেমদা তাহৌরবদা চু অঙৌবা ওইখি। অদুনা চু অঙৌবগী মহিবু অমৃতগী মরিক্তি শুম্না লৌনখি। অদুনা সনা লৈবাক অসিদা লাইগী থৌরম তৌবদা চুঙৌ মহিবু শিজিন্নৈ।

## অনম অহা চুবা কোক্লনবা

তাইবঙ মপুংয়াইদা ফন্নগা
নবুংঙোগী মিংলেনবু শোল্লগা
হে নমু তাইবঙ ও হুইথৌবা
ব্রহ্ম কৌবা লাই ঐগী য়াব্রা তারো
খোরজ্ঞে খুত্তা পায়গা
নঙগী থৌনিরোল খোংখরে
স্নাগী পুখমদা লুপাগী পুখম
পুখম মাগী ময়োলদা
ব্রহ্ম ঐগী মমি তারবা
লুপা থোকউ থোক স্না থোকউ থোক
তাইবঙ অশিবা য়াইদা
কুমজা খরদং পাঞ্জরগা
লাইরমলেন চংকনি
লাইয়াম ঐখোয়না ওক্কনি
অশি লৈবাক্কী থংব্রায়দি
ব্রহ্ম ঐঙোন্দা লৈগনি
হরি ওঁ ব্রহ্ম -তৎ-সৎ

ব্রাহে অসি শোঞ্জরগা অনা অয়েকপু শেংদোকপিয়ু। অনম অহা চুবা কোকচগনি। নঙনা শেংদোক্লবা মীপুম খুদিংমক ঐনা চখে চিংগনি। ব্রহ্ম ঐগী পাউতাক্লি।

## সোইরেনগী নুংশিংনা খাঙুথক্তা মিৎ উদবা কোক্লবা থৌরম পরেং

তাইবঙ মপু সিদবনা
সনাগী চৈশু খুত্তা পায়
চৈশুনা খোঙমাং থারগা
কাইদ নোম-নোম থাংলকপা
চৈশুগী মঙাল উরগা
তাইবঙ মমিৎ থকচান্নৈ

চৈশু মানা হাপুং হায়দৎপশুম হায়দৎলবনি
ঙৌদোং ঙৌক্র ঙৌবানবা
মিৎলি নারিদা লৈবা নুংশিৎ পূম্নমক কায়দুনা চৎগ্রো ।

মাইবা ওইগদৌরিবা মহাক্না তাইবঙ মপুবু লৈশি লৈথোনবা লোইরগা ঈশিং অশেংবা খরা লৈমাইদা হৈদোকউ । মিংখৈ অসি শোন্না শোন্নগা লৈমাইদু নোইয়ু । লৈনাং অদুনা মমিৎ অদুদা তৈবিয়ু । ঙহাক লৈরগা ঈশিংনা শেংনা চামথোকউ । থৌরম অসি নুমিৎ মঙানি তৌবিগনি । নুমিৎ মরিশুরবা মঙানিগী অরোইবা নুমিত্তা ।

নঙবু পোকপা নমা, নমা লৈত্রবদি নমা কৌবা য়াবা মীওইদা নিজগনি । নিজবা চৎপদা লাইদা শিদ্ধা কৎপশুম নমা অদুগী মফমদা পোৎচৈ অথুম অহাও হাপ্নগা কৎলু । মানা মপান্বদু পিজৌ ।

‘হে ইমা ইবেম্মা নচাগী মিৎ অসি উজ্জরগে অসুম্না নিংজৌ’ ।

হন্দক্কী নমাগী মফমদা নিজগদৌবা বর অদুগী মতিক ময়াইদি অসুম্না শিংথারি ঃ

মমা ওইবীগী নুংশিগী থৌরিসে
নবুংঙো ঐগী থব্রায় কৌবা চৈশুনা
কম্লুৎপদা তৎহৈত্রবা থৌরিনি
থৌরি অদুদি তাইবঙ পোকপীনা পায়গনি ।
মখোঙ পায়দুনা খুরুমজৌ নমিৎ উগনি ।

খঙগদৌবা ঃ

থৌরম অসি তৌদ্রিঙৈ মমাংদা সোইরেন খায়দোক্কনি সোইরেন খায়গদৌবা থৌরম

তাইবঙ চিজ্জাক ফংদ্রিবা
সোইরেন লাবা শোকচংনবা
নমিত্তু কোৎথোক্নুনা লংথোক্নবনি
তাইবঙদা অমুক খোঙদারক্লোইদৌবনি ।

মোংফমদগী লৈবাক খরা লৌরগা মিংখৈ অসি শোন-শোন্দুনা মতুম তাগনি । অদুগা উদ্রিবা মী অদুদা নাম্বিগনি । মদু লোইরগা লৈতুম অদু থুগাইরগা লংথোকখো ।

অদুগা মমিৎ অদু ঈশিংনা শেংনা চামথোকপিয়ু । মথংদা মী অদু ফমদুনা লৈহল্লু অদুগা মথাগী থৌরমসি তৌবিগনি ।

নমিৎ লোক্তাং তাংগনু
ননা তাথি তাওইগনু
থিরিগী নুংশিৎ হিংগাইবা
মপুগী য়াথং তারবদি হৌজিকমক হপ্পৌ ।

মিংখৈ অসি অচা-থাওদা শোল্লগা অয়ুক নুংথিল অনীমক্তা য়াংলেনগী অকুৎপা অদুদা তৈরগা নিঙ্গোং ফাওবা খুবী অনীনা মথক্তগী মখারোমদা তকথৌ নুমিৎ মঙানি তৌগনি ।

হায়রিবা নুমিৎ মঙানিসিগী মনুংদা তৌবিগদৌবা থৌরম ঃ

নুংশা খরা খরা শাবা মতমদা ঈশিং অশাবা লুল্লগা ঈশিং অশাবা অদুদা খুদৈ অমনা লুপ্পগা লেংজুম অনীগী মরক্তা হিগা য়ৈবীয়ু । অশাবা অদুনা হিগা য়ৈবদা মকোক্তা ঈশিং অইংবনা য়ৈবীয়ু । মখোঙ অদু ঈশিং অইংবগী খুদেংদা থাদদুনা থম্বীয়ু ।

মথংদা ঃ- তরুক্নি শুবা নুমিৎতা মথব্রায় মমি কৌশিনবীয়ু ।

থব্রায় মি কৌননবা

হায় পোমফ্রি য়াহৌথেং
পুম্সিগী নুমিৎনা হায়গৎলবদা
নংহৌররোই খন্দুনা হাথুননা
ফিজংগী ফিনা কংদবমখৈ
পুম্সি চেংজেন মাংদা থারগা
খুৎলাম তোয়না মৈয়াং থৌরাংদুনা
নঞ্জিচাক অদুবু পাম্বোম্না থোং
মুনবোই মুন্দবোই ফুৎ-ফা কামদুনা
চৈনা খোমদুনা চিন্দম্নরে নচাশিংগা
য়ুমগী য়ুম্বুদি য়ুম্বুরেন ও খোইরাংদবা
খুত্রা খুজায় পায়দুনা চাইথজরে
লাইপোৎ-শম্পোৎ মাইয়োক্নরে
হয়িগী কোল্লোই শকচ শোঞ্জা
মাংদা থারিবা চাকলুকপু য়েংলগা
হয়ি হায়না চখোম হকচরে
লাইজবু পূক্নীং খোয়দা য়োৎলগা

হয়ুম হায়না পোথাজরে
হুম হায়না চনিং য়ৌজরে
মপুগী মাঙোল খেঙোংলাং
খোমলেন তুমখুন য়াতাজরে
ঙহাক পুঙোয় মংগ্রেম্নরগা
হৈরাং লৈরাং চিনদম্না চিলওক্লা
ফিজোল শাজোল লৈতেংলগা
খুত্তা চৈশু পায় খোঙদোয়রক্রে
মরুপ মপাং উনজরে থেংনজরে ঙাংনজরে
কপ্লাক্লা কুরু কারবা অহলনা
নুমিৎকী মৈশা লাংলক্লুবদা
অইংবা মাবু মাইয়োক্লুবা ঙমদ্রবদা
হরিগী কোল্লোয়বু য়ারক্ত ঙংজরগা
মোংবা মরান য়াই পাংলক্রে (৩)
মপুগী থোঙ্গালদি থোংলাউবা
কোম্থোং মরোল অহুম লোল্লগা
ময়ুমলোমদা খোঙদোয়রক্রে
মপুগী শুমাং মথৌবুং ও মথৌবুং
হয়িগী কোলোয় মীকোন থাগোম্নরগা
থোংজাও থোং খোঙ থোং জাওবা
হয়ুম হায়না কাম্লগা চংলক্রে
ইমুংগী মপু সনা য়াইবীরেন থাগোম্না
ফম্মেন লাংদা লেংশিল্লে লেংশিল্লে
হয়ুম হায়না পোথাজরে
মচা মশু শুথাং নাওথাং
মপু মাবু কোইশিন্দুনা
পুকমেন পাউমেন কোলোয়নরে
হে থব্রায় মঙামক মীগা থারগা তরুকমক
নখোয়সু তাইবঙ হকচাংদা পোথাজরো
তাইবঙগী থৌশিলবু য়াওবীয়ু (৩)

লাইনিং লাইশোন তিনশোন খরা

মতাংসি য়ৌরক্লবদা মাইবনা হৌগৎলো অদুগাঃ-

হে তাইবঙ থব্রায় ও থৌবুরেন
খোঙ নাম্মনা লৈদ-লেপ-চোংলগা
খুদুমদা তান থারগা হে থব্রায়
চংশিল্লো চংশিল্লো চংশিল্লো।

অসি হায়দুনা লব্রায়দা কামথবিয়ু।

থৌওং মতম ঃ নুমিৎ তারমদাই ষণগারকপদা মীওইদুবু ফম্মেন্দা ফমহনগনি। মমাংদা ধূপ থাউমৈ থারগা মাইবনা মমাই নোংপোক ওল্লগা কৌবিয়ু। নুমিৎ হেক তাবদা লোয়গদবনি। নুমিৎ অসিমদি চখোকপা য়ারোই।

দোশা লাংফম ফত্তবা পূম্নমক কোকচগনি।

থৌরম অসি নোংপোক সেকমাই খুনগী খুন মনিংদা লৈবা মহাদেবগী লাইশংদা নুমিৎ তরেৎনি অইবনা মহাদেবগী পূজা কৎচখি। মতমদুদা তম্বীরকপনি হায়না তাকপি। ফেব্রুৱারিগী তাং ১৯/২/৮৩ তৌরুবনি।

## থুক-থুক লাওবা কোক্লবা

স্বরনা চনিং য়ৌবদি
পুন্সি নুংশা পানগনি

থৌরম অসিদি লাইমন তিনমন কাংবা ওক ওক হায়দুনা ওনিংবা, পুক মথক মথা ওনবা, স্বর থবেৎ থবেৎ হোনবা অমদি চনিং চমাং শম্নদবা অঙাং মশা শাগৎপা তিন কাংবা ফগনি।

লব্রায়দা ওন্নগা কামথবিয়ু

থৌরম অসিদি অঙাং নাব্রানা মালেমদা হেক্তা লৈতাবা মতমদা গুরু মহাকপু কায়নবগী মৈচাক ফংলবদা মৈচাক অদুনা নীংঙমদ্রদুনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোনখিবা অদুবু খঙনগনি।

লাইগী নুংশিৎ তৎনরগা তাইবঙগী নুংশিৎনা হকচাংদা য়ৈরকপদা তাইবঙ মপু মহাকপু কায়নবদা কায়না মৈচাক খাঙমদ্রদুনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোনখি। মতাং অদুদা অঙাংগী অব্রা মৈচাক অদু কোক্লনবা হায়দুনা তাইবঙ শেম্বা মপুনা স্বরনা কামথরকখি।

পান্দম অদু লৌগনি। মপু মাবু নীংলগা শোনগনি।

# অথিন অরেংগী থৌরম পরেং




মীওইবনা লেং-থিন্দুনা নাবা হায়বগী থৌরমসি য়েক্লিবা থৌওংসিবু পান্দম ওইনা লৌগনি। অথিন অরেং হায়বা লায়নাসিমক ঙাইহাক্তা পোথাফম লৈতবা লায়নানি। থিন-লেংদুনা মী অদুনা করিগুম্বা শিবা তারবদি তাইবঙ হকচাং অদুনা থব্রায় য়াওদ্রদুনা লৈমায়থক্তা লোংনা তারবা ফাওবদা অদুম য়েক্কুনা লৈগনি।

অথিন অরেং হায়বা লায়নাসিগী হৌরকফম ব্রারীদি য়েক্লিবা অসিদা য়েংউ। অদুগা ব্রারী অদু পুথোকউ।

অথিন অরেংনা নারবা অনাবদা তৌবিগদৌবা থৌরম পরেংঃ-

মথক্তা লেপ্পগা পাউহংই - হো লৈব্রা

মনুংদগী পাউথুপ্লকই - হো লৈতেয়ে

নচিন্না হৌজিক্তা লৈতে হায়রগা ব্রাকাইমুক শুবা য়ারোই।

অথিন অরেংগী নুংশিৎ নঙ হৌজিকমক হস্থৌ।

ব্রহ্মদেবগী য়াথংনে।

ঈশিংদা শোল্লগা পিথকউ। শোল্লগা কামথবীয়ু। পুকথিনবা ফ্রু ফ্রু ওনবদু ফগনি।

# অথিন অরেং কোক্লবা

খোইরুদা খোইহিনা নপ
ঈরিদা থিরিচেন
লোকভোং নপতোংনা লাইশা
অয়ুক্কী সেন্দ্রাংনা মথিচিৎ
চিৎ-চিৎ চেক-চেক চৎখরো
অথিন অরেং লৈরনো
ঈতুমনা মতুম ওইরনো
হন্থরো গুরুগী য়াথংনে।

খোইহিদা শোল্লগা ঈশিং অশাবগা য়ানশিন্নরগা পিথকউ । অথিন অরেং হন্থগনি । হায়রিবা খোইহি অদুগা ঈশিং অদুগদি থিনবা লেংবা ফখ্রবা মতুং ফাওবদা নুমিৎ নিনিদি শিজিন্নগনি ।

খোইহি লৈত্রবদি খুদুমদা মথক্কী মিংখৈ অদু শোল্লগা খোইদৌগী অকোইবা অদুদা য়ক-য়ক দুক-দুক কোইশু শুবিগনি । খোইদৌগী অকোইবদা অনীরক অহুম্রক শুগনি । খুত্তা মিংখৈ অদু শোল্লগা মখদাং পায়দুনা চিংথোকউ । মিংখৈরোন অদু অহুম্রক শোনগনি । অহুমলক চিংথোক্কনি । মদু লোইরগা লোংনা হিপহনগনি । মখোঙ অনী অদু করম্বনা তেনবনো হায়বদু য়েংউ । অতেনবা মখোঙ অদু পায়রগা খৎচিং চিংউ । অমুক কোনশিনহল্লগা খংচিং অমুক চিংউ ।

অসিগুম্না মখোঙ অনীমক তৌবিয়ু মখুৎ পায়দুনা চিংথোকপিয়ু । খুদক্তা হন্থগনি ।

নুপীনা অথিন অরেং তৌরবদি - নুপাগী থৌরম অদু তৌবা য়াদে অদুনা নুপীনা তোঙানগনি ।

মখোঙ খোঙবী অদু পায়রগা খঙচিং চিংথোকপিগনি । মখুৎ খুৎশা অদুবুসু চিংথোকপিয়ু । মথংদা পিশুম অনীগী মরক অমদি নখাংদা কন্না শুবিগদৌবনি ।

অঙাং ওইরবদি উপহল্লগা য়াংলেন্দা খুদুম্না দুক-দুক শুবিগনি অথিন অরেং হৌবগী শিংলিগী মমিংদি - নাওয়োক নাওকোল কৌই । হকচাংগী য়েৎ থংবদা লৈগনি । হায়রিবা শিংলি অসিদা মৈ হৌদুনা প্রোক প্রোক চাকপবু অথিন অরেং কৌই ।

## অথিন অরেংগী লাইব্রা

নয়াদা য়াথিনা কোরোক শৌ
মীনা য়েংবদা মীশৌ চঙ
য়ারক তুরক শেংদোকউ
অথিন অরেং লৈরনো ।
য়াম্না কন্না নাব অথিন অরেংদা শোনবিয়ু ।

## ঈমন লাইমন লোল

গুরু গুরু গ্রি-গ্রি
ষষ্ঠি ষণয়ুংদা মাইজাম্বী
ঈরিনুংগী নুংশিৎ অরিবী
মতুম নঙ তুম্মো সেৎ কায়দুনা চৎখরো
গুরুগী ম্না য়াথংনে ।

ঈমন লাইমন কাংদুনা পুক্তা নুংশিৎনা কোইচেন চেনবদগী অথিন অরেং হৌরকই । নুংশিৎ অদুবু মিংখৈ অসি শোল্লগা খুদুম্না শুরগা নমথবিদুনা নুংশিৎ মাবু তানখায়বিগনি

## থব্রায়না ইংজনবা

নোংনা খুরক হাংদনা চুরবদা
চেক্লানা নেমতক হাইনা হুম্না
শাখপ তোয়না খোঙদোয়দুনা
পামেল উশা থক্তা কাইদোংজরবদা
চেক্লানা তুখোঙদা য়ারক্লা হৎচরবদা
চেক্লাসু পোথারে, ঈরিক-ইথিন কংখরে
মঙালনা মাইকৈ ঙানখরে
হে থব্রায় নঙসু পোথারো ।

ঈমন-লাইমন কাংদুনা অথিন অরেং তৌরুবদা শুথ-কামথদুনা হম্থরে । মপাল খোংদদি হম্থদুনা উবনি তৌইগুমবসুং শিংলি নাউরিদদি শোকখিবা ময়াম অদু হেক্তা হঞ্জিনবা য়াদে । মরম অদুনা মিংখৈ অসি শোন্দুনা শদোন্দগী চনিং ফাওবা নাম্থবিগদৌবা । অদুনা শোকখিবা মফম অদু ফুনগনি ।

## থব্রায়না ইংজনবা

লংখুনু কৌবী চেক্লানা
মালেম লৈদা লেপ্লগা
গুরু-গু-গু গুরু-গু-গু হায়না
চেক্লানা লু-লুক্লা শোঙ্গরবদা
মপুনা চেক্লাগী পান্দমবু
ফজে ফজে থাগৎখি
লাইজ ঈশিং অসি ফংলগা
চেক্লা নঙ পেঞ্জরো তাকপিখি
গুরুগী য়াথং মতুং ইন্না
চেক্লাগী থব্রায়না পেঞ্জবগুম
লাইজসি থক্লগা
থব্রায় নঙসু পেঞ্জরো
তাইবঙ শেম্বা মপুগী য়াথংনে ।

অথিন অরেং ফখ্রবদা হকচাং অদু অদুগী মতিক শোকই । লফু পাম্বীগী মতোন্দা পায়রগা মপাঙ্গল কল্লবা মীনা লফু অদুবু নৈথায়রম্বগুম হকচাং অদু নৈথায়রম্মী । অদুনা হকচাংদু লৈনাংগুম প্রোক-প্রাক তাগনি । পূন্নমক অদু কোক্লনবা মিংথৈ অসি শোন্দুনা ঈশিং অদু পিথক্লনি । হন্দককী ঈশিং পিথকপসিদা লাইরমলেনা লৈবা থব্রায় অমদি মীরমলেন্দা লৈবা থব্রায় অনীমক পেনজে।

চৎনলোনচৎ ঃ-

ব্রারী মতেক অমা ইপা ইপু অহল লমলনা অসুম্না চৎনরম্মী । শুমাং মতোন্দা সঙ্গোইগী য়ুমথক্তা লৈবাক্তা পোলাংখোক্ত লংখুনু কৌবা চেক্লানা মখৌ পোং খজাই নোইর নোইরগা য়ুমলোমদা ওনশিন্দুনা খোঙবা তারবদা শুমাংদা ঈশিং হৈদোকউ মরমদি । লৈখিদ্রবা ইপা ইপুনা অরাম খৌরাংদুনা তৌবনি অসুম্না লৌনৈ । শুমাংদা ঈশিং হেক হৈদোক্লবদা উচেক অদু কদোমদা পাইখিবগে । অদু য়েংবীয়ু ।

লাইনা থাবা লাইব্রাগী মতুং ইন্নদি লংখুনু কৌবী চেক্লাদু নোংপোক পাংনা পাইখিগনি ।

সুম্না শিংথানৈ

মপুগী থৌজাল লাইজ থব্রায় ফংজরবদা
নোংপোক মাইকৈদা শাখপ তোয়খরে
অতিয়াগী অহাংবা মাল্লং ইপোমদা
চেক্লানা শদি থারগা লৈনা-লৈনা পাইবদা
মালেমদা মমি তাখরে
মমিগী মরুম ফংলবদা তাইবঙ হকচাংশিং
থব্রায়বু থব্রায়না ফংজরে
নুংঙাইজরেদা শরিশো
থব্রায় নঙ পোখাজরো ।

ব্রাহে অসি শোল্লগা অনাবা অদু খুৎনা খোঙদগী তোন ফাওবা নাম্থবিগনি । মথক্তা য়েক্লিবা অমদি অথিন অরেংগী ব্রারী মতেক অমা ঃ-

## অথিন অরেংগী ব্রারোল

নোংলৈ নুংশিৎনা য়াংনা শিৎলকপদা, মালেমদা নোংলি চুম্না চুদরে । মাগী অদুগুম্না অথিন অরেংগী অকনবা নুংশিৎনা তাইবঙ হকচাং নুংদা হুরু-রু লৈনা শিৎলে । নোংসু নোংখোঙ ফুইনা চুথরে । নোং-নুংশিৎ অনীগী চৈনাখোল খাঙবা ঙমদ্রদুনা তাইবঙ হকচাং পুরিবা থব্রায়না নেম্না পাইজরে । মথক্তা হাইগত্তুনা পাইবসু নুমিৎকী মঙাল লৈত্রবনিনা নেমতক পাইজরে। উপাল হায়বদি তাইবঙ সেম্বা তাইবঙ গুরুগী ফম্বাল মনাক্তা চেনশিন্দুনা অব্রা মৈচাক খাঙজরে । অমাইবা অমাইবী অখঙ অহৈনা হোৎনজবা অমদি মপু মাগী থৌজালদগী নোংমদোনগী অমংবা নোং হায়দোকপ্রে । নুংশিৎ শিৎখিদ্রে, নোং চুখিদ্রে । মাইকৈ শেংলে । নুমিৎকী অঙানবা মশেক মঙাল হায়দোরক্রে । মতাংসি য়ৌরক্লমবদা উশা থক্তা তোংলিবা নোং নুংশিৎকী চৈনোনা মতু মমান ইপোন পোনবদু কংলে । মশাদা ইনিল অমা ফাওরে । মশা অদু তিংথোক্লগা ময়ানা তুখোঙ তুবুমদা চক-চক হনলগা - চেক্লানা মপাঙ্গল ফংজরে । নুংশাগী মৈশাসু শারক্রে । মতম অসিদা চেক্লানা নোংপোক লোমদা পাইথোরক্লগা অহাংবা অতিয়াদা মঙাল মরক্তা চেক্লানা শাদিং থারগা লৈনা-লৈনা পাইজে । মতম অদুদা চেক্লা মাগী মমি অদুনা অকুৎ অতোং নাইদনা মমি তাজে পান্দমসি কাউরোইদৌবনি ।

চেক্লানা থব্রায়নি - নুমিৎনা গুরুগী মতিক ময়াইনি পালেম উজাওনা গুরুগী ফাঙখোঙনি অমংবা নোং-নুংশিৎনা অথিন অরেংনি ।

অথিন অরেং তৌবদা হকচাংদা গুবগী মওং ঃ য়েৎক্নী কল্লাক-মরী, ফৈবাক অমদি য়াংলেন্দা গুবীগদবনি । পুক্তা গুবা য়াদে । য়াং নিংদু ফৈগন মরী হায়রিবশিং অসিদা গুবীগদবনি ।

চাউবা সিংহ
১৫/৩/৮৩

## উচিরাং

উচিরাং কৌবা মতাং অসিদা ইমুংদা উচি ঙাওবা, চেংগে, ফৌগে, লনগে অমদি হকচাংদা নাপু কাদুনা নারবা লায়না অদুগী হিদাক লাইয়েং-লোন মখল মখা য়াওগনি।

হে উচি ও চিদোনবা
চিদোন্দা য়াতোম্না লৈতেংবা
নবুক্না লৈমাইদা লৈতকপা
নখোঙনা তুখোঙ তেক্তবা
হৌদোং শরিক খিংখরে
নথব্রায় পুদুনা চেঞ্জহৌ
উচিরাবা মৈতৎপা
লাইনিংথৌগী য়াব্রাসি তারবদি
লৈচাক পুদুনা চৎখরো। নবুংঙো ঐগী য়াথংনে ।

উচিরাংগী মিংখৈ অসি লৈবাকলৈমনা লাইনিংথৌ ইবুংঙো লুরেনহন মহি পুম্নমক্কী মহি ওইরবা মহিরেনগী মফমদা তাকপিখি। বিদ্যা অসি তাইবঙ মপু সিদবনা তাকপিখি।

থৌওং অসিদি লাইনিংথৌ ইবুংঙোনা শাওরদুনা ইমুং মনুংদা লৈবা মীওইশিংদা অব্রা অনা চৈথেং পিদুনা ওৎলি । লাইনিংথৌনা করিগীদমক শাওরিবনো ? থৌরম কয়ামরুম উৎলি। ইচম চম্না হায়রবদা ইমুংদা উচি মখেল লাংই। চৈরা চৈরগা হেনগৎলি উচিনবু মখেল লাংলবদি ইমুং অদু তুরৈ ঈরৈ চনবা অশি অনা থোকপা শোইদ্রবনি ইমুংগী মীদা উচিনা চিকপা ইমুংদা শগোল শমু চেনবগুম অহিং নুংথিল নাইদনা গোরোং গোরোং চেনগনি। ইমুং অদু লৈচাক্না পিক থম্না হোৎতোরক্কনি । অরৈবা পোৎচৈ চিকথৎকনি । ইমুং অদু কাং খোঙ চাইহনগনি। হৌদোং থমদুনা উচি হিদাক থাদুনা খক নেদ্রোই। মরম অদুনা ইহান হেক হানবদা মিংখৈ অসি শোন্দুনা সনামহি খুরুমজগনি। মসিগী মমাংদা মাইবা নৎত্রগা মাইবীনা সনামহিবু খুরুমজগনি।

মতম - নুমিদাং সন্ধ্যা য়াচংবা মতুংদা। পোৎলম - হৈরুক পানা হৈ-লৈ অথুম অহাও মরু ওইনা ফৌ কবোক মেরুকমুক য়াওগনি।

লাইনিংথৌ খুরুম্বা লোইরগা ফৌ কবোক অদু পায়রগা সনামহি কাচিন্দগী হৌনা চাইগনি ইমুং মাঙ্গোল মুমথক য়েন্নখা-য়েনখুন উচি মকোন পুম্নমক্তা চাইগনি। চাইবা মতমদা হায়দৌবা ব্রাহে।

উচি-চি-চি খাংমৈ তৎ খরুং মপান থৌশাবা শেদ্রাং লাকই ফ্রং।

ব্রাহেসি হায়দুনা কবোক অদু চাইয়ু।

# লৌদা তিন তাদনবা ফৌজুম শাৎতনবা থৌরম

উচি তানথোকপগুম লাইনিংথৌদা মিংথেসি শোন্দুনা কৎলগা নোং ঙাল্লগা ঈরু মাইথজরগা কবোক (ফৌগী) অদু লৌবুক্তা চাইশিনগনি লৌদা তিন তারোই। ফৌজুম ফৌহাম শাৎলোইদৌবনি মরমদি - থাইনা অহল লমনশিংনা লৌ য়েবা লোইরগা হোয় লাউই। মওং, ফৌ য়েবা লোইরে। ফৌ অদু ময়াই য়েংলগা মতোন তুম্না তাখৎলে। তাখৎপা লোইরে হায়রগা ফৌ অসি পাদম থাদুনা ওল্লি। শংবাই নৎত্রগা ফৌপোৎ কয়া থোক্লনি। য়েংলে। লোইরগা অচাপোৎ হায়বদি হৈথা পোৎথা তৌরগা ঙহাক্তং পোথারে। মদুদগী হেক থৌগৎপদা পৈথৎলিবা অদুগী মনাক্ত লেপ্লগা ইকোই কোইনা লেপ্লগা হোয় লাউই।

হরাওবা ফোঙদোক্লগা ফৌ অদু চাইখৎলগা তাইবঙ শেম্বা মপু মাগী মফমদা কৎলি। মদুগী মতুংদা ফৌ অদু হানজিন্দুনা ময়ুম মাইকৈদা পুখৎলি। হোরেল লোইরক্লবদি মচিৎ তানা অরেম্বা ফৌ অদু খুবাম খুবাম পায়রগা নোংমৈগীদমক্লি হায়দুনা লৌবুক্তা চাইথোকই। অদুম তৌরবদি মথংগী চহিদা লৌদা তিন তাবা ফৌজুম শাৎপনচিংবা অমত্তা থোক্লোই।

তিন তারিবা, ফৌহাম শাৎলিবসি করি মরমগীনো? মথক্কী মিংথেরোন অসিগী থৌরমদগী ব্রারী মতেক অসি থোকই। তাইবঙ শেম্বা মপুনা তাইবঙ হকচাং অমদি থব্রায় শেন্নবদা চারগা হিংগদৌবনি। অদুনা তাইবঙ থব্রায়সি অরাম্বা থৌরাংবা হায়বা মখল অনীসি হাপ্পিরম্মী। মরম অদুনা তাইবঙ থব্রায়না অরাম থৌরাংবা মৈশানা ঙাওরকই।

ঙাওরক্লবদা লাইগী থৌশিনবু থুগাইরকই। মতৌ অদু উবদা তাইবঙ মপুনা তাইবঙ থব্রায়না চাননবগীদমক তাইবঙ - চিঙ্গাক পুথোক্লবা মালেমদা থোঙদারে। গুরুনা থোঙদোয়রবদা লাইনিংথৌনা থৌগল চৎলি। লাইনিংথৌনা থৌগল চৎলবদা লাইনিংথৌগী মনাই মশল ময়ামসু তুং ইল্লকই। গুরুনা মরু হনবিরল্রে অদুগা লেংখরে। লাইনিংথৌসু ঙহাক লৈরল্লগা লেংখরে। লাইনিংথৌনা মনাইশিংদা শিল্লরমই।

মালেমদা লৈরিবা মরু অদুনা তনৌ তনৌ ঈশং শংনা ময়োন থিনগৎলক্লবদা লাইনিংথৌগী মনাইশিংনা মতোন ওইনম্বদু থৎলগা চাথোকপ্রে। চিঙ্গাক পানদ্রে। শল্লপনা হায়রবদা লাইনিংথৌ অমদি লাইনিংথৌগী মনাইনা লৌ য়েবা লোইরগা হোয় লাউবদগী তিন তাবগী থবকসি ভোকখি। মসিগী মতুংদা গুরুগী য়াথং মতুং ইল্লা তাইবঙ থব্রায়দা চাম্নবা জিঙ্গাকপু য়েস্থোকখি। লাইনিংথৌনা য়েস্থোকখিবা চিঙ্গাকী থমফম অদুবু ফৌগৈ - কৌই।

অদুমগুম্বা ফৌগৈ অদুবু ঐখোয়না কোৎ হায়নসু কৌই। কোৎ অদুগী তৌগদবা থৌরমবু কোৎ লাই খুরম্বা কৌই নৎত্রগা কোৎ লাই থাবা হায়নসু খঙনৈ।

## কোৎ লাই খুমরুস্বগী থৌরম

মথক্তা পিগ্রিবা উচিরাংগী মিংখৈ অসি শোন্দুনা কোৎ থোঙ থিংগদৌবনি। কোৎ মাংদা হৈরুক পানা তাঙ্গা অমদি হৈনৌমনা পুনবা ঘোট অমা লাৎকনি। থাউমৈ থান্নগনি মহাক্কী মিংখৈ অদু শোল্লগা ফৌখেৎ হায়বদুনা য়েৎ-ওই কারল হায়গদৌবনি। মতুংদা শো লোনগনি। থোঙ অদু নুমিৎ তরেৎনি হাংদোকপা য়ারোই।

নুমিৎ অদু শুরবদা কোৎথোঙ হাংবদা কোৎথোঙ হাংলিবা মী অদুনা ক্বা চারা-চারগা, ইরুজদনা পোৎ চারগা কৈ কারবদি কোৎলাই চুগনি।

নুপীনা মকোক মরু খুমদনা নারী শারী হকচাং শেংদনা কৈ কারবদি মমৈথংদা তুম্না মাংই। কৈ মনুংদা করেম কথাইনবা তৌহৈদে। কোৎথোঙদা কারগা লুরাক্লনবা মিৎয়েংনা য়েংগনু। কৈনুংদা লৈবা লাইবু খুৎ নামনা থাংদোক-থাংজিন তৌগনু।

## মিৎতা নাপু কাবা হায়বা লায়না অদুগী হৌরকফম

মীওইবনা হিংবদা মচাক অহুম চংই। অহানবদা ফৌগৈ, অনীশুবদা চেংগৈ, অহুমশুবদা লনগৈ। হায়রিবা কৈ অহুম অদুদা অরানবা লমচৎ চৎলবদি মিৎ নাপু কাবগী লাইনা অসিনা মী অদুগী পুন্সি তেল্লি-তেলহল্লি।

ফৌগৈগী মতাংদি মথক্তা হায়রপ পনপ্রে। চেংগৈ হায়বসি চেংফু হায়বসিবু খঙনগনি। চেংফুদা চেং লৈগনি, ফৌগৈদা ফৌ লৈগনি। হায়রিবা চেংগৈ অদুদা ইমুংগী নুপী অঙাংনা খোর-খোর খোৎলগা নোংমগী চাগদৌবা শরুক্তগী খজিক্তসু হঞ্জিন্দবা। চেংফু অদুদা লুরাক্লনা য়েংবা। চেংফুদা লুখাক চগুম নৎত্রগা পোৎ চৈ থাঙৎতুনা থম্বা করিগুম্বা খৎনা-চৈনবদগী অশাওবা মৈশানা হেন্দুনা চেংফু কাওখায়বা, চেংফু কাওখায়রবদি মপুন্সিদু মতোমতা হাৎচরবনি।

লনগৈ হায়বদি চারগা পুক থনবা, থল্লিবা পোৎ অদুনা পুন্সি অসি হিংননবা ওইবা অদুবু লনগৈ কৌই। অতৈ লনগৈ পুম্নমক ময়েং তাবা নাই। অদুগা হন্দক্কী অসিমদি ময়েং থক তাদে। হায়রিবা হন্দক্কী লনগৈ অসিনা হেক লোইবা নুমিৎ মী অদুগী মপুন্সি লোইরে মরম অদুনা থাইনগী অহল লমনশিংনা অসুম্না শিংথানৈ -

"চেনা-চেন্না চাবদা তাইবঙ চেংজেন লেমহৌরে।"

অমনা - লিতায় থক্তা সনাগী লিক্লাং চোয়জাইনবা
খরুং নত্তনা হম্বা
ঈশিংনা নত্তনা ইব্রাইবদি
সনাগী লিক্লাং চোয়জায়নৈ
তাইবঙ চেঞ্জেন লোমদবা থব্রায়দা

অদুগুম্বা পুন্সিগী লন হায়বদুদি তাইবঙ চেংজেননি । অদুবু অথোইবা লন, তাইবঙ থৱায় ওইরিবা অদুবু উশিত্তবা ঐদি শাওরবনি হায়দুনা চারিবা অদুবু উশিত্তবা চাগদৌবা চাক অদু অরেম্বদা হেক্তা হৈদোকপা লংখায়বা কাওখায়বা চেং-চংই হায়দুনা চাক্তা ঈশিং হেক্তা হৈজিনবা, চফু কাওখায়বা এঙ্গাং হাউতে হায়দুনা ঐদি অঙম্বনি হায়না মীগী মকোক্তা এঙ্গাং হৈবা, চাক হৈবা মসিদা তাইবঙ ৱাখল চংখোন্দ্রিবা অঙাং নৱানশিংনা খৎনা-চৈনবদা চাক -চায়বগুম্বা তৌরবদি থুনমক খামগনি । চিঙ্গাক অদুবু উশিত্তবা মীনা হিংদুনা লৈবা য়াদে ।

খ্বায়দগী ফত্তবদি চারিবা চাক অদু চানিংদ্রে হায়দুনা ঈশিং জোরো হৈজিনবা মখুৎ হামজিনবা -

হায়রিবা মথক্তা পনখ্রিবা লনগৈ অসি উশিৎতবনা তাইবঙদা হিংবা য়াদে । হায়রিবা অদুগুম্বা মথিবোং খোঙপাক্লা নেৎপদু শিফম খঙদনা শিগনি । মহাক্কী মরু ওইবা লায়নদি হকচাংদা নাপু কাবনি । হকচাং নাপু কাবগী লায়নাসি চাম্মদা মরিফু তরামাপলদি শিগদৌবনি ।

হকচাং নাপু কাদুনা নারবা লায়নাদি অঙকপনি । শিবগী মতম পিরোই, মিহুলগী মরোল খঙহল্লোই । ৱা ঙাংনা- ঙাংনা অদুম শিগদৌবনি । হিংনা-হিংথৎ পৎ হেক্তা থৎকনি ।

মরমদি মমিৎতা নাপু কাবদি মশা পূম্নমক নাপু কাগদৌবনি মরমদি লাইনিংথৌনা শাওরবদা মমিৎ অদু ঙাংশং ঙাংই । মঙাংবা মৈশাদগী অশাওবা মৈশা পোকই । হায়রিবা অশাওবা মৈশা অদুনা তাইবঙ হকচাংদা হেক য়ৈবদা হকচাং অদু থক-থক নিকই । মতাং অদুদা ঈনা ঈশিং ওনথি । মশাদু ঈ থাংলরোই । তাইফেৎ তাইগনি । অদুম্নদি ওইরগা চৎনা-চৎনা নাগনি নানা-নানা অদুম চৎকনি ।

মিৎ নাপু কাবগী লাইনা অদু নুংশিত্তা তোংদুনা লৈহৌই । অদুনা হায়রিবা অনাবা অদু য়াম্না থুনমক পুথোকখিবা ফৈ । লৌনগনবা লায়না ওইবনা হকচাং অদুদগী অকায়বা অমা হেক লাকপা, নৎত্রগা শিরিবা হকচাং অদুনা মপোক লাংওন চৎপা মতমদা অনাবা অদু ইমুং মনুংদা চোংশিন্দুনা লৈহৌগনি । হেক শিবদা মখোঙনা মমাং থংনা মহাকপু পুথোকউ । অনাবসি হিংথৎ থৎকনি । অনাবা অশিবা অদুবু পুরিবা লাইগী মমিংদি 'হিংনোয় হিংথৎ কৌই।' শিগদৌবা পুং অমরোমগী মমাংদা অনাবা অদুবু পুগদৌবা লাই অদু লাক্কনি । মদু অঙানবদা ওইবা নৎত্রগা অমম্বদা ওইবা য়াই । লাই অদুনা লাকপদা অকিবা পোকহনগনি । ইমুং অদুদা মহাক লাকই হায়বসি সোইদনা খঙহনগনি । মী অমনা কৌবগুম কৌগনি অনাবা অদুনা খঙলাউ লাউগনি মশাদু থক থক নিক্লগা খুদক্তা মথৱায় অদু তৎকনি । অনাবা অদুনা লাউবদি শোইদ্রবনি । অনাবা অদু শিরমদাইদা মমিৎ অনী অদু নুংশিৎনা খুদক্তা কুপকনি। ৱা ঙাংগনি ঙাংনা ঙাংনা শিগদৌবনি । মাইবগী খুৎলিনা অমদি চাংয়েং য়েংবদা ফিগৈ শেংনা তাক্লোই । হায়রিবা অপাইবী নুংশিৎ অসি মখোয়দগী লাকই ।

ব্রারোন মতেক অমা ঃ লাইনিংথৌ সনামহিনা লাইগী লাল য়াওবা চৎলি। লাল চৎপদুনা লিরুং তেন্দোং পায় । লাইনিংথৌগী তেন্দোং অদুগী মমিংদি শবৌ তোন্দোং কৌই । তেন্দোং অসিবু শবৌ কৌবা শাদগী লৌই । তেন অদুগী মমিংনা শাবৌ তেন কৌই । তেন্দোং অদুদগী তেন শৎপদা লোইবা লৈতে, শৎলিবমখৈ য়ামথোরকই । তেন অসিদি অমনা চাম্মা চাম্মনা লিশিং থোকই । তেন অসিনা হেক কাপ্পকপদা নুমিৎকী মণ্ডালবু থৎলি । অদুগুম্না হায়রিবা তেন অসিনা হেক কাপদা মমিৎ চেংকুপ শিদুনা খুদক্তা শিগদৌবনি ।

হায়রিবা খুৎলাই অসি দ্বাপুর কৌবা যুগতা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা মহাদেবগী মতমদা শিজিন্নখি । মহশ্রবহুগী মচানুপী উষা অনীরুদ্ধ অনীগী লুহোংবা লাকফমদা খুৎলাই অসি শিজিন্নখি । খুৎলায় অসিনা হেক পানবা মী অদু তরৎ তরৎ চিংদুনা ইংবনা পংথগদৌবনি । খুদক্তা পংথদুনা শিগনি । মসিবু অমরোমদা লাইয়ৈ হায়নসু খঙনগনি ।

হায়রিবা তেনকাপ লান অসি হৌজিকসু অখণ্ডবনা শিজিন্নৈ । তেন অসিনা পানগ্নবদি মচা মখোম পিথকপা নংদে অসুম্না হায়নৈ । লুশমদা থেৎপা শবৌগী তেন শৎলগা কাপ্পদা খুদক্তা শিগনি । কনবিনবা লৈতে । অসুম্না শিংথারি । অদুম্নদি ওইরগা লাইনিংথৌনা লাইয়েং লম্বী অমত্তং তাক্লি ।

## হিংবা ঙস্ত্রা য়েংননবা লাইয়েং-লম্বী অমতং

চুগী চুবা অকংবা অদু খরদং থিরগা মৈ থাবিয়ু । অনাবা অদুগী মমাংদা চুবা অকংবদু মৈ থারবদা মৈখু থোরক্কনি । মৈখু অদুনা মমিৎ অদুদা কামশিনবিয়ু । মৈখু অদুনা য়ৈরবদা মপি তারবা অদু ওইরবদি অনাবা অদু শোইদনা ফগনি । অদু ওইরবদি লাইয়েংবদু মতৌ অসুম্না লাইয়েংবিগনি ।

করিগুম্বদা অনাবা অদুনা মমিৎ অদু চপ য়ুংদুনা লৈরবা মৈখুনা মমিৎ থুপত্রবদি মখা তারুরনু। য়াম্না থুনমক শিনবগী অফবা লম্বী অদু শেম্বীগদৌবনি ।

হিংবা য়াবা মী অদুগী মফমদা চু অঙৌবা নৎত্রগা চু অরাংবা অদু পিজৌ । চুনা অদুক্কী মতিক চারিবমখৈ অনাবা অদু শোইদনা ফগনি ।

খুদমদি : ইমুং মনুংদা উচিনা মখেল লাংবদা অহিং নুংথিল নাইদনা কোইচেন চেন্দুনা গোরোং গোরোং চেন্দুনা শানবগুম হকচাং মনুংদা নুংশিৎনা চেনগনি । চু মহি অদু হেক থকপদা নুংশিৎনা চেনবদু লেপকনি । মতাংদু য়ৌরবদি লাইনিংথৌগী তেন অদু শত্তোক্লবা তোৎনরো অনাবা অদুগী মমাংদা হৈরুক পানা ধুপ থাউমৈ থাল্লো অনাবা মী অদুগী মথক্তা ফি অঙৌবা অমা কুপ্লিগনি । অনাবা অদু কিদনবা পাউতাক পিবিগনি । মমাইদু খুম্বা হৈনদ্রবদি খুমদ্রমসু বেরা লৈতে ।

তেন হেক শৎপগা মথল্লায় মমি কৌশিনবিগনি। মথল্লায় মমি কৌশিনবা হেক লোইবদা লাইকৌগদৌবনি। থৌরম অসি খুরক হাংদনা থুনমক তৌবীয়ু। লাইকৌ চাক চাদ্রিঙৈদা লং অহিংবা লংজা মঙানা তাবা লংজা অমদা 'ওঁ ক্লীং ক্লীং ক্লীং স্বাহা' হ্রাহৈসি হায়দুনা মখুদাংদা পুনবীয়ু। অদুগা চাক অদু চামিনগনি চাক অদু চাবদা অনাবগী অমা মাইবগী অমা লাইনিংথৌগী অমা, চাকলুক অহুম থোক্কনি লাদা চাগনি।

তেনকাপ লোনঃ

হে শাবৌগী তেন্দি তেন্দোংয়ান
শৎপগী লোইবা নাইদবা হে তেন
লিরিদগী লিতোন ফাওবা তিংবদা
মালংনা নাকোইনখরে
অমনা চাম্মা থোক, চাম্মনা লিশিং থোক
তেনগী তেনশিং থিঙমদ্রে
মাইকৈ মরি শুমদায় মাপলবু
হে তেন নঙনা কুপখরেদো
নুমিৎকী মঙাল ফংখিদরে
নুংশিৎনা নাখাঙ থুমখরে।
হুঁ ফৎ শর
থজিন্দগী তা মহাকপু
লাইনিংথৌনা শৎলবনে

মতাংসি ফাওবনা শৎপদা শিজিন্নগনি।

কাপকে হায়রবদি ঃ

নুংশিৎনা নাখাঙ থুমখরে
থজিন্দা নেত্তুনা কাপ্লবনি
য়াইবী নঙ য়াইরে ক্লগনু
হৌজিকমক চৎখরো
লাইনিংথৌগী য়াথংনি।

শাবৌগী তেন পায়রগা মী অদুগী মমিং খঙলবদি হায়রো। খঙদ্রবসু বেরা লৈতে। মিংথৈ অদুনা শোল্লগা হ্রাখলতনা হেক্ত কাপকদৌবনি। লান্দবা মীদা তৌরবদি অকাপ্পা মী অদুগী মপোক লাংওন লাংওন খুদিংগী মপুন্সি তেনগনি।

## লাইখৌ চাক

লাইখৌ চাক্তি চাকচালেন
ঙম্মু তোংগং তোংগানবা
মনাম তম্বা তোংগানবা
লমলেন লমথি লাকথলম
উরুম হঙ্গায় পোখাফম
গুরুগী থাংদি চিন্নাই থাংপাক
মনমনা থম্মোয় য়ুংগানবা
অব্রা ফদিগোম ও মাইনানবা
পামেল উজাও মখোঙদা তাংবা
হামচৎনরবা হনু মোরোক্কা
লৈতংবদা লৈতোন্দা মৈশা-ফাও
খোংদুনা কৎচৌ পেনবিগে ।

অনীশুবা এঙ্গ্লাং ঃ

মনমনা য়ুমথোং খুনলানবী
খুজিন মমাইদা লৈশাৎপী
মনমনা পূক্নীংসু নুংওনবী
মরিংগী ব্রাতং উতং ফৈগক্কা
নুংপাক নুংদগী মনমগা ফাওরকপা
শোইবুম শোইদোন শোইনাওবী
শা কক্লগা শন্দং মরেংগা
মোরোক কুপশুনা মোনখাংলগা
নবুংঙো ঐঙোন্দা কৎচৌ-ও
কুচু-কুম্মেন পামজদে
হৈঙাং লৈঙাং শংবীগনু । *(ঙক্রাগা শোইবুমগা থোংবা)*

অহুমশুবা ঃ

শিংনাংদা লেংবা মোরোক অকুপ্পা
মৈরি-মৈশানা কারুম মুতকপা
কম্বীদা কুপ্না তকখায়রগা
শিংনাও পান্নাওগা তোরো তৌ
শরি নামুং চাজবনি । *(মোরোক অশাবগা পানগা মেৎপা)*



## লাইনিংথৌ সনামহিগী মতিক ময়াই শিংথাবা

লাইরমলেনগী লাইয়ামসু লাইনিদো
মীরমলেনগী লাই ঐখোয়সু লাইনিদো
লাইরমলেনগী লাইয়াম্না মরোল অহুম শোঞ্জে
তাইবঙলক্তা খোঙদাবা খোইয়ুম ঐখোয়দি
মীবমলেন্দ চয়েৎনৈ অরৈ লৈতা চামিম্নৈ
গুরুগী লু মচানি ঐহাকসে
য়াথংতবু ফংলবা গুরু মহাক্কী
তৌঙমদবা লৈতে তাইবঙদা ঐহাক্না
অখাং কনবা লাইনিংথৌ
লোইমনাই খুন্দা অহানবনি
নবুংঙো ঐগী ইমায়দি মায়থিদে
তাইবঙদা ঐসু পাল্লি-খঙজৌদো
লাইরমলেনগী লাইয়ামসে
মপু মাগী য়াথং য়াওরক্লবা
শরি মহাক্না খঙসনু তাজৌহে
ঐগী ইকাদগী মুল্লগদৌবা কনা লৈ
ইনাইনি অচানবনি তাকপিরে
নখুৎ লোন্দুনা খুরুমজৌ।

## সনামহিদা মৈরা কৎনবা মিংখৈ

সনামহি মহিরেন
সনা অহিংবনা ফুদোংনবা
কোন্মাই সনা তথকপা
তাইবঙদা থকহনবীয়ু ননাইবু

মথক্কী ব্রাহে অসি নোংমদা ১০৮ লক শোল্লগা, উচাল মচিনা শিং ওইরগা কখী অমদা থাগৎলু । মৈ অদুদা চেং থোইদিং ঘী হৈথদুনা মিংখৈ খুদিংগী কৎলু । নুমিৎ শিংবুম মঙানি কৎচৌ । অপাম্বদা নতেং পাংগনি ।

থৌরমসি গুরুনা ফম্বাল মমাংদা কৎখিবা মৈরিনা হায়রিবা মৈ অদুদগী নবুংঙো ঐনা য়াথোরকই । অদুগা গুরুগী মচা ওইরকখি । থৌরমসিগী মমাংদা গুরুদা হৈরাং লৈরাং কৎলগা খুরুমগনি ।

## গুরুগী মিংখৈ

হে তাইবঙ মপু ও শিদবা
শিদবা নুংবী খোঙনেৎনবা
নাদবা নুংদা খুদানবা
লিক্লাই সনা তরংবা
মালেম শেম্বা হে মপু-ও

## গুরুগী ফম্বাল

য়ুমজি ইনা মরি শৎ, পরৈ পথুপ কিশি-কি য়ুমলেন শমজিনা শমদোন ওই, মতোল্লা নোংমদোন ব্রাংবনা শংশেন মাবু মপুগী শক্লোন শক্তমনে, তাইবঙ মপু শিদবা কোম্লোংদা থৌরি পন্দোং য়ানখিবা তাইবঙগী হকচাং থব্রায় শরু পোল্লাংদি শংলেন মাগী শাইগংনে । গুরুগী ফম্বালদি কারমলে কারন ব্রাংমা লানফদে খা-নোংচুপ তাইনবা নবুংঙো লাইনিংথৌগী ফম্বালনে নবুংঙো ঐগী ফম্বালদি করানগী য়েংৎ ওইননা লৈবনি লাইনিংথৌগী মমাংদা খুবোম তাংবোম লুথুম্বা মহি ময়াই চেনবদা মহি মাগী শহিরেল অতৎপা লৈতনা চেনবনি খঙনা খঙনা পংইদা তাইবঙ ।

মায়দি মমাং ওনগনি লাইনিংথৌনা য়েৎওইননা থমগনি লানবা থোক্লবদি নঙক তৎকনি ।

কোক্রেন কোত্তি অথোইবা চিরেন চিনবুন নাইবদি, অমনা মালেমদা য়ুংবনি, অমদা নোংমদোন থেৎপনি । পরে পথুপ কিশিনুং নবুংঙো ঐনা য়াথোকই । তাইবঙ থৌরম শিনবদা, অঙানবদা লাংশেমখি নোংপোক মাদি মঙালনি । মাইয়োক্লবদা মাইপাকই ।

থৌরম থৌদা চুম্বা নবুংঙো লাইনিংথৌনা য়েন্তা তাইবঙবু ঙাকপিরে মাংদা গুরু লৈবনি, ওইদা পলেম লৈগনি, তুংদা মৈ কৌবা লাইনা লৈগনি ।

## তাকপিরম্বা




## লাইনিংথৌনা তাকপিবা গুরুগী শক্তম (৩)

মালেম ইমানা মতুম তাবগুম তৌই, হায়রিবা অদুদা খোঙবী নামতনা লেপ্লি । খোঙ ওই থংবনা থাঙ্গৎলি । মখুৎ য়েৎ থংবদা লেংবান ময়াদা থাঙ্গৎলি মদুদগী মঙাল অমনা পিৎ-পিৎ কাপই । মঙাল অদুনা তাইবঙদা ইঙাল ঙাল্লি ।

ইবুংঙো মহাক্কী কোকতোন্দি অতিয়া খেৎনা য়াংলি । কোকতোনগী অরোইবা অদুদা খোঙজোমনুবীনা হুরু-হুরু লৈদুনা পিৎ পিৎ ঙাল্লি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মাইথোং অদুদা মঙাল অমনা কাপলকই ।

ইবুংঙো মহাক্কী শক্তমদি মুত্রা হায়বসু নত্তে, ঙৌত্রা হায়বসু নত্তে, মুতক্লবদা অরংবা কাপই । নুপা ওইত্রা হায়বসু নুপা মানদে নুপীরা হায়রবসু নুপী ওইবীগী ফিবম উদে । মায়কৈনা ফিশেৎ ওই ।

## মী কৌননবা

অশি লৈবাক্তা শাইওল্লি
অচং লৈবাক্তা শাইদাংই
অচং অথোক মরক্তা
নমুগী শক্তমবু শক্লোন পুই
মফি মরোল কন্দুনা
তাইবঙগী য়াইফরোনবু মুন্নৈদা
নফি মুন্নেদো লাকউ- লৌজরো লাও
হে থব্রায় হে থব্রায় হে থব্রায়।

১। অচংবা মী অদুগী ফি মচেৎ অমতং লৌরগা সেগাদা য়েপ্পুনা থম্মু। অহিংদা ফন্নগা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা কৌরবদি মী অদু লাক্কনি। মী অদুগী মশক মমিং শক্লোন খঙগদৌবনি।

২। মী অদুগী খুয়াগী উফুল লৌরগা লফোই অমদা হাপ্লগা মিংখৈ অদু শোল্লগা মদু চাথোকউ। য়ারবদি মচেৎ খরদং য়োৎশিনগনি।

৩। নৎত্রগা মী অদুগী মমিদা খোঙপাক্কা নেৎলগা মিংখৈ অসি শেল্লো। য়ুম য়ৌরগা মী অদুগী মমিং অদু পল্লগা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা অহিং অথেংবদা থাউমৈ অমা থাল্লগা মী অদু কৌ নঙগী নখা পোল্লগনি।

মিংখৈ অসি শোল্লগা মী অদুবু কৌরগা কৌক্রকৌবা লাইদা শিনরবদি মী অদুগী মপুন্সি তেনগনি। য়েক্লবা নৎত্রবদি থৌরম অসি তৌহৈদে।

লুমানগী মতোন্দা শোল্লগা কিশি কিশল্লো, নৎত্রগা ফিগী ফি মতোন অমদা পুনশিল্লগা মিংখৈ অসি শোনগনি, অদুম তৌরগা মী অদুদা কল্লবদি মী অদু ব্রাম্মদুনা তাগনি।

লৈ অমদা মিংখৈ অসি অহুমলক শোল্লগা মীঙোন্দা থাবদা পানবা থোক্লবদি মী অদু নতুং ইনগনি।

কৌক্ররিবা নৎত্রগা ফাক্ররিবা মথব্রায় অদু থাদোকপিরগে হায়রবদি শেৎলিবা ফি অদু মচি খজিক্তং সেগায়রগা অহোবা অদুদা শ্বরনা কাল্লগা থাদোকপিয়ু। নৎত্রবদি মপুন্সি চুপ্পা মীনাই ওইগনি। ফিজি পায়দুনা য়ানগনি। করিগুম্বা মনিং থুংদ্রবদি ঙাওচৎনগনি।

## অঙাং লৈ নাবা ফননবা

হে লৈয়েং ও লৈবাকপা
লৈপাক ঙৌপাক মনুংদা
ঙৌরোক শুজা য়াইথুংবা
লৈখা নুংদা চংখরো চংখরো চংখরো
লৈখাগী পৌরোন শংথ্রবনি
হায়া... অঙৌ পানবা নঙ চংখরো ।

চৈ অমগী মতোন্দা লশিং হাপকদৌবনি । লশিং অদুনা খোইহিদা লুপ্লগা মিংখৈ অসি অহুমলক শোনগনি অদুগা লৈয়েং অদু তকথোকপিয়ু । পুং ২৪ গী মনুংদা ফগনি । লৈ অদুদা খুৎ শোক্কনু।

## লৈমরেন ফম্বান লোল

তং হুরু রু দম শেনমি শেনয়াই তল্লবনি ।
শ্রেং হুঁ ফর নোংদোন্দা নোংথাং নোংহায়বা
মালেমদা লৈন-মক্ত তারকউ
শেনমি শেনয়াই য়াইখোল্লবনি ।

ধুপ থাউমৈ থাল্লগা নবেম্মা নমা ঐবু ইরাৎ থৌনিজৌ । নপুন্সি চুপ্পা চখোম হাংদনবা পিনবিগনি । মুন্না খঙগদৌবা অমনা মপুগী থৌজাল ফংলবা মীওইতনা থৌরম অসি তৌগনি মপুগী মনাই নত্তবনা কয়েম্লরবদি নপুন্সি চুপ্পা লৈচাক হোৎলবদসু নবুক খক থল্লোই ।

হন্দক্কী লৈমরেনবী অসি তাইবঙ মোংবা ইরান য়াইদা শাইদাংগী অদু নত্তে । তাইবঙ মপুগী লোইবী শেনয়াই পুবী শেনমি পুবী অদুনি ।

শেনফুদগী শেনয়াইনা মখোঙ পান্দুনা চৎলবা অঙৌবা শক্তম লৌদুনা কয়েম্লরবদি মিংখৈ অসি শোল্লগা নফি লংদুনা কুপকনি । ফিনা কুপ্লবদি শেনয়াই ফংগনি । অদু নত্তদুনা অতৈ হকচাংগী পোৎ নৎত্রগা চৈনা করিনা লৈতুম্না থাদুনা পানবা ওইরবদি চফু অহিংবা মচা অমদা হাপ্লগা নঙগী মোন ময়াদা নুমিৎ তরেৎনি থমউ । অমাং অশোই তৌগনু । শোইদনা কান্নবা চংগনি

হি য়াই লৈনুংদা লৈবা বেদ পুরাণগুম্বা তানগে হায়রবদি লৈ হায়না খনবা মফম অদুদা লং অহিংবনা কোইশিনগনি লংজা তরেৎনা কোইগনি । ফংলকপা পোৎ অদু তাইবঙ শেম্বা মপু মঙোন্দা হেক ফংবগা কৎকদৌবনি।

# লৈতৌনবা চৎনা পথাপ

তৌগদৌরিবা মফম অদুদা মাই অৱাং নৎত্রগা মমাং ওল্লগা থোংখোঙ শানা লেপকনি ।

স্বরনা য়েৎতা লৈবদা কৌবা হৌগনি
লৈতৌবদা লাউগদৌবা খোল্লাউ - শিদবা মপু মহাক্না মায়পাক্লে
য়াইফরেন য়াইফবনা য়াইফরে য়াইফরে

তানগদৌবা মফম অদুদা ঘোট লাৎকনি । হৈরুক পানা য়াওগনি ।

মিংথৈ অসি শেনগনিঃ- তাইবঙ মপুনা থোংখোঙ শা
থৱায় মহাকপু ফৈবয়া
মালেম লৈদ লংথরকপদা
মালংদা থৱায়না খোঙলেপ্তুনা
তাইবঙগী থৌরমবু য়েংজেদো
থৱায় নঙনা উরুবা থৌরমদো
তাইবঙ থৱায়দা তম্বীয়ু
অথুপ্পা থৌরম খুদিংমক
তাকপীয়ু হে থৱায় ।

গুরুগী মিংথেঃ- সনাগী লুহুপ উপ্লিবা
শঙ্খ-চক্র-গদা থোল্লিবা
হুঁ-উং-রুং উং উরুং কৌবা ইবুংঙো
নমৈবু নয়াদা চিকশিনবীয়ু
মপুগী থৌজাল ফংহনবীয়ু
হেদো-হেরাও কাদুনা
হেরাং নাহেরেগনু
হৌজিক্লা হয়েং হয়েংনা-ঙরাং
ঙসি হয়েং তাইওন্নবা
তাইবঙ ঐখোয়না পামজদে
হন্থবিরো হে খোঙলোয়বা
হন্থবিরো হে খোঙলনবা
হন্থবিরো হে খোঙজোম্বা
থৱায়গী মিরেলবু ইংহনবীয়ু ।

গুরুগী মিংথৈ অসিদি য়াম্না ইংবা খোস্থাংনা শৈশক্তনি খোস্থোক্তি নোংঙাল্লমদাই মতমদা অহিংগী লিক্লানা লৈমাই চোৎলবদা চীংথৈ ফিদুপ হুনখরে । মালংবনা ঈংনা লিরিরি হুন্নকলবদা মালং মাগী চৈথেংনা পামেল উজাও অচৌবগী উনা ফর ফর হায়দুনা মপুগী মফমদা লৈশি লৈখোনবা থৌদৌ অদুবু তমজরগা শৈশক্তনি ।

তাইবঙ থব্রায়না হকচাং পোল্লাং থাদোক্লমদাইদা মসিবু শোনবীয়ু । অচংবা পোক্লকপা অঙাং নব্রাদা তাহনবীয়ু ।

লাইরমলেনগী লাইয়ামদা হৈরাং লৈরাং লৈকৎকে নিংলবদি নবুংঙো ঐগী মিংথৈ অসিবু শোঙ্গৌ । নবুংঙো ঐগী মিংলেন কোল্লোয়সি তাজবদা তাইবঙ থব্রায়না ইংথজগনি ।

অহিং তাইবঙ অথেংবদা, খুদোংচাদবা মফমদা শোঞ্জ-শকচরবদি অকি অখঙ লৈরোই । তিনমু-লাইমু ফত্তবা অমত্তনা শোক্রোই শারম-ঙারম তিনলম-লাইরম মরিমক্লা শোক্তবা ওইসনু অমরোদা মিংথৈ অসিদি ব্রহ্ম চক্র কৌই ।

ব্রহ্ম চক্র অসি খুদোনবীদা শোল্লগা লংবা য়াই । য়েক্লবা ঙমগনি । হিকাপ তেনকাপ হুনবসু য়াই ।

থৌরমদি ঃ - শ্রীহরিগী মফমদা শ্রীহল্লি কৌবা অকিবা অশাওবা শক্তম্না চোংশিন্দুনা তোংই । মতাং অদুদা ইবুংঙোদা অশাওবা মৈরিনা লৈয়েং লিশিং ফাংদুনা চাকথৎলি ।

মাংদা থাউমৈ অমা ধুপ- হৈরুক পানা থাল্লগা ফজনা শকচবা মদু লোইরগা থোংথোঙ শানা লেপ্লগা খুদোনবিদা মিংথৈ অদু শোল্লগা শ্রীহল্লি না শ্রিশুপালবু মরোল ১০৮ লক ঙাক্লবা মতুংদা মথব্রায় লৌখি । অদুগুম্বা ’গী য়েক্লবা পুম্নমক তুম্না মাংলসনু হায়দুনা লংগদৌবনি । লংলমদাইদা ইবুংঙোগী অকিবা শক্তম্থু নীংশিংগনি ।

থৌরম অসি মরাল লৈত্তবদা তৌরবদি ওনশিন্দুনা চাগনি । মরাল লৈ-লৈতেমুম্না য়েংগনি ।

অথুম অহাওগা লোয়ননা লৈ মনা অমত্তং থম্মোয় শেংনা মিংথৈসি শোন্দুনা কৎলবদি নবুংঙো ’না শোইদনা পেনবিগনি । হায়রিবা মিংথৈ অসিদি - হ-র-স হায়বা ফিদুপ অহুম্না লমদাইনফম্নি । ব্রহ্ম চক্র অসিনা কোইশিল্লগা লাইনিং পরৈ চেৎলবদি কনামত্তা চংলোই অশিবা হকচাংদা ককচেং ফাওবা কারোই । অশিবা হকচাংবু তিন কাংনা চারোই ।

ঙসি নোংলেন নোংজাদা<br>
নোংমদোন খেৎনা নোংখোঙবা<br>
লৈচিনগী পোম্মাই হাংলবনি<br>
উদবা খঙদবা লৈরগনু<br>
তাইবঙদা তরাম-তরাম ওকচরো<br>
মপুনা পিরবা থৌগলনি ।

*শ্রীচবুংবম চাউবা সিংহ ২৯/১১/৮২*

হৈনৌ-মনা থেংলগা উমুং মরি লং অহিংবনা কোইশিনবা

## ব্রহ্ম বিদ্যা

সর্ব ধর্ম্মান : সং পুটিত্বা
মায়া সে তৎ যথ সংপুটিত্বা
সর্ব বেদং মুখটিত্বা
অহং সর্ব বেদ সমপূর্ণ
সোহ হং-সোহ হং-সোহ হং
ব্রহ্ম শক্তি প্রদায়িনী দেহি ত্বং নম: নমায়:
ইতি ব্রহ্ম বিদ্যায়ং স্বাহা

## ব্রাহ্মোক্তি

বেদ বানি ফংলবা, বেদ পূম্নমকপু চিন্দগী থোক্লিবা
হে বেদবু কোকথোন্নরিবা হে তাইবঙগী মপু-ও
অয়োন অরান খায়দবা থব্রায় মিরেলবু মিকপ থোকহনবা
হে বেদ বার্ত্তা নঙবু খুরুমজে ।

থৌরম অসিদি অয়ুক অঙনবদা হৌরগা শেংনা ইরু-মাইথজরগা ধুপ থাউমৈ থাদুনা নুমিৎ খুদিংগী কৎচরবদি অশি থোঙচৎ খঙগনি । হৈ-লৈ নুমিৎ খুদিংগী কৎচরবদি তাইবঙ মপুনা পেনবিগনি ।

করিগুম্বদা মী অতোপগী পূজা তৌবীগে নীংলবদি ঘোট অমা লাৎলু । ফৌ তাঙ্গা মথক্তা ঘোট অদু থমগনি । ধুপ থাউমৈ য়াওনা খুরুমজরবদি সর্ব মঙ্গল ওইগনি ।

মথক্কী থৌরম অসি লোইরগা মখাগী অসি শোন্দুনা কৎলু অশি থোৎচৎ অমদি অপোক লোন নঙনা পোকপগী ব্রাফম অমদি তাইবঙ লোনচৎ পূম্নমক খঙগনি ।

থৌরম অসিদি খুৎকাপী অহক্রক কাপথোক্রগা তৌগনি।

অহং ত্বং প্রপিতামহ :

সর্ব শক্তি দকাসি-সর্ব শক্তি দকাসি-সর্ব শক্তি দকাসি

দেব দেবো সর্ব দেবো

ময়া দত্তেন ত্বাং প্রহ্যসচি

ইতি ব্রহ্ম বিদ্যা ব্রহ্ম শক্তি

ত্বাং রক্ষতু রক্ষতু-রক্ষতু

ইতি সে তৎ

অহংদগী তৎ-ফাওবসি ১০৮ লক শোল্লগা লৈশ্রিদ্রবা ইপা ইপুবু তর্পন তৌরবদি অহল পুম্নমক লানবা ঙমজগনি। মী অনাবা অদুনা লাল্লমদাই য়োরবদা থৌরম অসি তৌবিরগা থোহৌদা পায়রগা লাইগী লম্বী লাইথোক্তদা থব্রায় থাবীয়ু।

অহং ত্বাং দদাসি, স্বর্গ দ্বারম আপাবিত্তম

লাইরমলেনগী লম্বীবু হাংবিরে নঙ চৎচরো

ঐনা নঙবু কোনবিরে মপুগী থৌজাল ফংজরো

ইতি সে তৎ

অনাবা মনাক্তা ফল্লগা অশিবা থব্রায়বু অচুম্বা লম্বীদা চৎখিনবা থৌরম অমদি মিংথৈ অসি শোনবীয়ু। খা-থোক্ত লম্বীদা লেপ্লগা থব্রায়না থব্রায়বু বিদায় তৌননবনি।

হৈরবদি নাহেরোন্দা শৈশক্তনা বিদায় তৌবীয়ু হৈত্রগা চুম্না অদুম শোল্লবীয়ু।

থব্রায়না চৎখিনবা মিংথৈ :- ব্রাংলেন মিংকুপ মরিদং

কুপলেন কুম্না য়াকুম্না

তাইবঙ ঈপাক ঈয়াইদগী

য়ৌখরো মিংকু প নাহুম মনুংদা

থব্রায় নঙ য়ৌখরো

তাইবঙ ঐসু লৈহৌরগে

লাইরমলেনবু য়ৌখরো

চৎলো চৎলো হে অথৌবা

কায়নরসিকো ঙদিদগী

## ব্রহ্ম তেজ

ব্রহ্ম তেজ পুঞ্জা শক্তি শিবরূপ গুণ
হংস রূপ উপদেশমৃত
বেদোক্তা ব্রহ্ম জাগরণ বিদ্যয়াং
প্রথম পাদঃ ইতি

মৈতৈলোন্দা —ঙানুলৈমা ঈরূপলোন কৌই, থব্রায়না হৌরকপগী ব্রারী অমনি।

তাইবঙ ইপাক ইমাইদা
সনা অহিংবা তগুপ তরেংবা
অরুংবতনা ফুদোংনরবা
ঙানু থঙোংনা কৌইচেন চেম্না শান্নবগুম
হে ব্রহ্ম ঋষি নঙনা য়াথোকপীয়ু
তাইবঙ ইফোং লম্বী তাকপীয়ু
শিবা মহাদেব জগত গুরুগী য়াথংনি।

থৌরম অসি ইরু লাইশোননা হকচাং শেংদোকপা লোইরগা খুৎতা ঈশিং হাপ্লগা অচমন তৌরো। পূজা কৎলমদাই অমদি তুল্লমদাই নুমিৎ মঙানিদং পাংথোকউ। তাইবঙ ইপাক অসিদা নঙনা য়েংবদা উদবা অমত্তা লৈরোই। ব্রহ্ম তেজ শক্তিনা ফুদোংলবা লৌশিংগী মৈরানা ঙানু থাঙোংনা শান্নবগুম থম্মোয়নুংদা শান্নদুনা লেংদনা লৈগনি। মঙাল অসিনা ঙাল্লবদা নঙনা করি তৌগনি, হায়বদু থনফম থোক্তে, নহাকসে ঈশ্বরগী থৌশিন মথাদা লৈবনি মহাক্না হায়বদুতমক তৌগনি।

তাইবঙ ইপাক ইমায়সে
থব্রায় মহাকপু ফংজনবা
মরুনা ইহুন তম্বদা
ঈংগ্রি শিংখরে মালেমসে

থব্রায় মহাক্না খোঙদোয়রকপদা
নোম-নোম নোম-নোম লুকতুনা
হকচাং লেংলি পাল্লিবনা
থব্রায় মহাকপু ওকচরে ওকচরে

মপুগী থৌজাল ফংলবদা
থব্রায়গী মশক মরু মরাংনা
সনাগী মশক থিনগৎলে
হায়না হুম্না শান্নরে-শান্নরে

য়েংবগী পেনবা নাইদরে
মালংগী ইপোম ফংলরে
লাংদোনগা লাংদোনগা খেংনরে
মপুগী কোল্লোয়বু শকচরে

মরু ইহুন তমখরে
মপুং ফাখরে থব্রায়সে
সনা অহিংবা মচুনা শকতনাল
হৈজিং ফাখরে হৈরাংসে

মপুনা থব্রায়মুক হাপিরবদা
মালেমদা মরু-মরাংনা থল্লবদা
য়াইবী মরাং কাইজরে নুংঙাইজরে
য়েংবদা লমদম তামখরে

খোইয়ুম লাইয়াম খিবিক্লা
খুবাক লাইখন ঙাকতক্লা
ঙক থাঙ্গতুনা য়েংজবদা
মিৎয়েং কারনদগী তামখরেদা

খুবাং চাংজৌ তরা লোন
ফিগাও শারিবা থব্রায়না
মপুগী শক্তমবু মুম্না য়েংজবা
ফিগাও চোম্না হাপিরে খন্নবা

মপুগী মাগী মনাই অমত্তনা
তাইবঙদা চিঙ্গাক্কী চিংনদনা
কোলোয়বু তত্তনা শোঞ্জৌ শকচৌ
মপু মাগী থব্রায়বু নঙনা কৎপনা

নঙগী হিংনবা অহিং লম্বী
নবুংঙো ঐনা ইহুনবিরে
চেংগে ফৌগে শেম্বিগনি
হি-য়াইনা থনহনগনি ।

নবুংঙোদা কৎননবা পোৎলমবু
মালেমসিদা অমুক হাংডবা পান্দবা
ঙসিগী নোংলেন নোংজাদা
পিবিরে পিবিরে বিপিরে।

নুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ নঙনা ঙসি কৎপা চেংগৈ যজ্ঞ অসিগী মহৈদি লেংদনা লৈবা ওইরসনু। মপোক কয়াদগী নঙনা তানজরকপনা ঙসি নঙগী মৈরা কৎপদা নবুংঙোনা পেনবিরে। শিবা শক্তি শিবা শক্তি পুঞ্জ ঙসিদগী ফংজরো

*(২৯/৩/৮৩, নুমিৎ অসিদা অইবনা যজ্ঞ অসি তৌখি হায়)*

## চীংখৈ ঈরূপ লোন

লোইবী চীংজাও চীংখোঙদা
চীংখোঙ মাগী উরূপ মরুমদা
য়াইবী থরায়না পোথাজবা
মালেম্না হয়া মতা য়েংবিদে
নখোয়না য়েংবা ঐহাকপু
কোন্নোয় তারগা পেঞ্জরো
পবুক লাংদা থমজরো
তাইবঙ সেম্বা মপুগী য়াথংনে।

সভা মমাংদা থোকপদা মিংখৈ অসিবু শোন্দুনা মীপুম খুদিংমক খুরুমজৌ। তাইবঙ শেম্বা মপুনা ননাক্তা লৈগনি। অচুম্বা অদু ঙাংজৌ, চীংখৈ ফিদুপ হুনবদা হৌগৎলগা লাউরগা শৈহেকচৌ। অতৎ অথম লৈতনা শোনজৌ। মীরমলেনা ইকাই খুম্নগনি।

মিংখৈ অসি শোল্লগা থরায় পানবা খুদিংমকপু খুরুমজৌ। অদুগা থরায় পুম্নমকপু স্বরনা চিংশিনলগা য়োৎশিনগনি। থৌরম অসি তৌবদা মীনা হিকাপ তেনকাপ্পা থমাইবনচিংবা অমত্তা চংলোয়।

হোরেল নঙনা ব্রা ঙাংবা লোইরগা তোক্লগে নিংলকপদা।

য়াথোক্লো হে থরায় ব্রাহৈ অসি হায়দুনা হৌদোকপীরম্মু। ব্রহ্ম পুরবা স্বরনা খোইজিখাদগী হৌরক্লবদা তাইবঙ সেবাৎনরে। মতাং অদু য়ৌরবদা নশাগী স্বর অদু অমুক্তং থিংলগা মিংখৈ অসি শোল্লগা অনাবা মী অদুগী ময়াদা ফিনা কুপ্লগা থিনকাম কাম্বিয়ু। ঈশিংদা শোল্লগা মমাইদু চাইবিয়ু। হিংফম থোক্লবদি মিনিট ১৫ গী মনুংদা হিংগনি। শিগদৌবা ওইরবদি মনাতোন অদু শৈরগনি। স্বর অদুনা কান্নদা চনিং য়ৌগনি।

চীংখৈ ইরূপ লোন অসি শান্নরগা তাইবঙ খুদিংবু খুদুম চন্নবা হোৎনগে হায়বদি থৌরম পরেং ময়ামসি মথং মনাও নাইনা তমগনি।

১। অয়ুক অঙনবদা ইরু মাইথঙবগা নৎত্রেগা নুমিদাং ব্রাইরমদা লমহাংদা থোকউ। অনকপদা মী লৈতবা য়েংউ।

মিংখৈ অদু শোনগনি অদুগা ব্রা ঙাংবা হৌগনি। লমহাং অদুদা কনামত্তা লৈত্রবসু ব্রাখললা মী য়াম্না তিনবা ওইনা লৌগনি। মীয়াম মমাংদা ব্রা ঙাংবদা চৎনবী অদু য়েংলগা নোনজা ব্রাহৈনা ঙাংগদৌবনি। নঙনা ঙাংগদৌবা ব্রারম অদু ইদুনা পুবগী মথৌ ওইদে। মতাংসিদা করিগুম্বা ব্যবহার অমত্তা কায়বা য়ারোই। নঙনা মশক উদবা উদবা কয়াগী শক্তম্না শক্লোন পুরগা নঙনা ঙাংলিবদু তাগনি।

তাগদৌবা লাইদি মাইকৈ ঙাকপা লাইশিং শারোই ঙারোই লমহাং অহাংবদা লৈবা লাই লানঙমদ্রবা থব্রায় তিন-কাং লৈবাক্তা লৈহৌবা থব্রায় পুম্নমক্কা ভাবোক ওইগনি। হোরেল ব্রা ঙাংবা লোইরগা অসুম হায়না লোইশিনবিয়ু। ঙসি ময়ামগী মফমদা ব্রাহৈ অনীদং হঙ্গৎচবদা অরান অহই য়াওরবসু ঙাকপিগনি। মমল য়াম্লবা মতম থরদং ময়াম্না পীবিবসিদা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈজদে। মসিদং পঙ্গ্লরগা সভা তিনবিরিবশিংবু খুরুমজৌ।

থৌরম অসি নুমিৎ ৭ তরেৎনি শান্নগনি। মতাং অদুদা ঙাংনিংবগী হৈনবী অমা পোক্কনি। মতম অসিদা য়ুম মকৈ পানবা মীওইরবদি নুপী তিন্নগনু। মসিগী মথংদা নুমিৎ তরেৎনি অমা ঈশিংদা খ্বাং ফাওবদা লেপ্লগা ব্রা ঙাংবা তমগনি। লমহাংগী থৌরম অদুগা চপ মান্নগনি। ঈশিংদা লেপ্তুনা শান্নবা তম্বদা থোইদৌ য়াম্না ইংগনি নঙনা ঙাংলিবা ব্রাফম খুদিংমক্তা নুংশিবগী খোম্লাং অমা ফাওরকনি নঙনা ঙাংবদা মীনা হেক্তা তানিংবা হায়বসিনা থৌরম অসিগী অরোইবনি।

## চীংখৈরাকপগী মিংখৈরোন (মারজিং)

চীংবুরোই তম্বুরোই  
লোইয়ারাকপা খুনয়ারাকপা  
হে লাই-ও লাইনিংথৌ  
কেবনা কেবাক থোক্লিবা

খুয়াদা উফুল পক্তবা  
ফিরাংসি ফিন্দাদা য়াথোকপা  
ফিঙৌনা ফিজং খনবা  
চীংখৈরাকপা ও হে ইবুংঙো  
তোল্লবা নচানা খুরুমজে।

নবুংঙো ঐদি হৈক্রু পরেং অমত্তং, থাউমৈ অমত্তংগা কৎলগা ভক্তিগা লোয়ননা কৎলবদি হেক্তা পিনবিগনি। অয়ুক অঙনবা চীংখৈ হুনবা, লাইজ ঈয়াইদা লেপ্লগা শোঙ্গবদা খুদক্তা চোংথোরক্কনি। অপাম্বা হিরম অমা তাকপিগনি।

## শিবা শক্তি শিবা পুঞ্জ যজ্ঞগী মতুংদা যজ্ঞ অমা

মীরমলেনগী লাইদি থৌয়ামপুবা
মায়কৈ ঙাকপা খুনঙাক লৈঙাকপা
লাইগী লাইখোঙ মরিদা লেপ্লগা
শরোই ঙারোইনা থৌগল লাংগনবা
মৈরিনুংদা য়াথোকউ য়াথোকউ য়াথোকউ।

মিংথৈ অসি শোল্লগা যজ্ঞ অদু কৎলু। ১০৮ লক কৎলু। মৈরিনুংদা খোঙদোইরক্কনি। মায়কৈ ঙাকপা লাইয়াম্বু উজগনি।

মায়কৈ মরিদা নঙনা চৎপদা তাইবঙ পূম্ববু তাইবঙ লোনচৎতা থৌঙমজবা ওইজগে অসুম্না নিজৌ।

শিবা শক্তি শিবা পুঞ্জ কৌবা শিবগী শক্তিনা তাকপিবনি। মায়কৈ ঙাকপা লাইশিংনা নঙবু থৌজানবিনবা নঙক্তা নফি য়েৎলগা যজ্ঞ লোইবদা খুরুমজৌ। নঙনা তৌবা থৌরম খুদিংদা মায়কৈ মায়কৈ অদুদা লাইশিংনা নখুদাং পায়দুনা তাকপি তিকপিবা ঙসি কৌবা নুংদগী নঙনা ফংজরো।

### ঈ হাথবা থিংনবা

লাইরমলেনগী লাইয়াম্না
ঈরি ঈখোঙ হৈথবিরে
ঈগী ঈতুম মতুমনা
থরক থরক লাউনা চেম্নরে
তাইবঙ থব্রায় তৎপা তারে
ঈতুম মতুম নঙ হন্দ্রজরো
য়াইবী থব্রায় ফংজরো
মৈ কৌবা লাইনা শাক্কি ওইসনু।

তাইবঙ থব্রায় অদুনা ঈনা ঈখেং তাদুনা ঈ ওরবদা মিংথৈ অসি শোন্দুনা লব্রাই লেমফুদা কাম্বীয়ু।

মায়কৈ ঙাকপা লাই মরিনা কাইরেন কাইজাও শারগা মপু নিংবা থব্রায় মহাকপু পুরবদা লাইরমলেনগী লাইয়াম্না তাইবঙ থব্রায় লাইজনা হৈথরকখি। মতাংসিদা তাইবঙ অদুনা অমুক তাইবঙ চিঙ্গাকপু ফংজগখি।

## লাইশক তাকপগী থৌরমগা মরী লৈনবা ব্রারী

মায়কৈ ঙাকপা খুনঙাক লৈঙাকপা নবুংঙো ঐখোয় পুম্বনা নগী মৈরাবু খুৎথেংননা লৌবিরে।

খোইয়ুম ঐখোয়গী ব্রাখেশেল থারো
লাইগী লাইশং পিরো।

মতুংদা নঙনা চৎনিংবতনা চৎপদা লাইয়াম ঐখোয়না নঙগী নতেং পাংগনি। শরিশোল-শরিহল শরি মহাক্লা খঙসনু লাইখোঙ মখোঙ মরিনা ব্রাশক পরৈনরবনি।

নোংপোক্কী লাইদি লাইঙৌনি
ফিঙৌনা ফিজং খনগনি

নোংচুপকী লাইদি লাইমুনি
ফিমুনা ফিজেৎ লৈতেংনি

নোংদোন থক্কী লাইয়ামদি
ফিজোল লৈতেং শিংথানদে

মালেমদা তাবা লাইয়ামদি
ওননিংবদা ওনবা ফিজোলনি

ফিজেৎ লৈতেং লৈরাংসে
লৈমন চন্দ্রবা ফিজোলসে

লাইয়ামতনা শিজিন্নৈ
লাইয়ামতনা ফংনজৈ

লাইগী ফিজোল ফংহনবীয়ু
খোইয়ুমগী শক্লোন হোংবীগনু

মৈ কৌবা লাইনা শাক্পিনি
লাইয়াম খিবিক্লা পিনবীরো

হন্দক্কী যজ্ঞ অসিদি অথেন পোৎ কৎকনি, হৈ-লৈ, অচা-অথক, লফোই-লতং কৎকনি।

## লাইশক তাকপা

নুমিৎ চপ য়ুংবদা উখোঙ ব্রাখোংদা হিদাক থক্কুনা মকোক ইচাও চাওনা লৈরিবা লাইদি হনুকোকচাউ কৌবনি । খা মায়কৈরোমদা মানা চত্তুনা ঙাওনা ফৈনা নাববু য়েংনিংলবনি ব্রারী অসি লিগদৌবনি । অদুগা হিদাক হাল্লগা মঙোন্দা লানগদৌবনি ।

উখোঙ ব্রাখোঙদা থেনখিবা
হে কোকচাও হনুবা
নঙনা য়ারি ঈঙাং ঙাংনা নোকপদি
তাইবঙসে সেবাৎনরে মিরেল পাবোৎনরে
লাই নঙসু নহনফমদা হনখরো
মী মহাকসু মীরমলেন্দ থম্বীরল্লো ।

শারৈ অমা শাংনা কোল্লগা হিদাক ঙান্থক অমা হাল্লগা কৎচৌ । নুমিৎ ৪১ নিফুমাথোইগী মনুংদা অনাবদু কোক্কনি । অদুমনদি ওইরগা হায়রিদা নুমিৎ মশিং অসি লম-তু চৎহনগনু । করিগুম্বা চৎলবদি শারোইনা নথব্রায় লৌগনি ।

শম্লোং নিংথৌ খুরুল্লগা মদুদা অকৎপা পোৎ অদু মাগী শরুক খরা তম্বীরবদা মানা তাইবঙদা অমুক তোংলোই ।

## সোইরেনগী থৌরম

সোইরেন হায়বদি তাইবঙ ফম্বাক অসিদা পোকপদি পোকপা অদুগা তাইবঙ মীগী মতৌ তৌদবা অদুবু কৌই । শম্না হায়রবদা সোইনা পোকপবু সোইরেন কৌই ।

অঙাং অমা থা ৮/৯ দা মীওই শুদনা পোকপা নৎত্রগা পুকনুংদগী শিনা শিনা তারকপা, পোক্লমলগা ঙাইহাক্তং হিংলল্লগা শিখিবা নৎত্রগা থা অমা অনী হিংলল্লগা শিখিবা । তাইবঙ লোনচৎতা লোন্দিনদবা অদুগুম্বা হকচাং পোলাং অদুবু সোইরেন কৌই ।

সোইরেন্না শিরবদা তাইবঙ চিঞ্জাক অমত্তা পিজবা য়াদে । তাইবঙ চিঞ্জাকপু য়াওরক্তুনা লাক্লবা থব্রায় হকচাং অসিদি থব্রায় নত্তে । মদুবু মী মনু কৌই ।

ঈশ্বরনা হায় চেন্না-চেন্না চাবদা তাইবঙ চিঞ্জাক লেমহৌই । অদুক য়ামথুবা তাইবঙ চিঞ্জাক অদু য়াওদনা খোঙদোয়রকপা থব্রায়বু থব্রায় কৌদে । মখোয় অদু তাইবঙ চিঞ্জাক চারিবা থব্রায় খুদিংমক্কী য়েক্লবনি । মখোয়না তাইবঙ মীগীদমক ফননবা অমত্তা তৌদে । করিগুম্বা থৌরম অমত্তং তৌবা তারবসু মদু মীওইবা মপোক অসিগী মাংননবতা ওই ।

ব্রারী মতেক অমা মহাভারতকী মতমদা ধৃত্রারাষ্ট্র কৌবা নিংথৌগী নুপী মহারানী গন্ধারী কৌবীনা মচা চান্মা পোকই। পোক্লিবা অঙাং চান্মা অসি পোকপদা অঙাং অমা পোকপদা থা ১২ হায়বদি চহি অমা চংই। অঙাং চান্ম পোকপা তারবদি চহি ১০০ চংই। অহল খ্বাইদগী অহল অদুনা চহি ৯৯ শুবদা অতোনবা অদু পোকই। অতোনবা অদুনা হেক পোকপা নুমিত্তা মচানুপা অহল অদু চহি ১০০ শুরে। অদু ওইরবদি মমা অদুগী চহি ·১২০ শুম্বদি ওইফম থোকই। অদুবু মতাংসিদা লাইগী লাইবাওনা হায়রি ।

গন্ধ্যারী কৌবী মহারানীনা গর্ভ পুবদি থাগী থাশিং হেনখ্রে অদুবু পোকপদি লৈত্রে। মতৌ অদু অসুম য়েংলুবদা মমা ওইগদৌবী অদুনা শাওমনগ্রদুনা মপুক অকংবা অদুদা য়োত্তুম্না শুদংলি । মবুক অদু কায়বগী মহত্তা গর্ভদা লৈরিবা ঈগী মতুম অদুনা লৈমায় থক্তা তারে। তারিবা ঈ মতুম মীগী শক্তম ওইদ্রিবা অদুনা মরেং মরেং চংপদা অউবনা অকিবা শক্তম অমা ওইরে। মতাংসিদা বশিষ্ট কৌবা মহামুনীবু কৌদুনা য়েংহনবদা হায় লৈরিবা ঈগী ঈতুমসিদি লেম্না মাংবা য়াবা নত্তে, চফু অমদা হাপ্লগা চেংনা খুমদুনা নুমিৎ শিংবুম তরেংনি থমগদৌবনি হায়না য়াথং পিরে। নুমিৎ শিংবুম তরেংনি শুদ্রিঙৈদা মমা ইবেম্মা গন্ধারী কৌবীনা শাওমনগ্রদুনা চফু অদু অমুক্কসু থুগায়রে। চফু অদুনা কায়রবদা ঈ মতুম অদুনা মচেৎ মচেৎ লৈমায়দা তারে । তারিবা মচেৎ ময়াম অদু অমুক হন্না চফু চান্মদা হাপ্তুনা থম্বদা অঙাং চান্ম ওন্দুনা পোকখি। হায়রিবা অঙাং চান্ম অসিনা তাইবঙ চিঙ্গাক হেক চারুবদগী অঙাং অফবা অমত্তংদি য়াওই হায়বা লৈতে। অমনা অমদগী থোইনা হেন্না ফত্তে। মথোয়গী মশাদা ধর্ম্ম হায়বদু মচেৎ অমা ফাওবা য়াওখিদে। অদুগুম্বা মচা চান্ম অদুনা মপুং মরৈ ফারকুনা লৈবাক ব্রায়েল থৌদা য়াওরবদা নোংমতসু গন্ধারীগী কৌবী মমানা হরাও তরাম্বা লৈখিদে।

মমৈথংদা চান্ম মঙাগী লাল মহাভারত হায়না অচৌবা লাঙ্গাও অমা থোকপা তাখি। শাগৈগী মচিন-মনাও মপা-মচাগী লালনি। শাগৈ মাংনবনি ।

## পুশ্রি থোঙবান ফুনবগী থৌরম

তৌরকপা য়াই তৌরক্তবসু য়াই। অদুবু ঈশ্বরগী থৌশিল্দা থব্রায় মচা অচৌবা হায়বা লৈতে। থব্রায়গী থব্রায় চপ মান্নে। অদুনা অচৌবা অপীকপা পুম্নমকক্কী বিচারদি তাইবঙ শেম্বা মপুগী মথৌনি পোকপা শিবা খুদিংমক্কী বিচারদি মপু মাগীনি।

হায়রি ঃ বিধিগী লৈথোম্না লাইবক্তা চোংগ্রবদা তাইবঙ কনানা থেৎপা চংলোই।

অদুনা পুশ্রি থোঙবান ফুনবদা শিখিবা থব্রায় ময়াম অদু লাননবা থৌরমদি ব্রা মতাং অহম পানবা অমা কক্কনি মতাং ময়ায়দু ইহো হোহনগনি । মতোল ইথং থংবদু হোহনবা য়াদে। মতোনগী মতাং অদুদা মফম অহম হৎকনি ।

ইহান হানবদা লাইনিংথৌ খুরুম্মু ।
মথংদা মিংখৈ অসি ব্রা অদুদা শোনগনি।
ঙাক্রম না লমশি শিবদা
খাঙুথক্তা খাঙেনফম য়ৌহি
হে তাংখুন খুন্দাংবা
নখুৎ খুৎশু থাংনা ফাদোকপিয়ু ।

ব্রাহৈ অসি অহমলক শোনগনি । অদুগা পুম্রি ফুনম্রিবা মফম অদুদা য়ুংবিয়ু । অমুক ফুক্তোক্কনু । থৌরম অসি তাংখুল সনা মহিনা তৌবনি ।

মথংদা লা ময়োল অকোনবা তশেংনা থিনগৎপা নৎত্রিবা অদু লৌরগা মৈদা য়াইথোক্লবা মিংখৈ অসি শোন্দুনা সেগায়দুনা লংথোকউ ।

## লা অদু শেগায়বদা শোনগদৌবা মিংখৈ

ঈতুমনা লাইতুম ওন
লাইতুম্না লাইথি ওন
থিক থিগ্রি থিগ্রিবা
থিবুম পুম্নমক পুরে
তেরানা মফোল থোক্লদবা
য়েন্দেম্না শরৈ কোনবদা
লাংঙনুবীনা পাইবদা
তেরা মফোলনা মপাম য়ৌঙমদে ।

মিংখৈ অসি শোন্দুনা থব্রায় ময়াম অদু লানখিনবা তৌগনি । মদু লোইরগা মী অহম চাক পিজগদদৌবনি। মসিবু লাইগী শোরাৎ কৌই ।

মিংখৈ অসিনা তৌগদৌবা থৌরম অমা । মী অদু ঙাওনা কৈনা নারবদি মথক্কী মিংখৈসি শোল্লগা লশিং খর খুবাক ময়াইদা হাপ্লগা সনামহিগী মপা মপান লোমদা লেপ্লগা মায় মনীং ওন্দুনা লশিং অদু কামথোকউ । লোইরগা য়েন্দেম লরাক তারবা অদু শিংজু পিজগনি ।

থৌরম অসিমসু নুমিৎ তারগা তৌগদৌবনি ।
নুমিৎ লৈরিঙৈদা তৌবা য়াদে ।

## মহাদেবনা গুরুগী মঙালবু ফংজখিবা শক্তম অদু শোনজৌ নঙসু গুরুগী থৌজাল ফংগনি

মঙালগী মশক ওইরিবা
মশেক মঙালনা থল্লিবা
খুত্তা ত্রিশুল পায়রিবা
খোঙদা খোঙজি শিরিবা
নাপদা হুন্দুং য়াল্লিবা
চোয়জাইনরবা শল্লাং তারিবা
তাইবঙ গুরু সিদবনা
মায়থোং লৈনা য়েংবদা
গুরুগী শক্তম উজখি
হঁ হায়বা খোঙ্গেলনা
মালেমসে পূমঙান ঙানজখি
গুরুগী থৌজালবু ফংহনবিয়ু
হে তাইবঙ মপু সিদবা
তোল্লবা নচানা খুরুমজে ।

## থল্লায় মি কৌননবা

কাওরেম্না ষণগারকপদা
মো হায়নবু খোঙদগ্রে
থৌরি মাদি কোঙ্গোই য়াঙ্গোইবা
চেপসি য়াঙ্গোই চেপ্ন-শা
মঙক্তা থৌরি থুববু
নাম্মোক্তুনা চেনফদে হে কাওরেন
কাওরেম্না ষণগোন চংবগুম
য়াইবী নঙসু চংলক্রো
হকচাং পোল্লাংদা য়াতারো
হে য়াইবী ও-হে য়াইবী
নহনফমদা চংলকউ
তাইবঙ চেংজেন চারখো
কাওবা খোঙ্গুন লিরখো
হয়িগী কোলোয় শোল্লখো
থৌরি কোঙ্গোই য়াইওইবনা পুল্লবনে
ক্রক গুরুগী সনা য়াথংনে ।

থৌরি কোঙোই য়াইওইবনা থব্রায় মহাকপু পুন্নবনে । অহিংগী তাংলৌ লৈনা থেংলক্লবদা থব্রায় মি কৌশিনবনে। মিংখৈরোন অসি অবদা কাওবনা মমৈ ফিরাল শাদুনা মরাল য়াইদা চেন্নকপগুম থব্রায় মহাক্সু চেন্নক্কনিয়ে । থৌরম অসিদি থৌরি কোঙোয় য়াইওইবগী ব্রারী শিংবুন তুখুন ইনবা কৌই । কাওবা মহাক্কী মিংলেন্দি কাওবা, কাওবা ঙাংবা, য়াংলেন্দা কোরি চেনবা ঙাঙবা কাওবনে । নমু তাইবঙদগী হেন্না শিংবনে। খোইয়ুম লাইগী শাইওন্নে । থব্রায়না থৌরম খঙবগুম কাওবা মহাক্সু থৌরম পূন্নমকসে খঙবনে ।

অহিং তাংলৌ লৈনা থেংলক্লবদা নমু তাইবঙ মী অদুগী মিংখৈ হায়রগা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা কৌরবদি মখোঙনা থোংনা লাক্কনিয়ে । পিরিবা মিংখৈরোন অসিবু মহৈ য়ানবা থৌরম অমা ওইহনগে হায়রবদি ষণ লাবা অমদা য়াংকোক্তা চু মনা মনা মশিং অথুম অহাও লৈ পরে অমা য়াওনা কৎলগা মিংখৈ অসি শোঞ্জৌ । মখোঙ মরিবু লাইবক কৎচৌ । মদুগী মতুংদা থৌরম অসি তৌগদৌবনি নপুন্সিদা অমুক্তা তৌথ্রগা লোইরে ।

কোলোক থেঙ্গ্রা মশাইগোন, পান্বা কৈরেন্না য়াথোংলোন
য়াইবী চেক্লা শাইওন্দুনা, পালেম উশা ফৈরাথক্তা তোংদুনা
কাইরেন কাইজাওদা য়াতারিবা, তাইবঙ হকচাং উবদা তেংথাজে ।

হন্দক্কী কোলোক থেঙ্গ্রা হায়বসি থব্রায়না চৎথ্রবা হকচাং পোল্লাও অসিনা তুমলিবা মফমবু কৌই । অসুম্না শিংথারি । থোঙাক অশিথেন মকোই নুংওন চীংগী চীংখোঙবু কোলোক থেঙ্গ্রা হায়না তাকপিরি । মথংদা থব্রায়না চৎলমদাই য়ৌরক্লবদা মতম কুইনা খোঙদারম্বনি খন্দুনা হস্থনা য়েংলকই । য়েংলু-য়েংলুবদা থব্রায়গী লৈফম লৈত্রে মতম অসিদা থব্রায়না হকচাং কয়াৎ থুংনা য়েংলম্লবু কোলোক থেঙ্গ্রা সুম্না কোলোয়গনি। থব্রায়না হকচাং থাদোক্লগে নিংলবদা মথক্কী মিংগৌরোনসি থাদুনা কৌদুনা য়েংবীয়ু ।

কাওরেন মহাক্লা ষণগারক
ময়ুম থোঙ্গাল ব্রাংমদা
কোংয়াং চৈশুদি কানলবদা
তিনমু লাইমু ইনখিদ্রে
তুবৎ নাতৈ শমখিদ্রে
হে কাওবা ঙাংবা কোরিচেন
মোংবা নরান য়াই য়ৌরবসিদা
ঐনা করি করম থৌনিরসিগে
কাওবনা মাংশোক কাবীয়ু
নচা ঐখোয়বু কোনবীয়ু
হে থব্রায় মঙামক মীগা থারগা তরুকমক
য়াঙোইবিরো মোংবা নরান য়াইসিদা

মিংখৈরোন অসি শোন্দুনা থব্রায়বু খোইদৌদা কোনশিনবীয়ু । কাওরেন মহাকপু কোনশিনবগুম মীগী থব্রায়বু কৌশিনবীয়ু ।

অচাকপা মৈদা যজ্ঞ তৌরগা রূপ গুণ নিজনবা

চেং থোইদিং ১০৮ লক কংল্লু

শ্রীরূপ শ্রীগুণ শ্রীশিং
মৈগী মতৌগুম মায়থোং ঙাং
ননাইগী মৈগী কুণ্ড মনুংদা
মৈ কৌবা লাই নঙনা
চক্ষু অহিংবদা হাপ্লিবা
তাইবঙ থব্রায়গী পাঙলবু হাপ্লিয়ু
ঐগী থৌরম খুদিংমক্তা
মৈ নঙনা চাকপগুম চাকহনবিয়ু
ঐগী মায়থোংবু মৈ গুম্না চাকহনবীয়ু
তাইবঙগী থব্রায় পুম্বনা
মীরমলেনগী লাইয়াম্না
ইকাই খুম্নবদু মৈ কৌবা লাই নঙনা ফংহনবীয়ু
হে মৈ কৌবা লাই চাকলো - ও ।

মৈগী যজ্ঞ তৌবা



মৈগী যজ্ঞ তৌরবদি করম করম তৌগনিঃ

চেক মরিনা নাক অমমম ওইরগা চেক মরি অদুগী অরুবা অদুখক্তদা মৈগী যজ্ঞ নুমিৎখুদিংগী চীংখৈ হনবদা তৌরবদি ইবুংঙো মহাক্লা শোয়দনা পেনবীগনী ।

মিংখৈ ঃ -মিংখৈসি ১০৮ লক শোঞ্জগনি ঃ

হে তাইবঙ মপুং য়াইদা লেপ্লিবা
সনাগী ফিজং খল্লিবা
ফিজংগী ফিনা হায়দোক্লুনা
মপুগী থৌজাল ফংহলবীয়ু
হে তাইবঙ মপু-ও শিদবা ।

## সিদবী ইমাগী মিংথৈ



উপাল মখোঙদা ছিরিকোন
পুক্লীং অনী লোংদনা নমা ঐনা
মপু মাবু কৌজখি-কপচখি
ফুইনা হুন্না মাল্লংগী ইথিম্না
নমা ঐগী শম্লাংবু চোইজাইনহন
মায়থোং লকাদা চয়েৎনহন
থম্মোয়গী মৈচাক কিরদুনা মাল্লংবা
তুংওইননা হুমদোকখ্রে
নাপি-শিংনা অমোৎ অকায় পুথোকখ্রে
লাইরৈবাক্কী লাইজনা মরিক চুম্না
হৈথরক্রে নমা ঐবু চোৎননবা
নবুংঙো মাগী খুয়া থম্বালদা
কৎচখ্রবা নমা ঐগী অরেপ্পা থম্মোয়বু
থক-থক নীক্লবদা নুংশি মৈচাক্লা
মিৎতগী পিরাং শিন্থখরে খঙহৌদনা
তপ-তপ তারক্রে মালেমদা
খোঙজোমনুবী থোরক্রে মালেমদা
নোক্লা-খ্রাহৈনা করেম্নবা নমা ঐঙোন্দা
নুংশিগী মৈনা মৈত্রা হৌরক্লবদা
মায়থোং লকাবু থম্বালগুম ঙাংলক্রে
নমা ঐগী মায়থোং উরগা খোংজোমনুবী
খুবাং চাংজৌ তরা লোম্না খুরুমলে।

## লাইনুরাশিংবু কৌজনবা

নিংদু য়েন্বা শন্নাংবু
খুদোম্না মরক হৎ খায়দোকচবা
শন্নাংনা মচা তাজরে
লেং-লেং চৎপগুম নিংথিরে
শন্নাংনা শম্বুন ফারবদা
লৈরাংনা লৈশাৎ তন্নবদা
য়েংবগী পেবা নাইখিদে
হে তুংয়ান নিংথিবী
মাইথোং থম্বাল গুমজবী
খোইরুম মোমোন নোক্কউ
মিৎচিনা অমুক্ত য়েংলমউ
সে সে শিংঙেল লৈরাংসি চিন্দমজৌ

পিজনিংবা পোৎ অমদা মিংখৈ অসি শোল্লগা পিজবা, মনম নমহনবা মদু য়াদ্রগা ব্রাহে পরেংসি মাবু তাননবা হায়বদি মী অদুগী মপুক্কীংবু খুদুম চনগনি পান্দম অসিদি নুপানা নুপীদা শিজিন্নগদৌবনি।

লম তুপ্পা লৈবী লাইরেম্বীশিংদা লৈরাংগী খুদোল অসি কৎচৌ। নঙনা চৎপদা নুরাগী শক্তম পুরিবী লাইনুরাশিংনা নঙবু ইকাইখুম্নগনি। খুরু-খুদক কুপ্লগা মালেমদা নমিৎ য়েংগনি। হঙৎনা য়েংবা য়ারোই। লৈরাং কৎপা লোইরগা খুরুমজৌ। খুরুম্বা হেক লোইবগা নমাই লৈদুনা চ ৎচখো। নঙনা লৈরাং কৎচরম্বা অদোমদা হন্না য়েংলুগনু।

থাংজিং কৌবা লাইগী মনাই ওইরিবী নমা ঐনা নুংশিদুনা মিংখৈ অসি পিরবনি। ঙসি ঐনা তাকপিরিবা মিংখৈসে মালেমদা লৈবা তাইবঙ অমত্তগী মফমদা তাকখিদ্রি।

মতৌনা য়াম্লোবা হে পাথৌ
শিংঙেল লৈরাংবু লৈরাংজবসে
নখুৎনা হকথেংননা লৌবীয়ু।

হৈরাং -লৈরাং পায়গা খুরু খুদক মণ শারগা মিংখৈ অসি শোন্দুনা নঙনা লৈরাংজরবদি লাই অদুনা লেপ্পা লৌবা ওই। মৈরা কৎপদা অমদি হৈ-লৈ কৎপা খুদিংমক্তা শিজিন্নৌ।

থৌরমসি লাইরমলেন্দগী চৎনরকপনা মীরমলেম্না পান্দম লৌদুনা শিজিন্নৈ। মরু ওইনা মোইরাং কংলৈরোন্দ শিজিন্নৈ।

## পাম্ভোইবী শন্নাং

অয়াং লৈমা পাম্ভোইবী, থোইবী হায়না ঙাম্ভোইবী
য়াঙ্গোই থক্তা তোংলগা, শন্নাং চোয়জাইননা চেনখিবী
মালংবা মহাক্না তানবসু ফংজদে, অয়াং লৈমনা শমৈ ওই
শমৈ মহাক্কী খোঞ্জেলনা, তাইবঙ পুম্বা শুকাংলি
নবেম্মা ঐগী য়াথংনি, খোঙফম নাম লেংফরোই ।

মিংথৈ অসি শোল্লবা পেনা খোঙবা, য়াওনা হুই খোঙবদা অতবা মী অদু ঙককদৌবনি। লম্বাংদা হুই খোঙগনু ।

অয়াং লৈমনা থোইবীগী শগোল থৌদুনা পুবদা নুংশিংনা নাকোই শিংথি । অদুক্কী মতিক থুগানি থৌরমসি তৌনিংলবদি লৈরাং অমা নমাইবেম্মা অয়াং লৈমদা কংচরো, নরাইবক কংলগা নাপদা থেংচৌ । শরি মহাক্না খঙগ্রসনু থৱায় পুম্নমক নঙগী নখা পোনগনি ।

## ঈশিং হেননা চংপা থিংননবা

ঈশিংনা তুলি থন
তুলিনা তিলি থন
তিলি নঙ হল্লোদনা

ঈশিং হেন্না চংলবদা কবোক অফাবদা মিংথৈ অসি শোল্লগা কবোক অদু চাগনি । ঈশিং থক্কনি কবোক অফাবদু চাবদা ঈশিং থৌরাংবা থোক্লবদি লুম্বু লুম্বু শাবদু থকপা ফৈ ।

## খোঙ হাম্বা নুঙাইনবা থৌরম

নুংশিংনা তিলি থংলি
তিলিনা থিলি থংলি
থিলি নঙ চুম্না চংলু ।

অনাবনা খোঙ হাম্বা য়াদ্রবদা, অকনবসু খোঙ হাম্বদা অপনবা লৈরবদি মিংথৈরোন অসি শোল্লগা ঈশিং পিথকউ । অকনবা মীদা ওইরবদি তুল্লমদাইদা পিথকউ । অনাবা মীদা ওইরবদি থুদক্তা পিথকউ ।

প্রুক প্রুক শৌবী প্রুক শৌবী
শুরু শুরু নঙবু হস্থরোদনা ।

নুংশিং অশাবা কারবা পুক্তা নুংশিং চেল্লবদি ঈশিংদা মিংথৈ অসি শোল্লগা পিথকউ । হেক্তা ফরগনি।

## থব্রায়মি কৌননবা

হে থব্রায় মঙামক থব্রায়না মিরেল তরুক্কা
তাইবঙ চেংজেন চারখো পোম্বী নঙবু হল্লকখো
পাম্বা কৈরেম্না য়াথোংলোন কৈরেন মাবু য়াথোংলোন
পোম্বী নঙবু হল্লকউ হন্না মক্তা য়েংলুনু
মোইরাং খোইরি কৈথেলদা উপ্না লোংনা চিংববু
লৈমারেনবীনা থাগোননৈ
থাংজিং ঐনা ফমশেন্নৈ
থব্রায়না লাংঙনুবী ওইদুনা
শাখপ তোয়না পাইরক্লো চেক্লা নঙবু হঞ্জিল্লো
নুংশিদকো হে থব্রায়
কল্লকইদকো নঙগী নঙ্গবু
হল্লকউ লাকউ চংলকউ
চীংঙু ঐদি চৎলগে
থব্রায় নহাক লৈহৌরো
তাইবঙ চেংজেন লোইদ্রিমখে
থব্রায় নঙনা পোলোইফদে
থাংজিং ঐসু চৎলগে
থব্রায় নঙবু চংহৌরো-চংহৌরো-চংহৌরো

## মী মনু চংবদা থাদোক্কদৌবা

হিনুংদা মীনুং চং
মীনুংদা মিৎয়েং তাং
নথিবোং ব্রারক ঙমদবী
থবিনুংগী শিংনাংথোক
মীনু নঙ মনুং চনুং য়ৌখরো
গুরুগী সনা য়াথংনি।

মী মনু চং হায়বসি তাইবঙ মীগী মনু নত্তে লাইগী মনু কৌই। লাইগী মনু চংলবদি শোল্লিবমখে চৎলোই। অদুবু মথক্কী থৌরম অসি হায়দুনা শোনবিদুনা পিজবিয়ু। অনাবা অদুগী অথিনবা অরেংবা খোঙ হাম্বা নুংঙাইতবনচিংবদু কোক্কনি। থৌরম অসিগী ব্রাহম্নোক্তি — পুংয়ান মাইয়োক লাম্বা তৌনরবা মতমদা হিগী হিবান্দা অতোপ্পা কাংবুনা হিকাপ তেনকাপ অমদি থমাইবগুম্বা তৌবদা হিয়াংনা কম্না চেল্লবদা ঈরোম্লুংদা উনা উনা লুপথিবদুবু খঙনগনি।

## শিবা মহাদেবনা যজ্ঞদা কুন্নক্তুনা তাকপিরব্বা

তাইবঙ মপু সিদবনা
মালেম লৈদা খোঙদোয়রক্লবদা
লাইগী নুরা লাইরেম্বীশিংনা
লৈরাংগী খুজোক খুজোক্লা
য়েং ওইনা অনীদা চাইরগা
মপুগী থৌগল তৌজরে
খুরু খুদক যণ শা
লু-লুক্লা ইবেম্মশিংনা খুরুমজে
তাইবঙ মহাক্কী মৈরা কৎপদা
নবুংঙো ঐনা লৈফম খঙদেদো
ঐনা তাকচরুবা মিংথৈনা
ঐসে মাগী লাংদা থুররে
সত্য কৌবা লাইনা খঙথ্রসনু
মপোক লাংঙন খুদিংমক্তা
নঙসে ঐগী অচানবা ওইজরো
তাইবঙ ফম্বাক্তা নঙনা খোঙদোয়রবদা
নবুংঙো ঐগী মিংথে শোনবদা
ব্রাংলেন মিংকুপকী মনুংদা
নবুংঙো ঐনা লাক্কনি
হে থব্রায়গী মিরেল নঙ কাউগনু ।

## তাইবঙপোকপী ইমা ইবেম্মা শিদবগী লোয়নবীদা মৈরা কৎপগী থৌরম

তাইবঙ মপু শিদবনা
তাইবঙ পোকপীগা লোয়ননা
পলেম পম্হৌ অনীনা
নচাগী মাংদা য়াথোকপিরবদা
লাইরমলেনগী লাই নূরানা
লৈরাংনা খুজোক চাইথজরে
খোইরুম মোমোন মিচিনা য়েং
নচাগী মাংদা লেঙবিরকউ (২)
তোল্লবা নচানা ভক্তিগী লৈরাং কৎচরি।
হে হং হুঁ ভক্তা দেবায় নম:
হে মপুগী মনাই মনাইগী মপু ও
খুৎথেংননা লৌবীয়ু লৌবীয়ু
ওঁ ক্লীং শিব শক্তি স্বাহা

চেংগৈ মৈরা কৎলবা তুংদা থম্বাল অমা খুজোক্লা পায়রগা কৎচরবদি মৈগী মনুংদগী নপা ঐনা নমা ইবেম্মা মীনুংশি খঙবী মহাক্কী তৌবিমল খঙবা উংপা ওইনা সনা লুপা অমুক্তংদি হৈথবিগনি মপুন্সিদা থৌরম অসি অনীরক তৌগনু। লাইরমলেন্দা ঐ লৈফম খঙদে।

থৌরম অসিদি নোংঙানদ্রিঙৈদা তৌগদৌবনি।

## পাঙ্গল মপুং ফাননবা থৌরম

শুগুনুগী অৱাংদা লৈবা তাংজেং খুঙ্গাওদা উমং লাই ওইদুনা লৈরিবা লোক নিংথৌ কৌবা ইবুংঙোনা তাকপিরম্বা থৌরম্নি। মখাদা ইরিবা থৌরম অসি তাইবঙ শেম্বা মপু মহাক্না লোক নিংথৌ কৌবা ইবুংঙোদা তম্বিখি।

লোকলাইনা তিনলাই থদৎলি
তিনলাইনা লাইরি কৌথোকই
লাইরিদা তিনলাই চংবদা
তিনলাইনা মচু ওনজখি
তাইবঙদবু তিনজখি
তাইবঙগী থৱায়বু ফংজখি
মপুগী শিম্থা মতুং ইনা
থৱায় নঙনা য়াইফরো
অনা অয়েক লেরনো
য়াইবীগী পাঙ্গল ফংজরো।

কুম লায়না নারুবা, মতম কুইনা শাংনা নারুবা, অঙাং খোমকক্লাইনা চুদুনা মপাঙ্গল শোল্লবদি থৌরমসি নুমিৎ শিংবুম মঙানি তৌবীয়ু। শোইদনা ফগনি।

লফোই চিন্নাইদবা পিজৌ। লফোই চিন্নাইদবা হায়বদি লফোই মরু পানবা অদুবুনি। লফু লেম্ব্রাবুসু চিন্নাইদবা কৌই।

ৱারী মতেক খজিক্তংঃ- লোক নিংথৌ কৌবা উমং লাইনা পোক্লবদা অঙাং পীশক ওইনা খোয়রিন য়াওনা লাইজ ইপাক্তো তাওথরকই। লাইগী শক্তিনা ওনবনিনা শিবা য়াদ্রে। মতাংসিদা তাইবঙ মপু মহাকপু কৌরগা কপচখি। অদুগা মপুনা চানবিদুনা মিংথৈ অসি তম্বীখি। হায়রিবা লোক নিংথৌ কৌবা ইবুংঙো অসিদি রাম রাবনগী হাকতক্তা মহিরাবন কৌবা লৈরোম্লুংদা পানবা হিংচাবা অদুগী মচানি। গর্ভনুংদগী হেক তাবদা হনুমানগা লাম্বা তৌখি। দেবীগী থৌজাল ফংবা নৱা ওইবনা সনা লৈবাক মণিপুরসিদা লাংওন তৌখি। তাংজেং খুঙ্গাওদা উমং লাই ওইনা পানখি। হৌজিকসু লৈরি।

হায়রিবা লোক নিংথৌনা তাকপিরকপা মিংথৈ ময়াম, মথং-মনাও নাইনা মখাদা থমজরি।

## কংখু খুবা কোক্লনবা মিংথৈ

ব্রাতোম্না উতোন লামই
তিনবীনা ফ্রে-ফ্রে হাইরি
মথুন্দা মথি তৈরি
তিনবী নঙ হৌজিকমক হঙ্খৌ
ঙৌয়াদা মরেং মরেং চৎকনু
তিনবীরেমবীগী য়াথংনে।

চুরুপ বেরিদা হিদাক থক্লনবদা শোল্লগা পিথকউ। অহুমলক শোনবদা ফগনি। ঙাস্থক মনুংগী হিদাক মকে অদু খজিক্তং লৌরগা ঈশিংদা থাদরগা মিংথৈ অসি শোনবিরগা পিথকউ।

## তিন কাংবা কংখু খুবদা শোন্নবা মিংথৈ

লোকনিংথৌনা লোকলাই হৌববু
তিনবী নঙনা মথি ফোংববু
নাখাং অদু তেক্কেরা
চাইরুং অদু ফুকউরা
নমৈবু নয়াদা চিক্লগা
চেম্ফুজৌ হৌজিকমক নথব্রায় পুদুনা
মপু মাগী য়াথংনে।

তিনবী কাংবা অঙাং মশা শাগৎপা, কংখু খুবদা ঈশিংদা শোল্লগা পিথকউ।

## লোক লাইহৌ থৎননবা

হে লোক ও লোকথিবা
পাথি কোমথিদগী হৌরকপা
হাকথি খন্দুনা চৎখরো

লোক লাইহৌ হৌদুনা কংখু খুবা মশা শাগৎপা তৌরবদি হিদাক মৈথুম অদু লৌরগা খুবাক্তা খুবীনা নোইর-নোইরগা মিংথৈ অসি শোল্লগা মনম নমহল্লু। নৎত্রগা হিদাক মৈথুম অদু লৌরগা মিংথৈ অসি শোল্লগা ঈশিংদা থাদরগা পিথকউ। নৎত্রগা হিদাক থক্লনবগী মকে অদু লৌরগা হিদাকপু মহিদা থাদরো মদুদা ঈশিং খরা য়ানশিনবা পিথকউ। মিনিৎ ৫ গী মনুংদা ফগনি।

## লোক নিংথৌগী মতৌ তম্বা থৌরম

মীয়াগী তুরেম খঙগনি
ওননিংবতা ওনবনি
লোংনা তাওগে ইনিংনি
লোংদাও তাওবনা ইথৌনি
উপ্লা লোংনা লোংইনবা
ইপান লাংদা ইতাওবা
ইতাও তাওদুনা চৎচরো ।

থৌরম অসিদি নুংশা য়াম্না ফজনা শারবা মতমদা তমগনি ঈশিং লেপ থুমদবদা শান্নবা হৌগনি । থৌরম ঃ- স্বর অসি থক্তা চিংখৎকনি। চনিং য়ৌনা চিংথরগা থক্রোমদা পুখত্নুনা থমগনি শন্দোন্দা পুরগা স্বর হোনবা তমগনি । লফোই চিন্নাইদবগী মরূ অদু লৌরগা লুশমদা ফি অমনা পুনশিল্লগা লোংনা তাওদুনা শান্নৌ । নুমিৎ খরনিগী মনুংদা লোক নিংথৌগী থৌজাল ফংগনি লোক নিংথৌগী থৌজাল হেক ফংলবদা লাইজ ইরোম্নুংদা অমুক লুপলোই, ঈশিং মথক্তা নশা অদু ইতাও তাওদুনা লৈগনি ।

## লোক নিংথৌগী থৌনিরোল

তাংজেং খুঞ্জাওদা লৈবা লোক নিংথৌ কৌবা ইবুংঙোদা কোকয়েৎ নমখাং কৎলু । লফোই চিন্নাইদবা কৎকল্লু। শিদ য়াই নাঁদ য়াই হায়বা অদুবু ফংজগনি ।

লোঁকতা লৈবা লোক নিংথৌ, তাইবঙ হিদেন্দা য়াতাবা
লাইজ ঈরোম্নুংদগী ঈফাওবা, হে লাই ও লাইনিংথৌ
কোদোম পোকপদা য়াথোকখিবা
লাইজ ঈপাল লাংদ য়াইরেকখিবা
হে খোইয়ুম ও খোইরাংবা
খোইরিনা লিনখা থাখিবা
লিনখা মানা খাওনবা
লোক্তা লৈবা হে লাইনিংথৌ
তাইবঙ চিঞ্জাক চাদ্রিঙৈ
লাইগী লাইবাও ফংদ্রিঙৈ
খোইয়ুম ঐনা য়াথোকই
লাইরম লেনবু শিংনৈদো
মীরম লেনবু চিংনৈদো

লাইরমলেন মীরমলেন অনীদা ইবুংঙো নঙনা য়াথোকই ।

হে হো ও - ও -ও হয়া হে, হে-হে হয়া হে, হয়ুম-হয়ুম-হয়ুম ।

অয়ুক চাকচা মাংদা লোক নিংথৌ কৌবা লাইগী লাইমাংদা চৎলগা থৌরম অসি তৌগনি । য়াম্না চেকশিন্না পূক্লীং অনী লোংদনা কৎচগনি ।

হওঙা- হওঙা -হওঙা খোঞ্জেল তাবদা
লাইরমলেননা মিপাইরে
মীরমলেননা হরাওরে
মীগা লাইগা মুক্করে
খুৎলাম তোয়না কৌবিরে, নমু মাবু কোনবিরে
থব্রায় ঐনদি য়ানিংদা
ঙেং ঙেং হায়না কপ্লবদা
তাইবঙ মপুসু নুংওল্লে (৩)
হে তাইবঙ নাব্রা ওনব-ও
কাউগনু নঙগা ঐগা হায়নখিবদো
অরোইবদা নীংশিংউ
লেংদনা লৈবনি ননাক্তা
নমিংকী পিরাংদো কংচৌ-ও
মপুবু ঐনা পেনবিরে পেনবিরে
অমুক হয়া ফংজৌ-ও
ঙসিগী নোংলেন নোংজাদা
নবুংঙো ঐদি চংলগে, লাইগী খোঙবু থিংলগে
অসি হায়রব্রগা লেঙখরে
অঙাংনা তেংথা নাওইজ
তাইবঙদবু কপচখি -ও-কপচখি ।
মায়য়োক্কবী ওক্করে, মায়তানবী তানরে
তাইবঙ চিঞ্জাক চাক্করে, তাইবঙ লক্ত তিনখরে
মপু মাবু কাউখরে
কল্লকইদা হে থব্রায়
মপুগী লাংলৌ কুপইদা
মপুগী নাক্তা য়ৌজগে
নচাগী লাংদা থৎপিরো, থব্রায় ঐবু চানবীয়ু
হে থব্রায় মঙামক মীগা থানা তরুকমক
মপুগী নাক্ত য়ৌজগে
হয়ুম হয়ুম হয়ুম

থৌরম অসিদি অঙাং পোক্লবদা অঙাং অদুনা করিগুম্বা কপত্রবদা অদু ওইরবদি পৃক্লীং চংনা তেংথা নাওইদুনা শোনবীয়ু । মিংখৈ অসি শিরমদাইগী মতাংদসু শোইদনা শোনবীয়ু । থব্রায়না হরাও-হরাও লাইরমলেন্দ তিনখি-চৎখিগনি ।

## মৈগী মৈরা মুথৎনবা থৌরম

লমলেন তোম্পোক লমদমদা
মৈগী মৈরা কৎলিবা
নোংদোন থক্তা মৈশা লাং
মালেম লৈথা লৈনুংশা
থক-থা অনীবু
মপূগী মিংথৈ তারগা
লাইজগুম্না ইংজরো (৩)
হয়ি হে হয়া হুম
হুম হুম হুম

মিংথৈ অসি শোন্দুনা ঈশিং খিক্লগা মৈরা অদু মুথৎলম্মু।

## লোইয়া থাংহাই

লোইয়ারাকপগী থাংহাইনি
লোইবী নাপোম শোয়গনি
চেং থৈবগুম নিক্কনি
চগেম্না চনাং চায়গনি
য়েন্দেম থরাম শোইবগুম
মরূ ফুক্না শোইদৎলু
চংবী লরাক সেগায়য়ু
লৈমাই য়ৌদ্রিঙৈ শোইদৎলু

হিরম অসিদি কনাগুম্বা য়েক্লবনা হুরান লোম্না তৌদুনা চাংয়েং লম্বা তৌরক্লবা নৎত্রগা হুরান লম্বী চৎলগা লান চংলক্লবদা শিজিন্নগনি।

মী অদুগী মথল্লায় মম্নিদু কৌরগা থাংনা য়াম্থৎলু ব্রাংলেন পুংজা মরিংগী মনুংদা মী অদুগী তাইবঙ চেংজেন লোইজগনি। থৌরম অসি মোইরাংদা পানখিবা থোংলেম্না শিজিন্নখিবা থুৎলাইনি। লোইয়ারাকপা কৌবা লোইরম লোইজিরিদা লাইনি।

অমনা - লৈতোন অসি শাংনা তিংথোক্লগা মতোন অদু কোনশিনগনি। হিগী মতৌ মানহুনগনি। অদুগা তিন শিংতোকউ। ফুগ্রি-ফুহাম থুংবা, ঈশিংগী লায়না পকপদি ঈশিংদা ইরুজবদা মনপ মতিন শিংচনবগী মরালনি। তিনলাইখোম্বী চুবদা, ফুগ্রি-থুংবদা য়াম্না হাক্কচবা, হাকথি খনবদা ময়ুং চিংপা থৌওং অসি তৌরবদি মিংথৈ অসি পেরুক্তা শোনবিরগা শুরু শুরু নোইখায়রগা মহি অদু তৈবিয়ু খুদক্তা ফগনি।

হকচাংগী কুরাংবান অসিদা কোঙ্গোনগুম ইঙৌ-ঙৌনা চেংথোক্লবা, ঈশিং হানবগুম তৌরবা লায়নাদি 'নোদোন ফুদিতপা কৌই' লায়না ঈশিংদা চিন তেংবদা ফ্রু ফ্রু কাম্বদা নোংথাং খন্দুনা নোংথাংগী মণ্ডাল তরেৎনা হকচাংদা য়েবদগী লায়না অসি থোরকই। লুদা তোংদা চিক্লকই মিংখৈ অদু পেরুক্তা শোনবিরগা পেরুক মহিনা হকচাংদা তৈবীয়ু।

হায়রিবা কুরাংবানগী লায়না অসি মতম চানা য়েংদ্রবদি থাগী থোংদা ঈশিং হেক হেক চিৎকনি মদুনা কুইরক্লবদি ঈশিং চৎপা ঈশিং পুকচৎপগী লায়না অসি ওইরকই। পুকনুংদা ঈশিং চাওই। মমৈথংদা ঈনা ঈশিং ওন্দুনা ঈশিং য়াম্না চৎকনি। ঈশিংনা হেন্না চৎখিবদগী মী অদুগী হকচাং অদু তাইফেৎ তাইগনি অসুম্না ঈশিং য়াম্না হেন্না চৎলবদি পেরুক চমফুৎ ফুৎলগা মিংখৈ অসি শোন্দুনা ২/৩ লক পিজৌ ফগনি।

অনাবা অকনবা ঈশিং চত্তদুনা লাইয়ুংনদুনা লৈরবদি মনাতোন অদু অমুক্তং মেনশিনবীয়ু। মিংখৈ অসি শোন্দুনা মখোঙ খোঙবী অদু খঙচিং চিংলবদি ঈশিং য়েথত্তুনা চত্তবা অদু খুদক্তা ব্রি-ব্রি কামদুনা ঈশিং অদু চৎকনি। ঈশিংনা য়াম্না হেন্না চৎপা ওইরবদি উতোং নৎত্রগা তৌগী উতোং মনিং মমাং হোবা অমা লৌরগা অনাবা অদোমদা ওনশিল্লগা কন্না কাম্বীয়ু।

থৌরম পরেংসি লোইয়ারাকপা কৌবা ইবুংঙোদা ইরাই লৈমা কৌবীনা তাকপিখিবা থৌরম্নি।

ঈশিং লফু চারবদি ঈশিং চৎপা ফগনি। লফুরিৎ হায়বদু ঈশিং লফু হায়নসু কৌই। মপালদি ঙাংনা শাৎলে লফুরিৎ মনা অদুগী মনমদা খরা খরা মুগনি।

লফুরিৎকী লাদা চারবা মীওইদি মীরমলেনগী লাইয়াম্না লাকচবা ঙমদে।
লফুরিৎনা লিৎপগুম, লেমলৈ ঙানা চাবগুম, য়েংলমলগা হনখিগনি
থৌরম অসি মরম লৈতনা তৌগনু। লাইনা য়াম্না শাওই।

মীতোপকা মায়োক লম্বা তৌনিংলবদি লফুরিৎ মনাদা চাক চারগা চৎলবদি মীপুম খুদিংমক্তা ইকাই খুম্নগনি। হঙ্গৎনা ঙাংবা ঙম্লোই। হিরম অদুনা পাখঙবনা লফুরিৎ মখোঙগী পাথি কোমথিদা লোৎখি। লাইনা য়েংবদা উবা ফংখিদে।

ঈশিং য়াম্না চৎলবদি নোংনাং কোরি কৌবা উপালগী মকু নৎত্রগা মনা নৎত্রগা মহৈ অদু ঈশিংদা মুন্না ফুৎলগা থকউ। উ অদুগী মকু অদু শুগাইরগা অহুমলক পিথকপদা ঈশিং পুকচৎপগী লায়না ফগনি।

## নোংনাং কোরি কৌবা উপালগী ব্রারী মতেক অমা

অদুগুৈ লাইগা মীগা চারৌ-মৌরৌনগুৈ হাতক্তা থোকখিবা থৌদোক অমনি। কোঙ্খৌজাম্বী কৌবী তাইবঙনা লাইগী তালোয় ওইখিদুনা লাইরমলেন্দা লৈখি। নোংমদি মপামদা খোঙদারকপদা শানৈ যুনৈখি। লাইরেম্বীনা যু থকপা অসিদা লাইনা উদনবনি হায়দুনা নোংনাং কোরি মশানা কুপখি। অদুগা শানৈ যুনৈখি মদুদা লাইগী নিংথৌ সোরারেন না শাপ তৌখি নঙনা খন্দুনা পুকয়ু থকপদগী কোঙ্খৌজাম্বীগা কাইনরে। মরম অদুনা পুকয়ু থকপদা ঙাওবা ঈশিং য়াম্না চৎপা থোক্লবদি নোংনা কোরি ফুৎলগা থক্লবদি ঈশিংগী লাইনা অদু কোকচবা ওইজৌ হায়দুনা শাপ তৌখি।

নোংনাং কোরিগী মপাল অদু লাইনিংথৌ খোইরি ফাবদা কৎলবদি নিনিংবা নিবা য়াগনি অসুম্না শিংথারি।

### নোঙ্গারোন

তাইবঙ মপুগী য়াথং লাইয়ামদা তাকপাঃ

ঐগী মৈফমগী মৈরিনা মচু তরেৎনা লৈতেংদুনা
খোঙনা লাওনা চাকখৎতুনা, লাইরমলেনবু তম্নবদা
নোংদোন থক্কী লাইয়ামনা খুবাক চাংজৌ তরা লোম্না
লু লুক্লা খুরুমজে, মপু মাগী কোলোয়বু শকচ -শোনজ পেনজে
মপুগী ফাঙখোঙ মথাদা মৈরিনা হুত্তুনা চংলুবদা
তাইবঙ শেম্বা মপুনা তাইবঙদা মিৎয়েং তারকই
মীরমলেন থৌরম্বু উরগা মপুনা খোইরুম মোমোন নোকচরগা
ঐনা শেম্বা চার-অসে ইপান লাংদা য়াথোক্লবদা
ঐবু নীংশিংলিয়ে তাইবঙসি, তারো তারো হে লাইয়ামশা
নঙগী নঙগী নতিক নয়াইবু লৈরাংগুম ফুগাইনা শাৎহননিংলবা
তাইবঙদা ফিগে শেংদোকউ, অপাম্বা খুদিং হায়জহৌ
নবুক পেন্নবা ফংজহৌ, লাইনা শেম্বা তাইবঙবু নিফরোই
তাইবঙ থব্রায় শেম্বদা, লাইয়াম নখোয়সু য়াওখিবনি
নখুৎনা শেম্বা লৈরাং নাচোম মালেম লৈদা লংথরগা
খোঙপাক্লা নোইদুনা নেখায়ফদে,তারো তারো হে তাইবঙগী তয়ুমশা
লাইরমলেনগী লাই ঐখোয়সে, মীরমলেন অশি লৈবাক্কী থব্রায়বু

মিৎকুপ নাহুম য়েংদুনা শোম্নেদা, অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদা
লমলেন লমদম পুকচাক থন, মালেমদা মপুনা থাদোকখিবা
নুমিৎনা চীংয়াং থাংলবদা, মপুবু ঐনা লোইশিনবী
মমা কাইনরবী ষণনাও-মচানা মমৈ ফিরান খুরুপ থা
ইমা-ইমা খোম্মাংনা, খোঙনা লাওনা চেঞ্জবদা
মপুবু ঐনা হরাওনা য়েংজে, অহিংগী তাংলৌ অথেংবদা
ষণবীনা ষণনাওবু কোঞ্জবগুম, নবুংঙো ঐনা কোনবিববু
পংনা পাল্লবা হে তাইবঙ, নথিবোংগী মৈশানা নমংহৎতুনা
নবুংঙো ঐবু কাউথোকই, মপু নিংবা তাওবা হুইদো
মপু ঐগী থৌজাল উবনা, কপ্তুনা কৎচৈ মমিৎকী মপি
তুমিৎকী থব্রায়সু থব্রায়নি, লায়গী থব্রায়সু থব্রায়নি
মীরমলেনগী থব্রায়দি অথোইবা, নবুংঙো ঐমক্কি খঙবরা
নবুংঙো ঐগী শক্তমদি, তাইবঙ মহাকপু য়েংজৌদো
মশিং নাইদ্রবা তুখোঙদা, লাকঙমদ্রবা তুবুমদা মপুগী থৌজাল লৈবনি তুম্বা
হিগ্না চাবা থকপদা, কনানা করি তৌরিবগে
করিনা কনাগী মতিক ময়াইনো, তাইবঙ নঙনা খঙবরা
তাইবঙ থব্রায় লেমফুদা, ঙৌরেন ঙৌব্রু ঙৌব্রানবা
শঙ্গোমগী ইপাক ইয়াইদা, নবুংঙো ঐনা শানরবদা
খোইজিখাগী লাইজনা, ইপোম ইহৌদুনা ইয়েবা
মালংবনা তানয়ৈদুনা শান্নজবা, কয়াগী মতিক নিংথিজবা
তাইবঙ শেম্বা তাইবঙ মপুনা, খোঙফম লাওনা লেপ্পগা
তাইবঙ হকচাংদা খোঙনেৎপা, থক-খা অনীদা খোঙথাবা
তাইবঙ থব্রায় মীরেলনা খুবাং চাংজৌ তরা লোম্না
লৈশি লৈথোনজখিবা তাইবঙনা, য়েংবগী পেনবা নাইখিদে
থম্মোয়নুংদা মোমোন নোক, চিনবান থোংদা লাংবন খোইহিতৈ
অশাওবা শক্তম্বু উৎপদা, তাইবঙনা থক থক নিক্তুনা
পিরাং খোইজংননা কপচবা, লৈজবা পুম্বা খাক্তনা কৎচবা
নবুংঙো ঐনা পেনখিবদো, নমু তাইবঙ নখোয়না খঙলোইদো
খুয়া থম্বাল অকুৎপা, কুৎতক লাকতক লৈথোৎপা
হুরু-রু-হুঁংগী হৌফমনি
থোৎনা মেংনা কনগনি, তাইবঙগী তিংখং য়ুফরোই

থোংত থোংপি তথোংপি, নৌদা নৌরে পোক তেকপী
নৌরেন খুত্তা পায়রগা, তাইবঙ ইপাক ইয়াইদা
পুন্সিগী হিবু হোন্থবা, হিগুংফম হিথাংফম হিথাফম
হিরি হিনাও হিরুবাক, তিল্লাং খোইদানা য়োংথজৌ
ব্রাংলেন মিংকুপকী লৈরাংসে, কেন্দুনা তাখিবা উহৌরোই
তাইবঙনা শেম্বা মিংলেননা, হিনুংদা কুন্দুনা খাঙগনি
নবুংঙো ঐগী য়াথংদি, মালংবা মহাক্রুসু ইনগনি
খুবাক লাইখন শাদুনা, লাইয়াম্নবু য়েংগনি
খুয়া খাগী হিরেলনা, খোইদৌ খাবু য়ৌরবদা
পোংশি পোংলোইরে থব্রায়না, লৈজবা পুম্বা সেগাদা য়েপ্তুনা
মপুগী হিনুংদা লেপচরে, হয়ুম হায়না চনিং তাজরে
খোইদৌ মাবু য়েংওইননা, লৈনা-কোইনা খুরুমজরগা
লাইগী লম্বী লাইরমলেন, মচু ঙৌবা ঙৌবরেন
লাইথোং কোলোই মিংহেনবা, ইপোম নাইনা হোনগংপা
হকচাং পোল্লাং থোকঙাকপা, থজিন য়েংগাই পুরিবা
থব্রায়না চোংথোক্তুনা খুরুমজ, থবাক নাপ মরিগী
খোল্লাং থম্বাল কংচরে, পুন্সিগী চেংজেন থনমদরে
মপুগী হিনুংদা তোংদুনা, খৌগন লাংগন ফংজরে
স্বরগী পুংফম মকাইরক্রে, খোর-খোর লাওবা খোম্থাংদো
হোরো হোরো হোনা চংখরোদা, শম্নজিং মতোন পৈখরে
উন-ব্রাইমুক চিকখরে, মমিৎ মনা তুথখরে
শম্লাংবু নাম্থজবা ঙমজদরে, হয়ি-হয়ি খোম্থাংনা
শন্দোন্দবু কাওরবদা, পিরাং শিম্থজরে তাইবঙদো
মপুগী কোল্লোয় শোনজরগা, তাইবঙ ঈপাক লানখরে লানখরে
হুয়ম-হয়ুম-হয়ুম
তাইবঙ পোকপী পলেমনা, লুতুংগী শম্লাংবু কুরু শুংনা
শদৌ থোংনা কপচবা, পিরাংগী লৈরাং কংচবা
মপুও ঐসু নুংওল্লি নুংওল্লি, পা মানবা ইপা পম্থৌনা
কপ্লাক কুরু হৈরদুনা, খোঙফম খোঙথাং থাঙমদ্রবদা
চৈগু খুত্তা পায়রগা অহননা, মালেম লৈদা নোল্লুক্রা
মচা কৌদুনা কপচবা, পম্থৌ মাগী শক্লোনবু উবদা

মপু ঐসু নুংওল্লি নুংওল্লি, মশম মনা ইফা ফা
খুদাং পিফম তৈদুনা, উরি মাগী ব্রাজবদো
মপু-ঐসু নুংওল্লি নুংওল্লি,
য়াইফরেন য়াইফবনা য়াইফরে য়াইফরে য়াইফরে।
পলেম পন্থৌ অনীনা মৈ কৌবা লাইদা কৎলন্নগা
মোংবা মরান য়াইদা থুংলরে, মচা কায়না মৈচাকনে
অহনগী পাঙ্গলনা য়াওরক্তবনে, মপুগী মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং
হৈয়ুম হায়না থোঙ্গারে, লমলেন ফমলেন ফমথোইবা
উখোকতেন্দুদা ঙারগা, হে পলেম ইমা-ও- হে ইমা
মচাগী কায়না মৈশা খাঙমদ্রদুনা, পলেম্না পলেম্বু কৌদুনা কপচবা
মপু ঐসু নুংওল্লি নুংওল্লি, অঙানববু অমম্বনা কুপখরে
অমমলক্ত তিনখরে, অনৌবা পুন্সি ফংননবা
অঙানবা মঙাল ফংননবা, খদাং চেৎ লাক্তুনা চোংথোক্রো
তাইবঙগী থৌরমসে কাউগনু
হয়ি-হে-হয়া হম
হয়ি হায়না কোলোইগা, য়াইফরে -য়াইফরে -য়াইফরে
য়াইফরেন য়াইফবনা মাইপাক্রে ।

## নোংমদোন লাইরেন কোঙথোনবা



মিংথৈ ঃ নোংমদোন লাইরেন কোকথোনবা লাইজ ঈরোনুংদা য়াহিপ্পা। মুনা লংনা লাংবা মুরাংবা তগুপ-তরেং তনিক ত নিকপা হে নোংমদোন লাইরেন ও কোকথোনবা নঙনা নমু তাইবঙ নচাবু চানবীবগুম ঐখোয়বুসু চানবীয়ু।

পোৎচং ঃ কবোক অথুম অহাও হৈ লৈ কৎলু মিংথৈ অসি অহমলক শোনগনি। খুবাক খুদুনা হৌদোকউ পোৎ পুম্নমক অসি কৎপা লোইরগা তুং হন্না হন্না লাক্কনি। খোঙকাপ মঙা তরুক তুংহননা লাক্রগা, মায় ওম্থোক্তুনা লাকউ।

লাই অসিদি পুকচেল তপই। নিজবদা কান্নবা পিবিগনি।

## লাই অসিগী লৈফম

শলুংফমগী মমাং থংবা চীংয়া সুমলৌরিংবম খুনয়াদা লৈবা খারোক কৌবা মফমদগী লৈবনা হৈরোক য়ৌরমদাই চীংগোনগী লোকচপ অমা লৈ, অদুদা য়াথোকই মহাক্তী অতোপ্পা মমিং অমনা 'খারোক্তা য়াথোকপা, লৈরি চীংদা য়াতাবা' কৌই। হায়রিবা লাই অসিদি তাইবঙ থব্রায়না ওনখিবনি। লাইগা মীগা শম্নরিঙৈদা মমা মচা শিং চনবা চৎপদা য়েনশাং ওইনা ঙাফক চারুবদগী ওনখিবনি সুম্না লাইবাও পিরি।

ব্রারী মতেক অমাঃ- মমাংঙৈদা অখণ্ড অহৈশিংনা লাই ওনবা হায়বা থৌরম তৌবদা ব্রাতংগী তেন্দা মৈ চুরগা কাপই। তেন অদুনা পানবদা মৈচাক কোক্রুবা নুমিৎপু খুরুমখি। তেনগী মৈশাদু কোকখি। অদুনা মশাদা মৈনা চাকপগী মফম লৈগনি।

### লাস্লোকপিবা

তাইবঙ মপু শিদবনা
মখুত্তা নৌরেল পায়দুনা
তাইবঙ ঈপাক ইয়াইদা
মপু মাগী কোল্লোয় শক্তুনা
মনাই ওইরবা মচা নাব্রাবু
হিনুংদা হিরি কোনহনলগা
লাস্লোক পিরি তাইবঙ ঈপাকসে
লাইরমলেন লাইয়াম্না
লাইগী লাইথোং হাইদোক্লগা
লৈরাংনা খুজোক চাইথরি
তাংথক নাইরবা লাইজদা
শিংঙেল লৈরাংনা পিক থন
লৈরাংগী লৈনমনা শিনখরে
তাইবঙ শেম্বা তাইবঙ গুরুনা
মঙালগী মশক ওইরবা
গুরু মহাকপু খুরুমজদুনা
অচানবা মনাইবু লানবিরি
মপোক মপোক খুদিংদা লাংওন লাংওন খুদিংদা
মনাইগী মপু ওইরিবা হে তাইবঙ মপু সিদবা-ও
তোল্লবা নচানা খুরুমজে থব্রায় ঐবু চানবীয়ু।

## যজ্ঞ থুগায়বা

মপুরোইবগী য়াথংবু ঙাক্তবনা, মপা মপু থৌবুরেন কয়ানা
ইকাইখুম্নবিদ্রবদা সতি মহাকপু, ইকাই নুংশি য়ানরে থম্মোয় ফাবা ঙমদরে
অশাওবা মৈরি হৌরক্লে থম্মোয়বু থক থক নিখরে
লমচৎ শাজৎ নাইরক্লে চৎনা লোনচৎপু য়েংনরক্লে
হোম জপ তৌরিবা হৈশিংবশিংবু চৈ থাংনা লাওরক্লে
মগুণ খঙবা লাইয়ামদি খোঙলেংদুনা খোঙশানখরে
চঙকনবা অপংবনা মমিৎ মনা য়ুংঙৈদা
সতিগী অশাওবা মৈশা ফংলবদা মপুক্সি তেনখরে
যজ্ঞ কুণ্ড নাক্তা লেপ্তুনা মপুরোইববু কৌজখি
মপোক লাংওন লাংওনদা ননাই ফংজগে
তোল্লবী ননাইবু চানবীয়ু পংলবিনী নিংবীয়ু
অসুম্না লাওরম্লগা সতি কৌবী ইমানা
মৈরিনুংদা চোংথরে মৈরিনুংদা চোংথরে
মৈ কৌবা লাই মহাক্রসু মতিং থোক্রদুনা
সতিগী হকচাংবু পুজরে লাইয়ামদা খঙহন্দনা
মপু-ও হে মপু তাইবঙ শেম্বা মপু ও
অমমম অঙান খায়দবা শক্তম শকই লেপ্তবা
মায়কৈ শিনথুংনা পোলেপ্পা, তোল্লবা মৈ কৌবা লাইবু ঐহাক্লা
সতিগী হকচাংবু শিন্নজরি, মঙালগী মশক ওইনা মাংখরে
সতি লৈখিদবা তারবদা তাইবঙ গুরুনা, অশাও মৈশানা কারল লাক
খাকনা লাউনা লাওরকই লাওরকই
করি তৌরি অচানবা থিনথবা য়াদে হৌজিকসে
নন্দি ভঙ্গি মনাই অচানবা, থক খা ওনঙম্বা মালেম্বু
লমল খুম্নবা থারক্লে শিদবনা, যজ্ঞদা তিলম্বা অথঙ অহৈ
মথব্রায় মাংলেদো মাংলেদো, যজ্ঞ কাংথোং চাইখরে।
ফৌবোন তাবগুম তাদুনা থব্রায় য়াইবী মাংলেদো
তাইবঙ মপুনা মায় পাক্লে, মায়পাক্লে মায় পাক্লে।

কনাগুম্বা তাইবঙনা নঙবু শিংনদুনা শিংনরক্লবদি নঙগী মৈগর কুণ্ডদা থৌরম অসি শক্তুনা হৈ-লৈ চেং খোইদিং কৎলবদি য়েক্লবা পূয়মক তুমনা হাৎকনি।

মীরমলেনগী লাইয়াম্না তাইবঙ হকচাংদা তোংদুনা ওৎ নৈরবদি মিংখৈরোন অসি থিরগা ফিগী ফিনানা ফৎ ফৎ কনবদা লাই অদুনা তাইবঙ অদু থাদোকপা ওইসনু। নমা সতি ঐনা তাকপিবনি। নঙনা যজ্ঞ তৌবদা বৈত্যারানীদেবীনা থাং পায়দুনা ঙাকপিরি।

# ব্ৰাংব্ৰেনগী মিংথৈরোন

মিংথৈ অসি নিংথেমজাও কৌবা মাইবা শিংজমৈ থোঙাম মথাদা লৈবা ওজা ইবুংঙোদগী তমজখি।

চিঙগু ইবুংঙো চেংজেন নারল পাঙ্গনবা নপা ইবুংঙো কোৱৌ সোরারেন খোঙজোম্বগী মমোম লোন্না লাউকোনবা তাইবঙ নোংময়ল উফে মীশি মথক্তা ঈরু শাদেংলগা তুরেল লাইজদা ঈফাওবা লাইনিংথৌ। চীংনুংহুত্তা তাইবঙ থব্রায় মিরেল ঙাইদুনা লৈবা লাইনিংথৌ।

নহাক্কী শক্তম্বু পংলবা নচা নব্রা ঐঙোন্দা উহনবীয়ু।

মিংথৈ অসিদি নাহৈরোনদা তেংথা নাওইদুনা শক্কনি।

পোৎচং হৈকৎ লৈকৎ ঃ-

১। শেল অহিংবা, মিশি অহিংবা, হৈরুক পানা থূপ থাউমৈ, হৈরাং লৈরাং কৎচগনি।

২। ব্ৰাংব্ৰেনগী মিংথৈরোন অসিনা পাংথোকপা য়াবা থৌরম পরেং। ব্ৰাংব্ৰেন ইবুংঙোগী লাইবুংদা চংগে হায়রবদি ভক্তিগা লোয়ননা লাইবক কৎকনি। দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমজগনি।

৩। লৈরাংশিংগী মনুংদা উদা লৈবী লৈরাং লৈশং কৌবীবু পায়রগা মিংথৈ অসি শোন্দুনা কৎচরবদি অব্রা অনা কোকচগনি।

৪। নুংঙাই য়াইফজগে হায়রবদি ফৈজোম নৎত্র গা কোকয়েৎ অদু মিংথৈ অসি শোল্লগা কৎচগনি।

৫। মিংথৈ অসি শোন্দুনা ব্ৰাংব্ৰেনবু নীংশিংজরগা ইবুংঙো মহাক্তা লংবনি হায়না লংগনি। খোঙনাম্ব থাঙ্গৎলগা নুং লংলবদি নুং অদু নুংশিৎ কী মমাং থাদুনা চংকনি।

৬। মিংথৈ অসি শোল্লগা হৈ-লৈ খরা ঈশিংদা কৎলবদি ঙা শম্বোল ফংনা ফাবা ঙমজগনি। অদুমনদি ওইরগা ইহান হান্না ফাবা ঙা অদু হাৎপা য়াদে, য়োক্তুনা থমগদৌবনি।

৭। নুংশম খরা ঈশিংদা থাদরো ইরৈমা কৌবী নমাবু খুরুমজৌ মথংদা নবুংঙো ব্ৰাংব্ৰেনবু খুরুমজৌ অদুগা ঙা ফারবদি মতিক চানা ফংজগনি।

## ইরৈমগী মিংথৈ

ঙারেংবী তুরেংবী ঈরৈমা ইমা ইবেম্মা ননাইগী তুঙোল য়াঙোন থনহনবীয়ু ।

তিনকোক লাইকোক্লবা থৌরম ঃ - মুনা লাংবা নৎত্রগা ঙাংনা লাংবা য়েন অমা য়েলহিং থাগনি মথক্কী ব্রাংব্রেনগী মিংথৈসি শোন্দুনা য়েলহিং থারবদি তিনকোক লাইকোকচে ।

ব্রাংব্রেনগী থৌরম খুদিংমক্কী তৌদ্রিঙৈদা শারোই ঙারোইগী হান্না থাদোকপিয়ু মথোয়গীদমক তোঙাননা পুবিগনি । অসুম্না শারোই ঙাইরোইগী তমথ্রবা মতুংদা ব্রাংব্রেন্দা কৎলবদি শারোই ঙাইরোইনা য়ৈথায় খিনগায়বা অমুক তৌররোই ।

অহানবদা পোৎ খরা পায়রো, কৌব্রু শারোই হুম্ফু মাথোইমক য়াথঙলোয় নিপাল য়াথঙলোয় মাপল, লাই নুরা তরেৎ, লাইবুংথৌ মপাল নখোয়গী শরুক তন্নবনি সে সে লৌরোসে । অসি হায়দুনা পিগনি ।

অনীশুবদা ব্রাংব্রেন শারোই... শরু ক তন্নবনি, অহুম শুবদা - থাংজিং শারোই শরুক ... তন্নবনি, মরিশুবদা - মারজিং শরুক... তন্নবনি । মায়কৈ মরিমক্তা লৈরিবা শারোই ঙারোইগী কৎপা লোইরগা লাইনুরা ৭ তরেৎকীদমকসু থাবীয়ু । লাইরেম্বী তরেৎকী পোৎলম তম্বদা পাখঙবা ইবুংঙোগী শরুকসু য়াওখ্রবনি ।

ব্রাংব্রেনগী মিংথৈ শোল্লগা তুরেল খোঙবানগী লৈবাক অদু লৌরগা নমায়দা তৈশিল্লগা ঈশিং মনুংদা মিৎ পাংথোক্লবদি ঈশিং মনুংদা লৈবদু উবা ফংগনি ।

শরি শোন্দুনা শরি নামুংবা ঃ- শরিশো- শরিহল হুমলেন শিদবা, তাইবঙ মপুগী থুপ্পফম কে-কু শারোৎলবনে । ঐঙোন্দা মীসী লাইনা য়েক্লবা চংহনবীগনু ।

লাইনিংথৌগী লাইমাংদা মৈ অমা থাল্লগা মথক্কী থৌরম অসি হায়দুনা শরি নামুংলবদি হিকাপ তেনকাপ চংলোই । মীনা কৌবা য়ারোই ।

হিকাপ তেনকাপ তৌরক্নুনা পাল্লবা মীদগী লৌথোক্লবদা লাইনিংথৌদা হৈ-লৈ কৎলবা থৌরম অদু তৌরগা হিকাপ অদু শৎকনি ।

লাইহন ঃ - লাইহন অসিদি য়াম্না চেকশিনগদৌবনি । শিবা চংবা অরোইবা চাংয়েংনবদা হনবনি অমনা হিকাপ তেনকাপ থমাইবা, লাইতিন থাজিল্লকপা পুম্নমক থৌরম অসিনা হনগদৌবনি । ভূত প্রেত হিংচা য়াইতম্বনা চিংবদসু হনগদৌবনি । মতম কুইনা শাংনা হিকাপ তেনকাপ্না নাক্নরিবা মী অদুগীসু লাইহন অসি তৌবিগনি অমুক অনীরক হনবীয়ু ।.

## তাইবঙ পোকপী ইমানা তাইবঙ গুরুগী খুয়া ফংজবা মিংখৈ

লৈরাং অগ্নি লৈহাওগী কুচুবু ওমজবী
তাইবঙ পোকপী পলেমবু ইমা লাংওনবী
নিংজবগী মৈরীনা হকচাং শিন থুংগ্রবী
নুংশিবগী নুংশি ঈরিত্তনা থনগ্রবী
পলেম ইমা লাইওইবী লাইনিংবী
লৈজবা পুম্নমক শেৎচ-ইনজরগা
কাইদা নোম নোম তপ্না থাংলকপা
পম্বৈগী নাক্তা খোংলেংলক্রবদা
মনাই মশল ময়াম্না ফিজি ফিনা শেম্নরকপা
থম্মোয়নুংদদি নুংশিগী মৈনা ইহৌরকপা
খোইরুম মোমোন ইকাই নুংশি য়াম্নরকপা
ইমাগী শক্তম্বু উরকপদা তাইবঙ গুরুনা
পাম্বোম অনী তিংথোক্তুনা নবুংঙো মহাক্না
তরাম তরাম হরাও হরাও ওকপিরবদা
খুয়া থম্বালদা তুজরে তুজরে তুজরে
ইমানা মপুগী খুয়া থম্বাল ফংজবগুম
তোল্লবা নচাবু মপুগী খুয়া থম্বাল ফংজগে
তোল্লবা নচাবু চানবীয়ু নুংশিগী ঈরিক খিকপিয়ু
পলেম পম্বৈ অনীনা মালেমদা য়াইবী মরাং কাইরে
হরাওরে নুংঙাইরে নুংঙাইরে শরি কৌবা নঙ
হরাওজরে নুংঙাইজরে নুংঙাইজরে, তাহৌরো।

মিংখৈ অসি নমিত্তগী নপি তাবমখৈ শকচরবদি পলেম ইমানা তাইবঙ মপু শিদববু ফংজখিবগুম নঙসু মপুগী খুয়া ফংজগনি।

মিংখৈ অসিগী একনামদি ঃ- হে ইমা লাইনিংবী, হে ইমা লাইনিংবী
লাইনিং পরে চেৎপী ইমা, ইমা ইমা ইমা

মথক্তী শৈহেক অসি শকপা লোইরগা একনাম অসি হে শোনবদা নমা ঐগী থৌজাল ফংজগনি। সত্য কৌবা লাইনা খঙগ্রসনু। নবুংঙোদা কংননবা পোৎলম থৌরম ব্রাত্ত-পাদনা পৈবিগনি। তিনমু লাইমু, শা-ঙা, নুংশিৎ নুংহমনা মিংয়েং তারকপদা বৈত্যারিন কৌবা নমা ঐনা খুৎতা থাংশাং পায়রগা মরু ফংনা শোইগনি।

হরি ওঁ ব্রহ্ম তৎ সৎ, ব্রহ্ম তেজ প্রাপ্তাস্তু।

## লনগৈ হোংনবা থৌরম

নুমিৎ হুমনি ত্রি সন্ধ্যা বর্ত্ত কৎলগা হৈরাং লৈরাং লৈকৎ তম্লগা হোম জপ তৌরবদি সনা লুপা হি-য়াই পূম্নমক পিবিগনি।

মিংথৈদি ঃ- সনা অহিংবগী কুচুবু ওমজবা
হে নীলকণ্ঠ
নিলগিরিদগী তাইবঙ পোকপীগা খোঙলেঙবিরকউ
তোম্লবা নচাদা হি-য়াই পিনবীয়ু।

থৌরম অসিদি তাইবঙ গুরুগী লনগৈ হোংবা কৌই। লন অসি ফংলবদি মপোক অহম্লক চাবা কোয়গনি। পানখৎলকপগী হুয়্নি পানবদগী হৌগদৌবনি। ফিশেং শেং চকশেং চাগনি। হৈরা কৎকনি। হোরেল লোয়রকপদা থরো অশংবনা পূর্নাহুতি পিগদৌবনি মথক্কী যজ্ঞগী নিয়মদু চৎকনি।

নীলকণ্ঠ নিলগিরি
নিবাসিনীম
লনগৈ কোকখোয়রিবা
হি-য়াই পূম্নমক পিনবীয়ু
মপোক লাংওন খুদিংদা ননাইগী ননাই ওইজগে।
থ্বাহেসি হায়দুনা নিগনি।

### থমাইরোন লৌথোক্লবা

পোলোই ফত্তনা শিংলোয়বী
শিংলোয় মৎত না শিংফেন্নবী
য়ারক্তা কোলোন থারিবী
অল্মোয় লকপু খুধ
চনিং চয়াং থক নোম্বী
হে থমাইরোনগী অপুম্বা মালংবা
লমলেন খা পাংনা হুমখরো
তাইবঙ শেম্বা মপুগী মনাই ওইবা
মৈ কৌবা লাই ঐগী য়াথংনে।

চাননবা শিং মনাও মঙা নৎত্রগা শিং মপুম অমদা মিংথৈ অসি মঙারক শোল্লগা নুমিৎ মঙানি চারবদি থমাইবগী নুংশিৎ কোক্কনি। থমাইরোনগী নুশিৎনা মনিং মথা তমদুনা থিরি য়ুংলি য়ৈখৎপা কোকচগনি।

মী অতোপ্পনা থমাইথ্রবা খুদক্তা থ্রাম্থুরবদি মিংথৈ অসি শোল্লগা মায়দা খুবাক্কা নাম্থবিবদা খুদক্তা হৌগৎকনি। মিংথৈ অসি শোন্দুনা ফিজিগী ফিনা হেক সেগায়বদা তৌরক্লিবা তাইবঙদু মোংবা মরান য়ৌবা ঙম্রোই। মসি খুৎলোন খুহন কৌই।

## নোঙ্গাবা

নোঙ্গারোল কৌবা অসিদি লানঙমম্রবা থব্রায়বু লানবিনবা থৌরমনি। ছত্র অমা য়ুংগনি, হৈরুক পাম্না হে-লৈ কবোক অথুম অহাও অঙাংদা পিজবীয়ু। শরেন চনপ্পবা থব্রায়বু পেন্নবা থৌরমনি। ছত্রগী মখোঙদা হে-লৈ চাইথজৌ। থব্রায়না লাইরমলেন য়ৌগনি। লাইগী থোঙবু অমাইবনা হাংদোকহনবীয়ু, থব্রায়বু থাবিখো। ঘোট লাংকনি লং অহিংবনা কোইশিনবীয়ু।

শিরমদাইগী খোম্লাংদা, শিদয়াই নাদয়াই থাগোনজবা
নমিত্তগী পিরাং চোংলবদা, তাইবঙ লোনচংতি কাউগ্রবদা
শনজিং মতোন্দি পৈথরক্রে, স্বরনা শদোন্দা পুরক্রে
তরংদা তাওজরে য়াখলনা, অহিং অশা সে-মাই খঙদনা
উতুপ তাবগুম তাখরে, মালংগী চৈথেংসু ফংদরে
মৈগী মৈশাসু য়ৈদরে, গুরু মহাকপু উজরক্রে
মিংকী পিরাং কংচরে, খোঙগী খোঙয়াগী মিহননা
পোংশি পোংলোই পোংয়োমদুনা, খোঙদোয়রক্রে মপুগী নাক্তা
ঙহাক পুজোয় পোখারগা, মপুগী য়াথং কোক্তা থোংলগা
মায়কৈ মরিদা লৈনা-য়েং, হমুম হায়না কোলোয়রে
পাংতা হৌবা থব্রালসু, লাইজ ইরোলনুংদা লুপথরে
খাম্বী মৈশা লাংখিদরে, য়েংখি য়েংখি মায়কৈদা
লাইজতনা ইপোম হৌখরে, নোংমদোন থক্তা য়েংখংপদা
শিদবা মহাকপু উজরে, মঙালতনা পুমঙান ঙানখরে
থব্রায়না লম্বী য়েংজরক্রবদা, উজরে মপুনা থাবীবা কৈরাক
থাক থাক নাইবা কাফমদো, মপুগী কোল্লোয় শোঞ্জরগা
কৈরাকপু লাইবক কংলগা, লাইথোং লাউনা হাংখরে
খুবাং চাংজৌ তরা লোন, মপুগী মিংলেন শোঞ্জরবদা
থব্রায়না লাইরৈবাক কারক্রে, নুরাইবেম্মা লাইরেম্বীশিংনা
লৈরাংনা খুজোক চাইথরদুনা, হরাও তরাম ওকখরে ওকখরে
লাইবুঙ শেনবুঙ শেনয়াই য়াইবুঙ, মখোলতনা পুমনিল নিলখরে
মৈগী মৈরা কংখরে, হৈরাং লৈরাং লৈরাংখরে
থব্রায়না মপুগী ফানখোঙ ফংখরে।

নোঙ্গারোন অসি শকচরবদি হরাও তয়াম্বা ফংজগনি। পাম্বোম য়াংনা থাজংলগা থৌরম অসি শোনজৌ।

## থব্রায়না লাইরৈবাক কারকপদা তাইবঙনা লৈশি লৈথোনজবা

মঙালনা পুমঙান ঙানখরে, লাইগী লম্বীনা মালেমদা তারবদা
তাইবঙ থব্রায় পুক্না, খুরু খুদক ষণ-শা
খুবাং চাংজৌ তরালোন, মঙক্তা ফিডৌ য়েৎচরগা
হে হয়ুম শিদবা, শিদয়াই নাদয়াই থাগোম্নরিবা
লোইমনাই খুন্দা অহানবা, চরিক পরেং থারিবা
শিদবা মরু নোংদম্বিরিবা, হে তাইবঙ মপু হায়না লুলুক্লা খুরুমজে
লাইবক্লা লৈমাইদা তকচরে, পিরাংনা চোৎচরে মায়থোঙসু
মখুৎপু ব্রাংনা থাজৎলগা মরাও মথোই কাদুনা শৈহেক শৈদম শৈথাদুনা
মপুগী কোল্লোয়বু শোঞ্জরে, লৈনা লৈনা জগোই শাজরে লৈনা লৈনা জগোই শাজরে।

## মৈগী য়াথংলেন

মে কৌবা লাইবু ঐহাক্লা, নহাক্কী থম্মোয়নুংদা মৈচাক্লে
মৈগী মৈরী মৈখোল্লক্তা, তাইবঙগী খোইথুম্নরবা য়াব্রা তারগা
পুক্লীংনা তথক তথকপা, তাইবঙ শেম্বা মপু মাগী মফমদা
নঙনা কৎচবা পুম্নমক খুদক্তা লৌহল্লি।
হে ব্রহ্ম ঋষি মৈ কৌবা লাইনা পেঞ্জরে
নঙনা য়েংখিবা মায়কৈদা নঙনা চৎখিবা মায়কৈদা
মৈ কৌবা লাই ঐনা ঙালহনবিগনি।
তাইবঙগী লাইয়াম খিবিক্লা
শাইওন লাংওন চৎপা তাইবঙ মীথোই মীহেনবা
মাগী মাগী অথুপ্পা থৌরম খুদিংমকপু
মশা মশানা চোংথোক্লুনা ফিগৈ শেংনা তাক্লন্মু।
থক-খা, খা-ব্রাং মায়গৈ খুদিংমক্তা
নবুংঙো মাগী য়াথংনা মৈ কৌবা লাই ঐবু নঙগী লমজিংবা য়াওবিগনি।
"মাইকৈ ঙানবা মৈঙানবা অমমম লক্তগী হায়দোরকপদা
মালেমসে পুমঙান ঙানবনি লাইরমলেন মীরমলেন মরোল অহুমসে
মৈ ঐনা য়ৌদবা লৈতে মৈ নঙনা মাং থাবিয়ু ননাইনা থৌগল ফংজগে।

ব্রাহৈসি হায়রগা মৈ কৌবা লাই ঐবু শোল্লগা চৎচরবদা তাইবঙগী য়েক্লবা লাইশিংগী অখাবা মিৎয়েং ফংদবা ওইগ্রসনু সৈত্যা কৌবা লাইনা খঙগ্রসনু। মৈ ঐগী বিদ্যাবু তাক্লবনি।

মৈ ঐগী শক্তম অমদি চীংখৈনি। চীংখৈগী পূজা কৎচৌ মঙাম্না মশক ওইরিবা চীংখৈ ও চীংখৈ অঙানবা নঙনা ঐগী থম্মোয়নুংদা ঙানবিয়ু।

ব্রাহৈ অসি হায়রগা মৈদা চেং-থোইদিং কৎলু। নুমিৎ শিংবুম মঙানিদা থৌজাল ফংজগনি।

## খাঙেনফমদা উশিল তৌবা

মিংথৈরোন : য়োংমোই খুন্তাক লাংওনবী
লৈমরেনবীনা শাইওনবী
নহাক্না মখা পাংনা চৎপদা
হন্না হন্না য়েংদুনা মচৎলি
মচা মশুনা তেংথা নাওইজে
লমলেমদা তুখুন তাহৌদে
লারাক্তবু য়াহিপ্লি
য়োইমোন লৈতা অহানবী
তোল্লবা নচা ননাইনা খুরুমজে
মোনু তাইবঙগী থব্রায়বু ফিগাও শানা য়াজরি ।
পিনবীরম্মু নচাদা, তোল্লবনা খুরুমজে ।

থৌরম অসি থব্রায় মীরেল উশিল তৌবা কৌই । থৌদোক অসিদি য়াম্না চেকশিনবিগদৌবনি । মরমদি অশিবা মফম হায়বদি খাঙেনফমদা অশিবা থব্রায়বু পুননবা যমগী মনাইশিংনা লৈ । মথোয়বু থেংনদনবা হোৎনগনি ।

মতম - নুমিৎ ময়ুম চংলকপা অমম-অঙান লোননবা মতমদা তৌগনি ।

অনাবা অদুগী শক্তম লৌরগা মাইবনা কোক অব্রাং ওন্দুনা খাঙেনফমদা লোংনা হিপ্লগা তাইবঙ মপু মহাকপু খুরুমজৌ । মপু মাবু খুরুমজরগা লোংনা অদুম হৌগৎকনি । লোংনা হৌগৎলবদি মায় অদু মখা ওল্লগনি । হিপ্লা মতমদা খুয়া অদুদা মখাগী পোৎচং অসি থমগনি লফু তুঙ্গা অমদা লফোই অহম খোক্লগা হাপ্লো অদুগা শঙ্গোম অহিংবা হাপকনি । খোইরু থাউমৈ অমা থানগনি । হৈরুক পানা হৈ-লৈ য়াওগনি ।

লোংনা হিপ্লদগী লোংনা হৌগৎলবদা পোৎ থারিবা অদুদা মায়োক্লরগনি । হেক মায়োক্লবগা খুবাক অহুন্নক খুদোক্লগা মথক্কী মিংথৈ অদু অহুন্নক থিগনি । লোয়রবদা নারিবা মী অদুগী মমিং পল্লগা মী অদুগী মপুন্সিবু নিবিয়ু ।

মথংদা পোৎ অদু পুরগা ঈশিংদা থাদবিথো । অদুদগী মাইবনা ঈরু মাইথজরগা অনাবা মনাক্তা পাউ তন্নমউ । মাইবগী দক্ষিনা তৌরগা নপুন্সি নিহৌগনি ।

মাইবনা হেক হিপ্লদা মী খরনা ফিনা কোইশিনবিগনি । মপাঙ্গল শোল্লবা কুইনা নারুবা মী অদুগী মপাঙ্গলসু মতৌ অসুম্না মপাঙ্গল নিবিবা য়াগনি ।

থৌরম অসি তৌবদা অকি অখঙ থোক্রোই । নঙনা উশিল তৌবদা নঙনা থাল্লিবা থাউমৈ অদুনা মুৎখিবা থোক্লবদি অমুক হিংবগী অশা লৈররোই । মদু খঙগদৌবনি ।

মিংথৈ অসি থিবা মতমদা মায় মখা ওনগনি মপুন্সি নিবিরগা খুরুম্বদা মায় নোংপোক ওনগনি । নোংপোক ওন্না খুরুম্মু ।

## শারোই ঙারোইগী থৌরম

শারোই হম্ফুমাথোই য়াথঙলোয় নিপাল লাই-নুরা তরেৎ অমদি লাইবুংথৌ মাপল হায়রিবা লাইয়াম অসিবু শারোই ঙারোই কৌই।

থা পানথৎলকপা অমদি শিথরকপা মতমদা হায়রিবা কাংলুপ অসিনা দোলাই অপাইবী তোংদুনা মায়কৈ ঙাকপা কৌক্ৰ মার্জিং ব্রাংব্রেন থাংজিং হায়রিবা মরি অসিবু খুরুম্বা চৎলি। মখোয়না লাই খুরুম্বা চৎপদা থেংনবা থব্রায় পানবা অমত্তদা ওৎ নৈবা তৌদে। লাই খুরুম্নগা হল্লকপদসু ফত্তবা থবক তৌদে। অতৈ মতমদা হিংথৎ থৎপা কাংবুনি। মীনা ব্রারগা মখোয়না মথব্রায় তানা নোকচবা মীরমলেনগী লাই কাংবুনি।

লাই ময়াম অসিনা লাই খুরুম্বা হল্লকপদা থেংনরবদি খুজিন্না খোংলি। মখোয়না খুজিন্না খোংফমদি নুপাগী ওইরবদি বুরিখাও অমদি ফৈবাক ময়াদা খোংকনি । নুপীগী ওইরবদি ঈশিং থোঙগী অকোইবা অদুদা খোংকনি।

লাই লমহেনবা কাংবু থেংনরবদি হিংবদা য়াম্না ব্রাই। শারোইগী মনুংদা লাইবুংথৌ মাপল অসিদি মথৌনা লৈবা তমথিবা লাইনি। মখোয়দি হিংথৎ থৎকনি।

মখোয়না হাৎপা মীহাৎতি নুপা থেংনরবদি বুরিখাও অদু মথক্তা ইনথৎলি। ঈশিং থোকফমদু ককথৎলি। অদুগা হাৎলি। মরম অদুনা লাই অসি থেংনরবদি বুরিখাও অদু ইনথবিগনি। অদুগা লাইয়েংবিগনি।

নুপীনা থেংনরবদি নুপীগী ঈশিং থোঙ মনুংদা মখুৎনা থিংজিল্লি মখুৎ অদুনা চিংথোকপদা মী অদু শিগনি নৎত্রগা ঙাওগনি। মরম অদুনা নুপী অদুগী ঈশিং থোঙ অদুদা খুবীনা নমথবিয়ু।

## মীওইবনা চৎকদৌবা লমচৎ

যোগম সন্যাসম
সন্যাসম যোগম কুরু
যোগ ক্ষেম যোগ শাস্ত্রয়াং মহাশক্তি
শক্তি সামর্থ ইতি ভবিতৈ ব্যম
যোগ শাস্ত্রয়াং মধ্যবিন্দু স্থানম
অহং সর্বদা স্থিত্তম যোগম কুরু সন্যাসম কুরু
নিরা কারৈস্য দেহিন অহার নিবৃত্তম্
দিবা রাক্রৌ অহং তোয়ম্ হুঁকার
তথাস্ত তৎ অস্ত ধৎ অস্ত সৎ অস্ত অহং সত্যম
সর্ববেদ সম্পূর্ণং ইতি স্বাহা লাইবাও ওইনা তাকপনি।

মালংনা ঈপোম হৌবদা মরুনা খুরক হাংদনা পাইরকই
নবুংঙো ঐবু য়াওরিএ অচুম্বদো ঐহাকনি অরেপ্পসু ঐহাকনি
চুম্না চৎপনা থুনা য়ৌহি অচুম্বনা অশেংবা লম্বীনি
পূম্নমকসে নবুংঙো ঐনি থম্মোয়দা য়েক্তুনা থমজৌও
লৈজবা পূম্নমক কৎচৌ ও অকৎপা পূম্বা লৌবিগনি
খণ্ডনা অখণ্ড শাবদি নবুংঙো ঐদি পামজদে
অচুম্বনা অচুম্বনি অশেংবনা অশেংবনি পূম্নমক সে ঐহাক্নি
হরি ওম ব্রহ্ম তৎ সৎ
মরু ঐনা মরা তারগা তাইবঙ পুন্সি ফংজেদো
অচুম্বতনা মায় পাকই চুন্নবতদা য়াংনা চেল্লি
খুরুপ থাদুনা চেঙৌও পাকথদুনা কোনজৌও
নমায় লৈনা য়েংগনু মালংবা ঐনা পুবিএ
নোংদোন থক্তা কারুনু মালেমগী ফজববু য়েংগনি
মপু মাবু থাগৎকনি খঙলেদনা হে তাইবঙ
উশাদা তোংলগা কপ্পাক কোন্দুনা নোন্নবদি
লৈরোন ফুকপা ঙমলোইয়ে কপ্পাক তিংনা নোমজৌও
মরু মরা ফুক্কনি মশানা চয়েৎনদুনা তাইবঙদা তারকপদা
থব্বায় ময়াম্না ওক্কনি খঙলগদ্র হে নব্রাখোই
নবুংঙো ঐনা তাকপিরে নথৌ অদু খঙজৌও।

## শৌজ চেৎখায়বা ফননবা

মী ওইবনা শৌজ চেকখায়দুনা ঈ তাদুনা হকচাং শোকপা অসিমক লিল-লাইগী নুংশিৎ মখল অমনি।

খুদম — লৈনাংদা ঙাপ্রম পেরে থারে। ঙাপ্রম মাদি মনুংদা চৎপ্রে। নুংশাগী মৈশা লাংলবদা পেরে মখুনগী মপান অদু চেকখায়রে মওংদুদা লৈনুংদা লৈবা ঙাপ্রম মচানা মঙক থিনগৎ থিনগৎলগা শান্নে। মতৌ অদুগুম্না শৌজ চেকখায়রদা মরেং মরেং চৎলি, নাই খোঙহাম্বদা নুংঙাইতে। অদু ওইরবদি হকচাং অদু কুচু কুমেল মাংই। ময়াং কংশিল্লকই। চাদা তুমদবদগী মখল কয়াগী লায়না লাকই। মতাংদুদা লিললাই নুংশিৎ তুপ্পবা মিংথৈ শোনবা ঈশিং থকউ। অদুগা মতৌ অসুম্না পুথোকপিয়ু। লা লাতোন অমদা চেং হৈ লৈ খরা হাপ্লগা মখাগী মিংথৈ অসি শোন্দুনা পুথোকপিয়ু।

লৈফু-ঈফু নাবা, অমম্বদা উফুল ব্রাইফুল চাবা
শনিংদা হনচাক থাবা, শন্দোন্দা হনচাক ফংবা
সেগাদা খোরি খোৎপা, নঙনা লম হেনবদি পেনা চৈজিং চাগেরা
হনচাক তিনচাক থাগনু, শোজা কোম্মাই শৌগনু, নথি থোক্কা মেৎকনি।

চাকদৌবা চিঙ্গাক-অপুম-অশা চাগনু। হৈক্রু হায়বা হৈদু শুরগা নুমিৎ ৪/৫ চারবদি হকচাং ফরক্কনি। লায়না অদু কোক্কনি।

# কৌব্রু কাবা

কৌব্রু মাগী নাপোমদগী, লাইজ মাগী শত্তম লৌ
গুরুগী ফানখোঙদগী চেস্থরক্লিবা, হে লাইজ-ও লাইজ ঈরোং নাইদবা
নঙগী ইরোংনুংদা তোল্লবা নচানা, হৈরাং লৈরাং কৎচরি
অয়োন অরান ঙাকপিয়ু তোল্লবনা খুরুমজে ।

হে লৈ চেং থোইদিং কৎলগা খুরুমজৌ চীং কাবা কাদবা ফন চপ মানে।

লিগী লিয়াই মরক্তা তিংখঙ মতোন অথৌবদা
লাইরেন লাইজাও পাখঙবনা শিৎনা শিৎনা
চৎখিবা তুম্বুম মহাক্লা য়ুখিদে
কৌব্রুগী লাইজনা ঈরুজরবদি ফল অদু ফংগনি ।

অঙৌবা ফিজোল লৈতেংবা
ফিজোলনা ফিঙৌ তারিবা
কৌব্রুগী মনাই ও অঙৌপানবা
অরাং কোকথোন পুদুনা মপুগী ফানখোঙ য়ৌনবিয়ু
ঙক্তা ফি য়েৎলগা খুরুমজৌ, অপন অরাক য়াওদনা য়ৌজগনি ।
খা-ব্রাংনা শুপ্লগা, নোংপোক-নোংচুপনা হিমানবা
মপুগী খুদাফম ওইরিবা, লাইজ ঈরোনুংদা ঈরু শাদেংলগা
মপু মহাক্লা পোথাজে পোথাজে ।

পুথ্রিগী ঈশিং অদু লৌরগা কোক্তা হাপ্লবদি ঈরুজবা ১০০ গী শরুকপু ফংগনি ।

শয়ি কুহি হৈপাল লৈপান, হৈরিৎ হয়াং হৈরাং লৈরাংদা
নবুংঙো ঐনা য়াথোকই-য়াথোকই-য়াথোকই
খুবাক লাইখন শাদুনা তাইবঙ নখোয়বু ঙাইবিরি ।
মপুগী ফানখোঙ চংবদা তিনশিৎ মাইশিৎতৌগনু ।
হন্না য়েংদুনা চৎকনু লব্রাই লেম্ফু
য়ৌবদা লাইরমলেনগী লাইয়াম্না তাইবঙ নখোয়বু নোক্লগনি ।
লৈমনাই খুন্দা অহানবা নবুংঙো কৌব্রু
অপানবা ঐগী য়াথংনি । কোক্লেন কুপ্তুনা
চংজৌ-ও, খুরু খুদক মণ শানা খুরুমজৌ
নবুংঙো ঐগী পোথাফম লাইগী মোরা ময়াই
চনবদা নরাইবক কত্তুনা খুরুমজৌ ।
হৈরাং লৈরাং হৈপাল লৈপাল উ-ব্রা তেনব্রানচিংবা
য়াম্থত্তুনা নবুংঙো ঐগী শান্নবুং থুগাইগনু ।

লব্রাই লেম্ফুগী মৈরম থংবদা নাওওক্লরবা লমদমসে নবুংঙো ঐগী খুন্দাপুংনি কাউগনু।

## শৈহেক শৈদা তম্বিনবা মিংথৈ

কোকলেন্দা শদোন কারগা, শম্মাংদা তাম্থা তানয়ৈবদা
মালেমদা ঈংগ্রি শিংখয়ে, লেমফুদা কোক্রেন থিনগৎপনা
থোঙলেনগী খোঙথাক্কম উশিদে, হাদ শেনয়ে শৈথারোন
লাইরমলেন্দগী হুমথবিয়ু, চনিংগী মালংনা শৈথাবিয়ু।



য়েক্লিবা অসি উপাল অচৌবনি। উপাল অসিগী মথক্তা মখ্যাং ফাওবা ফাওগৎপা শক্তম অমা থোক্লি। শক্তম অসিনা পাইরিবা চৈ অসিনা উনা মথক্তা তাংথক নাইনা য়ৈবদা খোম্থাং অমা ফাওরকই। কোম্থাং অসিদা তাইবঙ মপু মহাকপু লৈশি লৈথোনজে। নোংঙাল্লমদাইগী ইংলবা মালংনা ঈংনা তপ্না হুম্রকপদা উপাল অচৌবগী উনা অদুদা য়ৈররি। মতাং অদুদা উনা অদুনা ফরা-ফরা হায়না হুম্বদা থোক্লিবা খোম্থাংনা তাইবং মপু মহাকপু লৈশি লৈথোনজে। হায়রিবা খোম্থাং অদু ফংননবনি।

নোংঙাল্লমদাইদা ঈশিংদা চনিং য়ৌনা লুপ্নগা ঈশিংদা মুন্না য়েংলগা মিংথৈ অসি শোঞ্জবদা শৈহেক শিন্থা তম্বিগনি।

তাইবঙ শেম্বা মপু শক্রোন নাইদবা মাগী সনা য়াথংনি হায়বসি কাউগনু।

## অঙাও অফৈ ফননবা

হাউবা নওবু করি খুম্লো ? ঙাপ্রুম খুনলেম্নে।
তোলোক্তা য়েন্দু খেৎলগা, নকোক্তা চিরোং য়ুংলগা
হাউবা নওনা লমজায়রকপদি, কনাগী মোংবা মরান য়াইদা
য়াইরেক্কদৌরিবনো হে হাউবা, হাউবা তোল্লোক লৌথোকউ
অরাম খৌরাং কোক্লনবা, হৈরাং লৈরাংসি চাবিখো
তিল্লাং খোয়দানবিখো, হাউবা নখুন্দা লাকপদা
ঐগী য়াব্রাসি তারগা, হৈরাং নাহে তৌদুনা কুরাউ হংবু চলহনবিগনু
তাইবঙগী তাউবা ঐখোয়গা চানরসি, তিনকোক্লরসি লাইকোক্লরসি।

লৈশং খেকত্রাইবা কংলগা শম্লোং লিংথৌবু খুরুমজরো। লৈশং খেকত্রাইবা অদুনা অনাবদা থোমদৎলু। অঙাও অফৈ অমুক তৌররোই ফগনিয়ে।

থৌরম অসিদি কুষ্বীদা লৈবা শস্থোং নিংথৌগী ইরাৎ থৌরম্নি।

কোকয়েৎ অঙৌবা অমা, লফোই লফাং চং থোকপা অমা, কবোক অথুম অহাও য়াওনা লৈরাংজৌ কুষ্বীগী মাইকৈদা চৎপদা নমায় ফৌরামুক পাকহনগে।

কৎপা লোইরগা দন্দবৎ তৌদুনা খুরুমজৌ।

জগোই শাগদৌবা মদুদা শককদৌবা ঈশৈ খম্বগী জগোই অদুগুম্বা শাজগনি।

কবুইনা শলাং য়াইকোন্দা, খুবাক লাইখন শাবা শৈদা
নমখ্বাং ফিনা হায়না হুম্না, হঙ্গৎ-হন্দা তিংখৎ নোম্না
নুরানা লৈশি লৈথোনজবা, শস্থোং নিংথৌ নঙনা পেনবিয়ু।

ঈশৈ অসি শক্তুনা জগোই শারগা খরুমজৌ। কুষ্বীদা লৈবা শস্থোং নিংথৌগী লাইমাংদা শাজগনি। শস্থোং নিংথৌ হায়বসি লাইনিংথৌ ইবুংঙো লুরেননি। থৌরমসি তৌরবদা মায়কৈ অদোমদা চৎপদা লাইনিংথৌ শস্থোং নিংথৌনা সেগ্রাক্তা য়েপ্তুনা পুবিগনি কনাবুসু কিরুগনু।

অদুবু খুগা তুরেনদা ইরুপ্তুনা ইরুজগনু। লিল লাই থেংনগনি।

## মী কৌননবা

অশি লৈবাক্তা শাইওল্লি
অচং লৈবাক্তা শাইদাংই
অচং অথোক মরক্তা
নমুগী শক্তমবু শক্লোন পুই
মফি মরোন কন্দুনা
তাইবঙগী য়াইফরোলবু মুম্নেদা
নফি মুম্লেদো
লাকউ লৌজরো লাও
হে থব্রায় হে থব্রায় হে থব্রায়।

কৌগদবা মী অদুগী ফি মচেৎ অমা লৌরগা সেগাদা য়েপশিন্দুনা থম্মু। মী অদুগী মমিং অদু পল্লগা নুমিৎ মঙানি অহিংদা কৌরবদি মী অদু শোয়দনা লাকনি।

## শনি ঠাকুরগী মিংখৈ

কেক্রু মরুগী মচুনা ফুদোংনরবা
মুনা লংবা মুরংনবা
মৈরীনুংদা য়াথোকপা
হে শনি ঠাকুর তোল্লবা নচাবু চানবীয়ু।

নঙনা মৈগী যজ্ঞ কৎলগা মপু মাগী থৌরম লোইরবদা চেং থোইদিং পায়দুনা নবুংঙো শনি ঠাকুর ঐঙোন্দা নুমিৎ শিংবুম নিপালনি কৎচৌ। নঙোন্দা অকায়বা অমত্তা পিরোই। নঙোন্দা অয়েৎপা লাকপা খুদিংমক উৎ ওইনা মাংহনবা শনি ঐগী ইথৌনি। থৌরম মসিদি নপুন্সিদা অনীরক হন্না তৌগনু।

কনাগুম্বম্বা মীওইনা শনি ঐবু পূজা কৎনিংলবা মথক্তী মিংখৈ অসি শোন্দুনা মৈ হৌরগা চেং থোইদিং হেক কৎপদা তাইবঙ মী অদুগী অৱাবদু কোকপিগে। ফোলমোল কৎলু।

লৈরাং অগ্নি লৈহাও ঐনা খ্বায়দগী পামজবা লৈরাংনি।

শনি ঠাকুর মাগী য়াথংনি তারোহে
মালেম লৈকোইপুংসিদা ঐগী য়াথংসে
ঈনুং হৎনা চৎফদে
মালংদা উপোম নাইফরোই
নঙগী মিৎকী মিৎয়েংদা তাইবঙনা লম্বা
তৌবা ঙমদবা ঙসি কৌবা নোংদগী ফজরো
নবুংঙো ঐদি মপুগী নাক্ত য়ৌরগে
হরি ওঁ তৎ সৎ

## শনি ঠাকুরগী শক্তম

নবুংঙো ঐগী শক্তমদি তাইবঙ ইপাক ইয়াইদা
ছয় অমদগী হেন্না শাংদে ঐগী ইমিৎ পাংথোক্তে
হেক পাংথোকপদা লৈগুম্না ঙাংশং ঙাংই।

## শনিদেবগী পাউতাক

তারো তারো হে তাইবঙ অপঙবশা
পঙবনা নুশুক নুংঙানরবা ময়াগী লাংদা থুরিবা
ময়া মাগী লাংদুনা চয়েৎ খোইয়েৎ মায়কৈ খঙদা
নমিৎকী নপিদি শিস্কুজবা হিক্লা হিক্লা কপচবা
পিরাংগী লৈরাং লৈনম তারগা উরগা
নবুংঙো শনি কৌবা ঐসু পূক্লীং খোয়রাংই
ঐনা নঙবু লাক্লবা থৌরম খুদিংদা থুগায়বা
খোঙথাং খোঙথাং খুদিংদা য়েখাই থিনগাইবা
নবুংঙো শিবগী খুয়া থম্বালদা নঙনা পিরাং কৎচবা
শনি কৌবা মীনুংশি য়েংদবা নুংগুম্বা ঐসে
থম্মোয় পুবা য়াখিদে নঙগী নতৌ য়েংলগা
পূক্লীং মাবু ফাঙমদ্রদুনা হিক্লা হিক্লা কপচৈদো
নবুংঙো ঐগী পিরাংসে মালেমদসু তাফরোই
নোংদোন থক্তসু কাফরোই লাইয়াম খিবিক্লা নোকনিংই
তাইবঙ শেম্বা মপু মহাক্লদি নঙগী ঐগী ইতৌবু উরগা
খোইরুম মোমোন নোক্তুনা নঙগী মিচঙদা লেপ্পগা
শনি কৌবা ঐঙোন্দা হায়রকই হে শনি কৌবা লাই
নঙসু ঐসু লাইনিদো লাইরমলেন্দা পানমিন্নে
তাইবঙ থব্রায় পূম্বনা নবুংঙো ঐগী ইতৌবু তমদুনা
খুদাং ব্রাংনা থাঙ্গৎলগা লৈজবা পুম্বা কৎচরগা
হিক্লা হিক্লা তেংথা নাওই কপ্লবদা তাইবঙনা
নবুংঙো ঐগী মঙালগী মশক ফমফমলাং
থক থক নিক্তুনা খাঙলবদা পলেম নমা ওইরিবী
তাইবঙগী মাইথোং ওইরিবী হন্না ফাওবা য়েংলমদনা
মালেম লৈদা চোংথরগা ইখুত্তা য়োৎশুক পায়রগা
হুং হুরু হুরু হুরু হায়না খোম্থাং খোঙলোয়নরগা
নোংমদোন থক্তা ঐনা ঙাকপদি লাইয়াম নখোয়না কললক্লে।
মনাইগী মপুসে থৌরৈভেদা
লাইয়াম ঐখোয়গী য়াব্রাবুদি থৌওইবিদে।

তুম্বা চাবা থাদোক্লো তাইবঙ লাংদুবু লাম্বোক্লো
নঙগী ননাক্তা লেঙদনা লৈ মিৎকুপ নাহুম শেম্নেদো
অদুবু নঙনদি অয়োগী লাংদা লৈরিদো ঐসু নঙনা হায়বদা য়ারিদো
তাইবঙ চিঙ্গাক থাদোক্লগা হং হায়বা খোম্থাংনা নঙনা আচমন তৌরগা খোঙফম
নাম্মদা লেপ্লগা মপু ঐবু কৌজরো
নোংমা নৎত্রগা নোংমদি নমাংদবু লেপকনি । অচুম্বনি কাউগনু
নঙনা ঐগী হি-য়াই চেল্লবদা মহিনা মপং ওইরিবা
ফংঙমদ্রবা হিদাকপু নঙনা চিংদুনা ঙাওখিবা নুমিৎ অদুদগী
ঐনা লেংদনা লৈবনি । নঙনদি ঐবু উদবা নমিৎকী পিরাংদি কৎচবা
শনি কৌবা লাইনা থুগাইবনি ।
নঙনা শনি থৌজাল ফঙনিংলবদি অসুম্না লৈশি লৈথোক্তৌ
হে শনি কৌবা ইবুংঙো অশাওবা মৈশা নেম্বিয়ু
চায়েং লাংদা লংথবিগনু ! মালেম লৈকোইনুংসিদা
মপুগী মিংথে শোন্দুনা তাইবঙগী সেবা তৌজগে।
অসুম্না নিংজৌ! নবুংঙো ঐবু হকথেংননা উগদবা মিৎকুপ খরদমক ঙাইরবনি।

ওঁ নম শিবায়- তুলসি পএ কৎকদৌবনি
নঙগী তুলসি মনা হেক ফংবগা ঐনা মালেমদা চোংথোক্কনি
নমিৎকী পিরাংতনা লৈমাইদা চাইজৌ নৎত্রবদি ঐগী খোঙলেপফম লৈতে ।

উরুপত্তি কুরুপতি সেব্যম সেব্যম অতি সেব্যম
চলয়ন্তি চলায়মান : জগতপতি পাজনিবারনম
অহং ত্বং নমামি- ওঁ নম: শিবায়

ওম্বোকপনিদা হে গুরু গুরুগী গুরুবু ওইরিবা
অসুম্না মুরুম-মুরুম শোনবা তানা তানা ঐনা তাশিন্নদে
নঙসু নঙগী ননাই উরগা নমিৎ ননা শংদোক্নুনা
মপুবু ঐঙোন্দা ব্রাকৎলি অশাওবা মৈশাদো উৎলিদো
নঙনা ননাইগীদমক মপু-ঐবু শিংনদুনা শাওবদা
নবুংঙো ঐনা মোমোন নোকপা চিনবান কাঙবীরকউ
নঙনসু ঐবু শিংনখিবা করিগীদমক কাউথোকলি।
হে শনি কৌবা লাইও-নঙনা নঙগী ননাইগীদমক

নবুংঙো ঐবু শিংনদুনা হায়নি হায়রোই খঙদনা শাওবগুম
ইন্নাই অচানবা শোক্লবদি ঐনসু শাওই হায়বসে কাউগনু
মপুগী য়াব্রাসি তারগা শনি ঐগী অশাওবা
অশাও মাগী মৈশাদো মুৎলবদা মপু মাগী মফমদা মালেমদা লৈতোনা
খুরুমজখি ! অশাও মৈশা মুৎচখি।
হরি ওঁ ব্রহ্ম তৎ সৎ
সর্ব শক্তি প্রদাতা জগতপতি
অহং ত্বাং নমামি- ওঁ নমো শিবায়।

তারো-তারো হে তাইবঙ মপুগী মফমদা হৈরাং লৈরাং কৎপদা নমিৎকী নপি তারবা সত্য কৌবা লাইনা খঙপ্রসনু শনি ঐসু অমুক হন্না শাওপ্ররোই নবুংঙোগী মফমদা ব্রারী অসি লিদুনা লৈরাং কৎলগা ইবুংঙো মাগী লৈরাংবু শনি ঐঙোন্দা কৎপদা তাইবঙ থব্রায় নঙগী য়েক্লবা মপোক লাংওন খুদিংদা অমুক হন্না ওইররোই ! অমুক অঙনবদা নবুংঙোদা হৈরাং লৈরাং কৎপদা ঐগী শরুক থুংলকউ ।

## শনিগী প্রাথনা

শুক্লা শুবা নুংশুক নুনাংবা মিৎলিনা নাওরিবা শাদোং ওইরিবা
থম্মোয়গী মিৎয়েংতনা তাইবঙ থব্রায়বু উরিবা
শুরু মাগী মশেক মঙালনা ঐগী মিৎয়েং থব্রায় ওইরিবা
হে শনি ঠাকুর-অশাও মৈরিনা মৈহৌরবদা মপুগী ফম্বালদি ফমলেংদবা
থক-থক নিক্লুনা খাঙজেদা নবুংঙো ঐবু নঙনা-শিংনগনুদা
নঙনা মালেমদা য়াইবী মরাং কাইনিংলবদি
নবুংঙো ঐঙোন্দা চংজৌহে
ইখোঙ পায়দুনা হায়জৌ নরান পুম্নমক কোকপিগে
রাবন কৌবা বামোন হিংচাবা নবুংঙো ঐবু য়োৎথ্রিং ফলাং চনখিবা
শাগে তুমনা মাঙখিদো, য়োৎকী কবচ কৎলগা
নথুউ লৈতানা খুরুম্নবা নঙগী য়াব্রা খুদিংমক
লাইয়াম্না সরি নামুংদুনা খঙসনু
ঐনা ইকাইবা কোকপগুম নঙসু অব্রাবদু কোকচৌ
খুৎনা কবচ শাগনি ! খুরক খুরক লোলশিন্নগনি
হরি ওঁ ব্রহ্ম তৎ সৎ

## হু লৌথোক্লবা থৌরম

হৈরিগী তিংখঙনা তুম্বকান
চিনি চন্দ্রাগী তিংখঙনা চাউনা কোন
হঙ্গৎনা চিংলৈ ময়ুরে
হম্লরবসু ময়াংলে
তিংখঙগী শরৌ পামজদে
হৌজিক হম্লরো অপোম অতং চিকপা নাধা লৈরগনু
গুরুগী সনা য়াথংনে।

নাচলনা চিকপা, চুম্না চিকপা, য়োংনা চিকপা খোংপা, উচিনা চিকপা হু য়াম্না কন্দবা মখোয়না চিকপা থোক্লবদি হু পুম্নমক্তু মতৌ অসুম্না লৌথোকপিয়ু খুয়াদা তিংখঙ য়ুথিবা মদুদগী চিকপা শাবনচিংবা থোক্লবসু তৌবিয়ু। তিনখাক মতু ওইরবসু য়াগনি হেক্ত শিজিন্নৌ।

চিনি চন্দ্রা হায়বা লৈ অদুগী তিংখঙ অদু মথকলোমদা ওনখৎতুনা পানবা মশাগী মথক লৈমাইরোমদা ওম্বা অদু হেক্লগা মদুনা চক-চক থিনগাইবিয়ু ঈ নাই চিকপা শাবা ফখিগনি। তিংখঙ য়ুরবসু তৌবিয়ু।

হিদাক ঃ- অপ্রাজিতাগী মরা অদু কুপ্না শুগাইরগা থোম্বীয়ু নৎত্রগা নোংমাংখা মপান অদু শুগাইরগা থোম্বীয়ু নৎত্রগা মোংফমদগী লৈবাক মচেৎ খরগা ফুন্দা লাইরুদগী লৈবাক খরগা শুগাইরগা থোম্বীয়ু।

## চিকপা শাবা ফননবগী মিংথৈ

সেন্দ্রাং চাদি চানৌবা
চেক্লাগী শদোং চারুদে
পোম্বী তিংখঙনা শায়োম্বা
খুনু খরংনা শাদোং চাই
ঈদা তোংবা শদোংচাবা
ঈরিদা অচিক অশা পিগনু
তাইবঙ সেম্বা মপু মাগী সনা য়াথংনে কাউগনু
য়্যাংলেন মিংকুপ মনুংদা চিকপা শাবা হম্লগদৌবনি (২)
হয়ি- হে হয়া হুম হুম হুম হুম

মিংলেন অথোইবসি অহমলক শোল্লগা কামথবীয়ু চিকপা শাবা ফগনি। য়্যাহৈ অসিগ মখাদা অসিমসু অমুক হায়গদৌবনি।

নপাবুসু ইপানা ওমই নওবুসু ঐনা ওমই
নওগী নরমচৎনা নপা চেম্লহনগনু
হৌজিকমক ফগদৌবনি।

## হে নিলকণ্ঠ

সনা অহিংবগী কুচুবু ঙমজবা হে নিলকন্ঠ
নিলগিরিদগী তাইবঙ পোকপীগা থোঙলেঙবিরকউ
তোল্লবা নচাদা হি য়াই পিনবীয়ু ।

নিলকণ্ঠ হায়বা ইবুংঙো অসিগী মরমদা খরদং শন্দোকচরবদি নিলকণ্ঠ হায়বসি অশংবা থৌরিনা ইবুংঙো মহাক্কী শক্তমবু ওইবনি । কুচুদি সনা অহিংবগুম পুমলং লংগনি লাই হিংচবা পুম্নমক্কা লোয়না তাইবঙ ঈপোক সমুদ্রবু নৈরবদা হলা হল কৌবা য়াম্না তমথিরবা হু মদুগী মনম তাবা ফাওবদা মীদি লাইরদুনা লাই ফাওবা লৈঙমদবা হুনি । হু অদুনা থোরক্লবদা লাইয়াম লৈফম খঙদ্রে । থব্রায় পানবা পুম্নমক মাঙবা তারক্লবদা চীংঙু ইবুংঙো মহাদেব চীংখৈ পানবনা হু অদু থকচিনখি । হু অদুবু ইবুংঙো মহাক্না থকচিলবদা গর্ভনুংদা থন্নবদি তাইবঙসি মাঙবা তারে হায়দুনা থৌরি চরমদা থমখি । মথক্তসু হায়গৎত্রে খারোমদসু কুপথখিদ্রে । হু অদুবু থকলুরবা তুংদা ইবুংঙো মহাকসু হুগী মৈশা খাঙদুনা নিলগিরি হায়বদি অমম লোক্তা পোথাখি । ইবুংঙোনা হোন্দোরকপা স্বর অদুনা য়ৈরুবা মফমদা করিগুম্বা থব্রায় পানবা অমত্তা লৈবা য়াদ্রে । হায়রিবা অমম লোক হায়বসিদা মী লাই চংবা য়াদ্রবা মফম অদুদা ঈবুংঙো মহাক্না নুমিৎ তরেৎনি পোথাখি ।

তরেৎনিগী মতুংদা তাইবঙ পোকপীনা সেবা তৌজদুনা পোথাজখি তাইবঙগী অব্রাবা কোকহনখিবা ঈবুংঙো মহাকপু নিংজরবদি নঙসু অব্রা মৈচাক কোক্কনি ।

### ষণদম্বা

হে অঙৌপানবা ষণদম্বা ঙৌরোক ঙৌবা অঙৌবা
চিদোন্দা সনাগী হাজং য়ৈরিবা, খুজেংদা লুপ্না খোংজি শিরিবা
ঙকশমদা য়াইবুং য়াল্লিবা, তাইবঙ ঈশাক ঈয়াইদা কোইচেন চেন
মপু মাগী থৌগল তৌরিবা, হে ষণদম্বা অঙৌপানবা
নচাগী মফমদা মাপু মাবু পুবিরকউ পুবিরকউ পুবিরকউ
হে ষণদম্বা লা লা কোন কোন চু চু, হৈরাং শিংনাং ময়ামসে ফংবীয়ু
পুক্নীং লোংদনা ফংবীয়ু চাবীয়ু, মাপু মাবু পুবীরকউ ।
মহাক্কী শরিক খোম্বাং তাবদা, মপুবু মহাক্না পেঙ্গেদো
শরিক খোম্বাং তারগা, চিন্দোম্না লাংহাইনরবা
খোঙফমদা তানয়ে তাম্বারগা মপু মাবু কৌবীয়ু নচাগী মাংদা য়ৌহনবীয়ু ।

য়াংকোক অমদা অথুম অহাও হৈ লৈ মনা মশিং হাপ্লগা ষণ পুজা তৌজৌ । অদুম তৌরবদি ষণদম্বনা নুমিৎ খুদিংগী তাইবঙ মপু শিদবা মহাকপু মনমগন্দা হাপকৎতুনা পুবিরক্কনি থৌরম অসি তৌদুনা তাইবঙ থব্রায় কৌবদা যমরাজনা থিংবা ঙমলোই । কৌনিংবা মী লাই খুদিংমক ষণদম্বগী থৌরমসি লৌদুনা কৌবীয়ু মপু মহাকনা থব্রায় মহাকপু মনমগন্দা হাপকৎতুনা পুবিরক্কনি । শন্দম্বা ঐদা নত্তে, মহাক মহাক্কী শাদোংনা মপু মহাকপু ইতৎ তত্তনা পুরকপা ঙমগনি ।

## শামু য়াইশ

কৌক্রু মশাইগোন্দা চাকতারিবা শামু য়াইশ অঙৌবা খোঙফম মরিনা তাইবঙগী চুপ ওইবিরা চুপকী চুথেক মরিদা তাইবঙ থব্রায় পুন্দুনা থমলি।

কৌক্রু কৌবা অঙৌপানবা য়াইশ শাদোংবা মহাক্কী থৌজাল ফংজনিংলবদি য়াইশ মহাকপু মতৌ অসুম্না ইরাংচৌ -

মিংথৈ ঃ- হে য়াইশ শামু ফিঙৌনবা
মীরমলেন্দা য়াথোক্লুনা
মপুগী থৌগন তৌরিবা
মপু ইবুংঙো কৌক্রুবু শামু নমদা হাপ্লগা
নচাগী নাক্তা পুবীরকউ পুবীরকউ পুবীরকউ।

অসুম্না লম্ফু তুঙ্গা অমদা ঈশিং হাপ্লগা নোং ঙাল্লমদাই ইচিক হুনবদা কৌজরবদি মপু মহাকপু পুরক্কনি।

মপু মহাক্না শামু নমদগী চোংথম্লবসু মনাতোন্না কোত্তুনা পুরক্কনি। মতম অসিদা শামুনা খোঙবা তাগনি।

নখুৎ য়াংনা থাঙ্গৎলগা নঙক্তা ফি য়েত্তুনা লৈমায় শোক্না খুরুমজৌ। করিগুম্বা অমত্তা নিবা য়ারোই। অদুবু পুন্সি নুংশাংবদি পিবিগনি।

## তাম্বোক্লবা

ষণদম্বা মচুম তারবা ঐহাক্না, মালেম ফম্বাক মপুংয়াইদা
খোঙফম হন্দুনা লাংহুনবদা, লাইয়াম মীয়াম পুম্নমক
অকিবা মাবু কিরুবদগী লম্বী লমদাং চোইনরে
মালেমদা চিদোন থুম্না য়ৈরগা, খোঙফম থিন্দুনা লৈফুকপদা
তাইবঙ থব্রায়না থক-থক নিকই, লাইগী ষণদি ষণদম্বা
পুংয়ান মায়োক লম্বা লৈতবা, খোংনা লাউনা চেম্লক্রবদা
মালেমসি উফুল তানা কুপথরে, নথব্রায় পাম্মুজরদি হন্দোকউ
মীরমলেনগী লাইয়ামশা, লমগায়য়ু লমগায়য়ু

থৌরম অসি শোন্দুনা তিনমু লাইমু তাম্বোকউ। চীংঙু ইবুংঙো শিব শক্তি মহাক্কী য়াথংনি কাউগনু।

কোরৌ নুমিৎ শিংবুম মঙানি নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা থৌরম অসিবু থিদুনা ষণদম্বা মহাকপু লৈশি লৈথোক্লৌ। ষণদম্বা মহাকনা তাইবঙ ফম্বাক্কী খোইয়ুম য়াথং ঙাক্রবা নবুংঙো শিবা মহাদেব ঐনা মবুক্তা ত্রিশুনা লেংগনি। কামখ্যা যোগনী লম লৈমা লৈমরেনবীনচিংবনা ওইরবদি তৌরুগনু অতৈদি বেরা লৈতে।

## তাইবঙ মপু শিদবনা পিনবিবা থৌজাল

হঁ হায়বা খোঙ্গাংদা তাইবঙনা মপূদগী থব্রায় ফংজরে ফরনা চনিং য়ৌখরে মালেমদা য়াইখী মপুং ফাখরে.। হে য়াইবিরেল শিদবা থম্মোয়নুংদা সনাগী থম্বাল শাৎহনবীয়ু লৈনমনা মালেম শিনবা থুংহনবীয়ু ।

সনাগী থম্বালও হে থম্বাল মপাল মরা য়ৌঙম খঙমদবা
মশেক মঙালনা মরোল অহমবু ঙাক্লিবা
তাইবঙ হকচাংদা ঙানবিদুনা
মরোল অহমদা নুংশিবগী নুংশি মিৎয়েংবু ফংহনবীয়ু ।
হৃম শিদবা
মালেমু শিন থুংহনবীয়ু
ত্রিগুন য়াইদা তোংলগা মরোল অহমদা
লমজিংবীয়ু লমজিংবীয়ু লমজিংবীয়ু ।

থৌরম অসুম্না শোঙরো মৈদা ১০৮ লক কৎচরো মরোল অহম দীপ মাপল ঈরোননুং ইয়াক লম মালং ঈথেং মরক্তা নবুংঙো ঐনা পুবিগনি মালেমগী ফজবা থৌরমবু নমিৎনা থিৎনা উজবা ফংজৌ - হরি ওঁ ব্রহ্ম তৎ সৎ ।

## পলেম মমানা নোগাঙ্গবদা মচানা তেংথাজবা

হে পলেম ইমা ও হে ইমা
ইমাবু ইমা কৌজবা মচাবু ঐনা পেনজদে,
পলেম ইমা নুংশিবী লাইরেবাক লমদম তানগ্রবী
তোল্লবা নচা ননাইবু তাইবঙ ফম্বাক অসিদা
মপি লৈত্রবা মগনাওঙম ইমা ইমা কৌদুনা
কোইচেন-চেন কোইচোং-চোং
চংফম খঙদনা চংলক্লবা
তৌফম চাফম খঙদ্রবা নচাবু
হে পলেম ও ইমা হে ইমা
নচাগী খুদাং শায়রগা কনাগী মফমদা শিনরবা
তাইবঙ ঈপাক ঈরাইসিদা ইমা ইমা কৌদুনা
মালেমদা ওন খোইনা কপচবা
হে ইমা লাইওইগ্রবী ইমা নঙবু উগ্রবরা হে ইমা ইমা ও

মালেম লৈকোইপুংসিদা মৈয়া চম্নদুনা থিরবসু
হে ইমাও ইমা অমুক হন্না ফংলরোই ।
খুদাং পিক্কম তৈদুনা লৈমায়দা থরো থরো ওনজবা
হে পলেম ইমা নুংশিবী নচাবু অমুত্তদি কৌবীয়ু
নচাগী চংফম তাকপীরম্মু ব্রাইথুংফম তাকপীয়ু
পংলবা নান্না ওইবনা ননিং থুংহনখিবসু ঙমজদে
তাইবঙ লাংদা থুবনা ইমাগী নতৌবু খঙজরুদে
হে পলেম ও অপোকপী ইমা ইমা হে ইমা ও
ঙসিগী নোংলেন নোংজাদা নচাবু কনাদা শিন্নবিরম্বা
ইমাবু ইমা কৌদুনা তোল্লবা নচানা কপচবা তাবিদ্রবরা ইমা ও
হে ইমাও ইমা অয়োন অরান ঙাকপীয়ু
হে ইমাও হে ইমা ইমা ইমা ইমাবু কৌজগে
ঐবু পোকপা পম্বোনা লাইরমলেনবু চৎলমদাই
নচাগী খুদাং পায়রগা ইমা নঙগী নফমদা শিনরমই
হে ইমা ইবেম্মা ইমা ইমা ইমা ও হে ইমা
থোঙাক অশিথেন মকোই নুংওন চীং
ব্রাবনা ক্রে ক্রে লাউবা চীং মরুমদা লেপ্লগা ঙাইরম্মী পম্বোনা
পলেমগী খুদাং পায়রগা তাইবঙ ঈপাক ঈয়াইদা
শন্নাং অমনা ফৈরা ওই শন্নাং অমনা পাম্বে ওইবদা
পম্বোনা পলেমগী খুজেং পায়রগা মপু কোলোয় শোন্দুনা
মপু ফানখোঙ য়ৌনবা চৈঙ পায়দুনা লংখিবা
তোল্লা নচাগী মিংয়েংদগী লাপ্পা তাম্নবু লেঙখরে
হে পলেম ইমা অপোকপী তোল্লবা নচাবু
কনাগী মফল্লাংদা খুদাং পায়দুনা শিন্নবিরম্বগে
পোথাফম খঙদ্রবা মপাল নাইদ্রবা তাইবঙ ঈপাক ঈয়াইদা
নচা ঐনা কোইচেন-চেন কপনা খোংনা লাউনা চেল্লবা
তোল্লবা নচাবু কনাগী মফল্লাংদা খুদাং পায়দুনা শিন্নবিরম্বগে
হে ইমা হে ইমাও হে ইমা ইমাবু ইমা কৌদুনা
ওন থোইনা কপচবা নচাগী পিন্নাংসি কৎচরি
পেনথী হৈবী হে ইমা হে ইমাও হে ইমা
তোল্লবা নচাবু চানবীয়ু ।

জগৎকী মপুবু খুরুমজবা

বেদ পূন্নমক্কা খোইদৌদা তিল্লবদা
ময়াদগী মৈবু হৌরক্লে ময়াদগী মৈবু হৌরক্লে
তাইবঙ থব্রায় পূম্বনা খুবাং চাংজৌ তরালোন
খুরু খুদক যগশা মপু মহাকপু লৈশি লৈথোঞ্জে
লাইরমলেনগী লাইয়াম্মা লৈরাংনা খুজোক চাইথজরে
পলেম লৈমা ইমাসু মাবু খুরুমজরি ।
ব্রহ্ম কৌবা লাইনা বেদ পাঠ তৌরগা
স্তুতি চাম্মা নিপালবু শোঞ্জ কৎচরি ।
মায়কৈ খুদিংসে বেদ ধ্বনিতনা নিলখরে
অদুগুম্বা হে বেদ বার্ত্তা ইবুংঙোনা
অপিকপা শক্তম লৌরিবা তাইবঙ হকচাংদা লেঙশিল্লে
ইবুংঙো নঙগী খুয়া থম্বালদা মিত্তগী পিরাংতবু কৎচরি
পেনবি হৈবা ইবুংঙোনি ।

"হরি ওঁ ব্রহ্ম তৎ সৎ
অহং সর্ব বেদম্ সম্পূর্ণ
বেদম্ বেদম্ সর্ব বেদম্
মধ্য স্থিত্বা যথা তিভম
জিত্তেন সর্ব শক্তি কথরন্তি
হৃদয়ে অহং স্থিত্বাং সর্বত্রম প্রকাশিভম
অহং সর্ব বেদম্ সম্পূর্ণ
ওঁ শান্তি ওঁ শন্তি ওঁ শান্তি ।"

পোক্লগা মমাগী মখোম থক্লবা অঙাং অমদি খাইরৌ লাইরৌ খঙদনা ঙাও লৈ লাউ খোঙনা নারিবা অনাবা অদুনা পেনগনি শকপিয়ু হৈ লৈ ধুপ ঈশিং থল্লগা শকপিয়ু ।

নঙনা তৌজবা পূজা খুদিংমক্কী অহানবা পূজাদি মসিদগী হৌরবদি লেপ্পমক মহৈ ফংজগনি । দেবীগী পূজা অমদি অয়াম্বা পূজাগী মমাংদা শৈশক অসি থমজরবদি থৌরম খুদিংমক মহৈ য়ানগনি শিবগী মনাইদি বিষ্ণু ঐগীসু ইনাই অচানবনি ।

শিববু পূজা কৎচগে হায়রবদি তুলসি মনা অমতং হরি ঐঙোন্দা কৎলগা নবুংঙো

শিবদা হেক্তা কৎচরো নমাংদা মখোঙনা খোংনা লেপ্পীরগনি ।

## অব্বা মৈচাক কোক্লবা

যমরাজ কৌবা থর্ম্মগী নিংথৌনা ঈরোই থরোবী য়াংদা তোং
তাইবঙ ঈপাক ঈয়াইদা হঙ্গং-হন্দা কোইচং-চং
পাশ ফৌরিনা মঙক্তা পুন
চিংদুনা চংলিবা থব্রায় ময়াম্না
খুবাং চাংজৌ তরা লোন
মমিংকী পিরাং কংচরগা ইবুংঙো মাগী মিংথে শোল্লবদা
ঐগী ঈরোই থরোবী খোঙফম নাম ফুকঙমদরে
য়াংবী থক্তা শাদোংলিবা নবুংঙো ঐগী ফমফন্নাং
মৈবু হৌদুনা চাক্রক্রে মৈহৌদুনা চাক্রক্রে
হন্না লৈনা য়েংবদা নবুংঙো শিব মহাদেব কৌবনা
ত্রিশুল খুত্তা পায়রগা যমরাজ ঐবু শিংনরে
তাইবঙ ঈপাক্তা চোংথরগা শিবগী মফমদা হায়জরে
হে অপোকপগী মপারী শামু পাঙ্গল য়াইশুব্বা
করিগী অদুক শাওবগে নঙগী শক্তম উজনিংদুনা
নঙগী ননাইবু ফাদুনা পুই ।
অশাও মৈরী মুৎপিয়ু থর্ম্মগী য়ুমফমদা লেপ্পীয়ু
পুক্লীং খোইরাংবিগনু শরি মহাক্না খঙগ্রসনু
নঙগী ননাইবু শোকচরোই
অদুবু অচুম্বনা ব্রায়েনবা ব্রায়েল কান্তি অথৌবা
থর্ম্মনা ময়াবু লংহনবীয়ু
পুবিগ্ররোসে ননাইসে সে হায়দনা শিন্নরে
তাইবঙ থব্রায় মহাক্না মবুংঙোগী খোঙদা কোঞ্জরগা
হিক্লা হিক্লা কপচখি । তাইবঙদা মীকপ থোকচখি।
মপু মনাইগী মতৌবু উরগা লাইয়াম্না লৈরাং খুজোক চাইথজে ।

তাইবঙনা পুং শেল য়ৈদুনা মপু মাবু লৈশি লৈথোঞ্জে ।

নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা থৌরমসিবু শকচ শোঞ্জরবদি যম কৌবা লাই ঐনা নঙগী য়াব্বা খুদিংমক তাবিগনি ।

## গনেশ

গিরি কন্দরা শুভাঙ্গম পর্ব্বত্ত মধ্যস্থ নিবাসিনীয়ম
হে লম্বোদর জ্ঞান সাগারম
বিঘ্নি বিনাশ কার্ত্তা পিত বদনা ধারনম্
শুল- ত্রিশুল ধাবনম্
পিতৃং মাতৃ আত্তত্তা পালক্লা উত্তম দেব
অহং ত্বাং নমামি-অহং ত্বাং নমামি-অহং ত্বাং নমামি
ইতি স্তোতম কথয়ন্দু সর্বদা
হরি ওঁম ব্রহ্ম তৎ সৎ
সত্যম শিবম সুন্দরম
ওঁ শিব সক্তি স্বাহা

মৈদা ঐগীদমক অঙম্বা কৎলকউ নঙনা হায়জবা পৃম্বা পলেম পম্মৌগী নাপদা য়ৌহনগনি ! সত্যম অস্তু ।

## খঙগদৌবা ব্রাফম

হরিগী মিংথৈবু শোন্দুনা তুম্বা চাবা অনীমক্তা ইবুংঙো মাগী মিংথৈ শোনখিবা তাইবঙ অদুগী মফমদা শনি কৌবা লাই ঐনা হন্না ফাওবা য়েংদে হায়বসে ঙসি কৌবা নুমিৎত গী খঙজহৌ । শনি কৌবা নবুংঙো ঐহাক্না তাইবঙদা থৌজাল পিবদা হকচাং পূম্নমকসি মৈ কৌবা লাইনা কোইনা চাক্লগা নবুংঙো ঐনা মৈরক্তা হুরু-রু লৈরবদা মালংগী ইথিন ফংলবদা মৈনা খোন্না লাউনা চাকপদি নবুংঙো ঐ লেঙলকপনি অসুম্না খঙগদৌবা ! ঐনা নঙগী নমাংদা পোকখিবদা নবুংঙোনা তাকপিদে নঙনসু খঙজদে ঐ ব্রারৌদে নঙগী নতৌ য়েংলগা নঙগী ব্রাথলনা কনা ওইরিগবা অদুনা পোলেফম খঙদবদু উরগা ঐ নোক্লিংই । অদুবু ঐ শাওদে নঙগী য়েক্লবা খুদিংমক হিংনা হিংনা মৈদা কৎখ্রবনি। নঙনা খোম্লেন মংলান্দ উপ্রবনি নঙনা নঙগী নবুংঙো শিবগী থৌরম খুদিংমক্তা ঐ্ধু কাউগনু! য়েক্লবা অমত্তনা নমাংদা লেপহল-ঙমহল্লোই। লাইরমলেনগী লাইয়াম মরক্তা জগৎকী মপু ওইরিবা নিবাক্কার নীরব্রহ্ম ক্ষির সাজরদা য়াতারিবা তাইবঙ থৌরম শিল্লিবা অদুগা শিব মহাদেব ব্রহ্ম কৌবা লাই অহম নত্তবদি ঐনা নঙগীদমক লম্বা তৌগনি। তাইবঙগী মীওইদি কিরুনু অরানবদি চৎকনু ঐ লৈ হায়বসি নঙ কাউগনু ।

## গৌরচন্দ্রদা চৎলু ফিঙৌ অমা কৎলু শিন থুংনা তাকপিগনি

হৌ হায়বা খোন্থাংনা লাইয়াম্না হরাওবা নঙ উখ্রবনি। হৌ নৎতবা ব্রাহে অতে শিঙ্জিন্নগনু হৌনা হৌরকফম্নি তাইবঙ শেম্বদা হৌ হায়দুনা হৌখিবা অদুনা নঙোন্দা নশা নপু পোকপা পোকলেন পোকপা অপোকপা কৌব্রম্না হৌ হায়বা হোই লাউখিবা পান্দম অদু কাউগনু! হৌ হায়না তাইবঙ সেম্বা হৌখরে হুঁ হায়বা ব্রাহ্মেনা তাইবঙ থব্রায় য়াইবীরেন হাম্নিরে 'হ' না তাইবঙবু ফাদুনা থমই। থৌরমসে তাইবঙ হে হৈ হয়া-হে হায়না হৌ-হৌ হায়না অয়ুক অঙনবদা তা পায়গা পাম্বা কৈরেনগী শক্তম লৌরগা খেকনা-খোঙনা লাউনা চোংলবদা চীংঙু পাঙ্গলবা চীংখৈ নিংথৌগী থৌজাল ফংই অদুবু চীংখৈরোন কৌই। তাইবঙ লোনচৎ হোয়-হোয় হরাওবা হরাওনা মথোই কারিবা হায়না হোয় লাউরবদা লাইয়াম্না খুবাক খুদুনা নোকই। মদুবু লাই হরাওবা কৌই। মদুগী মতুংদা লাকপা লাইগী থৌরম খুদিংমক তাইবঙনা অঙানবদা য়েংবা য়াদে লাইবৌ লা থাখ্রবদা লাইগী থৌরম ওইবনা নয়ুমদা চৎখিবা মতম অদুদা হেদো-হেরাও কারবা নথব্রায়দু য়াংকোক্তা হাপ্তুনা খপকনি। থব্রায় মাংলেদনা খঙজহৌ।

## কৌব্রুগী লৈশি লৈথোনবা

কৌব্রু কৌবা ইবুংঙোনা নারক-মোংশোং মরক্তা তাইবঙ চিঙ্গাক থারগা চিঙ্গাক মহাক্না মপুং ফারকপা শমু নমদা পোরগা লোইবী চীংগী চীংদোন্দগী হোয়-লাউদুনা কুম্লকপা তমদা লৈবা তম্মীনা নবুংঙো ঐবুদি শক খঙদা লমজাইনদুনা খৈদোকখি হন্না অমত্তসু য়েংলমদে। মোতাই শুদাইনরবা পাই-য়ানবা নবুংঙো ঐবু উরগা ইপা কদায়দা চৎলুবা করি লমদগী লাকপনো হংবিদে মতাই লমদাই মাংওইনরবা লমদমদা চিঙ্গাক মাবু য়োনবদা করেম্নবা ব্রাহৈনা পোৎকী মমলবু লংলগা মীগী মশাদা কৎলবা ঐগী চিঙ্গাকপু লৈরগা মঙোন্দা কৎলবা করি হায়না পাউখুমগনি শকথঙদবা মচানি পারি পুরি য়েলহৌঙে খঙদ্রবা তম্মীনি চাকনা ঐগী চারগা ব্রানা মীগী ঙাংখিবা নখোয়গী নতৌ উরগা ফিঙৌনা ফিজোল লৈতেংবী ফিঙৌ তাবী নমা ইবেম্মা কৈথেন লাইরেম্বীনা অহিংগী তাংলৌ অথেংবদা খোংনা লাউনা কপচবা তানা তানা তাবিদে মতমগী খোলোয়না কনখিবনা ইচা-ইশু অপূম্বা অনম-অহা চুখিদো মতমনা মতমবু তাকখরে নোংপোক থোঙদি হাংখরে কৌব্রু ঐসু য়াথোক্রে কংলা উত্রা শঙমাংদা নবুংঙো ঐনা য়াথোক্কনি নুংপাক থক্তা লেপকনি। হিরি কোন্দুনা ফমগনি। পুক্লীং লৈতানা চীং-লেম্না লৈগনি। নবুংঙো ঐগী নশাইগোন মৈরা চমদুনা থিরুলাও খুদি থিদুনা ফংহনগনি। অমম লোক্কী লোককোক্তা ঈরু শাদেংনবা লাক্তদোইনি নচিন নয়া তেংশিনগনু অতাওবা নুংবু নেৎকনু। অরংবা নুং অমত্তা পুগনু ইফোঙ লম্বী তাকপিগে শজিবু থাগী থাজিন্দা অহাও-অথুম কৎচরগা ঐগী ইনাক্তা লাকচৌ

## কৌক্রনা তাকপা থৌরম খরদং

কৌক্র কৌবা ঐগী পুথ্রি অসিগী নোংগোক থংবা শরুক অসিদা নবুংঙো ঐনা লেঙদনা লৈ হায়বসি নঙনা কাউরনু । নঙগী নফমদা ঐনা অনীরক উহনখি অদুবু নঙনদি অপঙবা তাইবঙ ওইবনা খঙদরে । শজিবু থানা পানখৎলকপদা অফবা খেনফম য়েংলগা ঐগী ইফমদা লাক্কদৌবনি । তংনা-থানবা নুমিৎতা লাকপা য়ারোই ।

নঙনা লাকপা মতমদা লফোই লফাং চং-থোকপা অমা পুরকউ । অথুম-অহাও য়াওরক্কদৌবনি । কৌক্র চীংগী চীংদোন য়ৌরমদাই নাপোমদা চেল্লিবা লাইগী খোঙলম থিগনি । মন্না অদুদা লেপ্লগা নপা নপুগী মিংখৈ হায়রগা ঈরুজথোক্কনি । মফম অদুদগী ঈশিং অদু পুদুনা ঐগী লৈফম পুথ্রি মনাক্তা লাক্কদৌবনি ।

নোংপোক্কী পুথ্রি মপাল খা-য়াং য়েংখোক্লগা অয়াংনা খরা পিক্তনবদা য়ানা মখোঙ অনী পাননা লৈবাক্তা য়ুংগনি য়া অদু তোঙান তোঙানবা য়াদে, য়া অমত্তনা মতেক-মতেক ওইহন্লগা য়ুংগনি ।



মথক্তা য়েক্রিবা খুৎয়েকসিদা য়েংশি -

মথক থংবা চফুদা মথক্তা হায়খ্রিবা ঈশিং অদু হাপকনি মখা থংবদা থমগদৌবা চফু অদু মৈ চংবা য়াদে মৈ চংদবা চফু ওইগনি ।

মৈরা অমা কৎলু অহিং নোংশোইবা হরাও তয়াম্না হোই লাউদুনা খুরুমজো । নখোয়না য়াদুনা তুম্মিংলকপদা লাইয়াম্না তৌবদু য়েংহো তাজহো । লাইয়াম্না তাইবঙ লোনচৎ কৌবা অদু পুথোক্তুনা পাগনি মদু তাগদৌবনি ।

# তাইবঙ ইফোং লম্বী

তাইবঙ মপুনা তাইবঙ দীপাক ইয়াদা অমদি মরোল অহমক্কী মপুংয়াইদা লেপ্পগা মঙালগী মশেক্কা মশিং লাকওমদনা মালেমদা শন্দোরকই মঙাল অদুগী মশেক মরক অদুদা কুপ্পদগী কুপ্পবা মরিক্কা মফোল ওইরিবা মরিক সনা অনৌবা নিক-নিক লাউবা অনিকপনা তথক তথক্লবা তাইবঙ মরু অদুনা তাইবঙ হকচাংদা মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ অহাংবা মালেম মঙানা তিল্লবা হকচাংগী কয়াত্তা শিনথুংনা চংশিনখি। মরিক মহাক্কী মপাঙ্গলবু মপু ঐগী ইতিক-ইয়াইগা চপ মানে। অদুগুম্বা মতিক-ময়াইতনা পুমহৈনরবা মরিক্কা মলেম মাগী খোইজি খাদা লোইদাম থাজ মরি মপুং ফানা লাংওন শাইওন তৌনা শান্নজে। মদুদা মপাগী থৌরমবু য়েংদুনা পদ্মৌ-মহাকপু তাইবঙগী মরু মরক্তগী অথোইবা অদুনি তমজে মপাগী মতৌবু তমজরগা পদ্মৌ মহাকপু তাইবঙ গুরুনি খন্দুনা গুরুনা তৌরিবা খুদিংমক লৌশিংগী মৈরা পায়রগা তনিক-তনিক তথক-তথক লেপ্পগা অদুনা তাইবঙনা পা মানবা পামনবা পদ্মৌগী শক্রোন্দা মতৌ অসুম হায়না কোলোয়নৈ পা মানবা পামানবনা তাইবঙগী মপু গুরুনি। তাইবঙ ফিবমা মপাগী শরুক্তি। থব্রায় মহাক্কা তাইবঙ শেম্বা মপু ঐনি। ঐগী শক্তমা লেঙদনা লৈবনা তাইবঙ থব্রায় মহাকসু মরোল অহমু খঙজেদা ইপা-ইপু -ইবুধৌ অহমসে তাইবঙ থব্রায়গী লাইরৈবাক্তি। মালেম নমা ওইবীনা পলেম মহাকপু খঙনগনি অদুনা পলেম মালেমবু লাইরমলেন্দগী অথোইবা অশুপ্পা হায়না শিংথানে। পদ্মৌ নপানা পলেম নমাদা মরু মাবু শিন্নরম্বনা মপু অনীনা লাইরমলেন্দা পাউদমজে। নঙগী পাউদমখোন তারগা নঙগী নবুধৌ অদুনা লাইরমলেন্দা কথোকই। মরম অদুনা মহাক্কা পোকপা নম্রাবু মপু মাগী শরুকনি। মপাগীদি মহৎনি। মহৎনা ফমজাও কারবদা মচানা মপা ওইরক্রে। অসুম্না তাইবঙ খোঙচৎ শমননা চৎখি। হে পদ্মৌ মানবা পামানবা য়াংনা থৌনা য়াংশিনবিরম্মু নচাগী মফমদা থৌজালবীরম্মু ৱাহৈসি কোলোয়নদুনা নপা নপুবু খুরুমজৌ। হৈরাং লৈরাং অথুম অহাও খুদৈ কৎলগা নোংয়াই চবুক্তা খুরুমজৌ। মরোল অহমদা লৈরিবা হি-য়াই পূম্নমক থাংখাং নাইদনা পলেম অপোকপীগা পদ্মৌ নপাগা অনীগী মথোঙ পায়দুনা খুরুমজৌ। তাইবঙ মপুংয়াইদা খোম্রেন তুখুন হনখিবা পোক্রেন পোকপা অপোকপা তাইবঙ গুরু কোলেনথোই নবুংঙো ঐনা পেনবিয়ে। হয়ুম-হয়ুম-হয়ুম।

নবুংঙো কৌক্র কৌবা অঙৌপানবা ঐহাক্কা তাকপীরবনি নপা নপুগী য়াথংলেনসি হায়জৌও। হয়িগী কোলোয় শোন্দুনা তাইবঙদবু খোঙদোইজৌ নবুংঙো ঐনা ফৈবমননা পুবিগনি। শরি মানা খঙখ্রসনু। অমম্বগা অমম্বগা অঙানবগা অঙানবগা শিন্নরিবা মতমবু চয়োলগী মপুং ফাবা নুমিৎ কৌই। নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা নুমিৎ তাবদগী নোংঙানবা অসিগী মনুংদা লৈরিবা তাইনবা মফম্বসু চয়োনগী মপুং ফাবা কৌই। কৌক্র কৌবা নবুংঙো ঐনা লফু লয়াই অঙাংববু কৎলি পান্দমসি লৌজৌ। অতৈদি নখোয়গী লোনচৎনি। কৌক্র কৌবা নবুংঙো ঐঙোন্দা কৎকে হায়রবদি লফু লয়াই লারাক্তা চাহাও পোইরৈতোন অদুনা পানথৎলকপা হম্রি পানবা, নুমিৎনা মাঙ্গোল ময়াই য়ৌবদা মহি নাইদবা য়েনশাংগা লোয়ননা কৎচৌ নপা নপুদা কৎকে হায়বদি নোংয়াই চবুক মীচিক মীরাওখোল অাত্রবদা কৎচৌ।

# শনিনা য়েংবা

শনি কৌবা লাইরমলেনগী লাই ঐহাক্না মপুনা শেম্বা তাইবঙ থব্রায়ময়ামদা মপু মাগী য়াথং ইন্জবা তম্বা কনা লৈ অসুম্না য়াথলগী লংলা লংজিন থোক্লগা ইমিংকী ফিজং খংলাক চেশিন্নগা মালংবা মখেন্দা অম্ব পিয়া-পিরগা অইবঙগী থব্রায় থম্মোয়নুংদা য়েংদুনা পূক্নীংগী ইমিংনা কোইয়েং য়েংজবা য়াংলেন মিংকুপ অমগী মনুংদা তাইবঙ ফম্বাক্তা য়াথোক্লিবা থৌরম থৌদোক থৌওং থৌদা অপূম্বা অচৎ-চও লেংলি-পাল্লিবা অয়াম্বা চিথ-নাম্থবা লৈত্তনা ডরেদা খঙলেদা লংনবা য়াবা য়েংদুনা খুজিন্না শিক্তুনা লংনৈ মচিন কনবা ক্লাক মানবীদা চোংশিল্লি কবোক পোকপগুম মচিনগী য়াব্রা পোকহনখি মচিন য়ারক ঙমদবী মোনু মাইতাবী মচিননা মনম নাইরেদো শন্নাং চোয়জাইনরেদা লোম্না কপসি খাঙমদা ফোংনা কপসি ইকাইজা মশম মনা ইফা ফা মফি মরোন ইমোৎ মোৎ পাক্লবা মনম নম্পাক্তা লিচৈগী মমিদি শাংনা তা মমিংকী মপি মায়থোং-চোৎ নম্বা অমা য়ান্দুনা মপামদবু খোঙদারে পাম্মুবগী শাইগং থাদোক্লে পলেমনা অমং য়াইথোং কুমথিবনা নুজাদো হে ইমা অপোকপী নচাবু লাকচরি পলেম-ও পাঙমফমসু খঙদরে পম্নৌ পাথৌসু লৈরমদ তৌফম চাফম খঙদ্রদুনা পম্মৌগী মাংগোন খেঞ্জোংলাং উখোঙতেন্দা ঙাদুনা মচা কোন্দুনা ফন্নগা অমং য়াইথোং কুমথ্রবা পলেম পম্নৌ কৌদুনা নচাবু কনাদা শিনবিরম্বগেনে পম্নৌ পলেম পম্নৌ কৌদুনা হয়া হয়া কপচবা তাবিনবা কনা লৈ- য়েংবিনবা কনা লৈরিবা ওয়া থোইনা কপচরে হিক্ল-হিক্ল কপচরে। সনম্বা লৈকাই ওইরিবী পোমক্লী য়াহৌথেংনা নুমিৎ য়ুংলগা য়াইশেং ফমশেং চাকথোংবী খজাই- নপতৈবী লশিং কাম্লোন ঙমজবী অয়ুক্তা কা চাগনবী-অমম্বদা হিকু মাগনবী মীবা ঙাংনবনা মশিন ওইরিবী ফুব্রাওনবী মিংলাওবী খায়াংশাং তিনজোবী অকায়বা খুনিংনা মোম্পাক ফিদক সেগায়বী চাদ-শয়া হুরান উমশাইনবী মতোমতগী মপোৎপু তুমিন্না হদুনা চাগনবী লৈয়েং লৈফাইনবী খোম্বাং শুদবী নুহৎনবী মখ্বাংদা খ্বাংচেৎ লাকশিন্নে সেগমননা শেৎচরে মতিনদি ওয়ো-ওয়ো তারদুনা হৌরক্লে-হৌরক্লে হায়- হায়-ইকাই খঙদবী মায়থাবী নপা-নপুসু চাকথোক্লে নবুং মীথোং হক্তবা অমত্তং লৈজবা শায়দুনা চারগে লাইকপিরিব্রা-ইকাইদবী থুই তুক্তচৈদা তুজোম্বী ইকাই খঙদবী মায়থাবী নথিবোং চাননবদি হায়রুনু ঐগী চনবসু লৈতে নুমিৎ ময়ুম চংপ্রিঙৈ নবুং অদুনা য়ৌরক্লিঙৈ নঙনা চৎনিংবা মফমদা চৎচহৌ নঙগী নওং নত্তৌ উরগা ইকাইজে ইমায় থমফম লৈজদে লৈকাই মমাংদা হায়রিবসিনি তাজৌহে ইকাইদবী মায়থাবী নশম অদু

খুদাং য়েত্তুনা শন্নাকপু তমন্ত্রিঙৈদা থাদোক্তুনা চৎচহৌ ইকাইদবী মখুদাং পায়দুনা চিংথোক্লে নঙক পায়দুনা ইম্মুরে মখাজাইদা খুবাক্লা থাবিরে তস-খঙত্রদো-ইকাইদবী চৈদুনা মশা মনা ফোইহবিরে নুংথিল চুক্লা চরত্তবগী অন্না মৈচকনে মন্নানা ফুরকপগী চৈগী চৈনা খোলনে নুমিৎকী অশাবা মৈশানা মৈরকপনে মথানুংগী মচানা ইমা-ইমা-কপলকপনে পোৎলেপফম-তৌফম চাফম খঙম্রদুনা নুজানা মচাবু কোন্দুনা কপচরে হিক্লা হিক্লা তেংথাজে নুমিৎনা মমুম চংলকপা অমম অঙান শিন্নবদা নোংঙানবদগী চাক্তি চারক্তা মতু মচা চাননবা চেং-চাক থরদং ফিজিদা চেৎনা য়োক্রগা মোংবা মরানয়াইদা হল্লক্লে কানানা করি তৌরিবা হন্না ফাওবা য়েংলমদে ইমুংদা গ্রোংবু চংশিনখরে লোয়নবীদা হংলুরে অওইবা তুংদা থম ওইদবনা মাংদা থা ঈরোনবদা মোরোক মেৎ চম্ফুত্তা থুম থাক তাইবঙ তাইওনবা অশাওবগী অকনবা মৈরীনা মৈত্রা হৌ-মীরোল হত্তবা মবুং তোমচৎ মৈরি তৎ নুং অত্তেকপনা শম্বা য়াদবগুম হঙোই তাংশাংগুম্না চোংথোক্লে-চোংথোক্লে অয়াকপা খোম্থাংবু খোঙ লোয়নরগা মপুনা থাক্তবা হইগুম্না খোঙলক্লে মবুং অদুগী য়াবাদদি তাজখিগে ঙাইরম্বা ওননা-তৈনবা য়াবা মাবু তারগা নুজাদো কৈ কিদুনা চেল্লবা শাউম ওক্লদুনা চেল্লেদো ঐনদি ঐগীনি খঞ্জবা পুক্লীংনা চাক্তি ঐগী চারগা-য়াম্না মীগী ঙাংখিবা মমৈ পান্দবা হুইবু ওইরম্রে। হা উরোক অঙৌবা শক্ল থব্রায় ওইরিবী মাংলে মাংলে নচাদি মালেমদবু মাংলেদো মচা অদু মথাদা চেৎনা কোল্লগা নুজানা মালেম মমা কৌরা-কৌরগা খোঙথাংবা পল্লৌগী গুমাং মথৌবুং ঈংগ্রি শিৎপদো য়াংমা লান্দুনা খোঙদোয়রে হিক্লা হিক্লা কপচরে হন্না-লৈদুনা য়েংজবা অমম্বা নত্তনা উখিদরে। পল্লৌ মাগী কোম্থোং নারাওবা পৌরোন নাতে শৎ হা-পল্লৌ ও পল্লৌ অপোকপা নচাদি চৎচরে তাইবঙ মালং পানসিদা নচাগী চংজফম খঙদরে মথানুংগী নাব্রাবু চিংনা-অমুক য়েংজরে পল্লৌগী থোঙগান পায়রগা-হন্না লৈনা য়েংলক্লে অমম্বনা ফিজং পোমাই কুপখরে অরোইবদা চংজরে মপুগী কোল্লোয় শোঞ্জরে লম্ফাংলবা তাইবঙদা হৌরকফম লোইফম খঙদরে ইতোমতা লাকই তাকপগুম মতোমতা থোরক্লে মাইকৈ-শলাই খঙদরে তাইবঙসে মমখরে অহা: কল্লকইদা হে থব্রায় মপুগী লাংলৌ কুপইদা নমোমগী লাংলৌ থৎপিরো মপুগী নাক্তা। য়ৌজগে হে তাইবঙ মপু শিদবা শিদ-নাদপুংদা য়াথোকপা মচিন্দা মুরুম শোল্লগা মাল্লেম লৈদা হাইথরকপা পলেম ইমানা ফৈবম্না ওকপিরে ইমাগী তম্পাক্তা য়াতাখরে য়াতাখরে মথানুংগী নব্রানা পুকম্নক পুক্লি হাংলবদা ঙেং-ঙেং হায়না কপ্লক্লে কপ্লক্লে লাইরমলেন্দা মীপাইনরে লাইয়াম্না থৌরম

পুবা থৌবুরেন শিদবদা মালংদা তাম্থ য়াথং পিথ্রবদা লিরি হন্না মালংবনা থন্নায় মাবু থৌগল্লে তাইবঙ মপু শিদবনা মিৎল্লা লৈনা য়েংলকই লাইয়াম্না থরক হনখরে খোইরেন মশা পাইরকই শিদবী ইমা লাইনিংবীসু অশাও মৈশা লাংলকই শিদবগী মফমদা খদাং চিক্লনা য়েংলকই তাইবঙগী মায়খোং ওইরিবী ইমাগী শত্তম য়েংলকই খুত্তা য়োংশুক পায়খরে মালেম লৈদা চোংথোকই হঁ-হক্র-হক্র-হক্র-হক্র খোম্লাং পিরকই থোংখোঙ শানা ফিরেপ্পুনা নুজাবু ঙাক্লকই শিদবগী শক্লোন য়েংলগা লাইশিংনা খল্লকই। মাংবা তারে মালেমসে চোংথোকখরে মপুগী মনাই শিদবনা লাওরকই য়াল্লা কোঙ্গায় থোরকই হায়-শনি কৌবা লাইও-নঙসু ঐসু লাই ওই লাইরমলেন্দা পানমিন্নে-মপুগী য়াথং ঙাকমিন্নে নঙনা নঙগী ননাই শোক্লগা হায়বা য়ারোই খঙদবখে মপু ঐঙোন্দা ল্লাকৎলি ঐনা মোমোন নোক্লকই ঐগী ইতৌ উরগা অল্লা-মৈশা হেনগৎলকই । ঐসু ঐগী ইনাই শোক্লবা খঙউদো ঐনা শাওই ঐ লৈ- ইনাইগীদমক মনাইগী মপু মপুগী মনাই ওই শিদবগী মতৌ য়েংলগা তাইবঙ শেম্বা মপুনা মিৎচিনা খজিক য়েংলকই লৈয়েংদা তোংলবদা অশাও মৈশানা কুপ্লবা চৎন লোনচৎ খঙদ্রবা তাইবঙগী পূক্লীং মৈশা কোকচরে ইংথজরবদা নীংঙমদবা মৈচাক্লা মৈল্লা হৌরক্লবদা মাংলেদনা তয়ুমখোই তাইবঙসে মাংলেদা ঐগী ঈরি তৎহৈদে শাগে ময়েং তাফদে হৌজিকমক খোঙদোইয়ু ইমোম্বু থিরুদবা য়াদে চৈতুপ উতুপ ল্লাতুপ পায় নিংগ্রি তাখৎ খোঙথাঙলে মবুংগী মরানয়াই য়ৌবগা খোঙ্গুল-তুখুন লিরক্লে চিনবাননা থক-খা-কংখরে পাউখুমফম খঙদ্রে মবুংদো পিরাংনা মায়থোং চোৎলেদা নীংঙমদা মৈচাক্লা মৈল্লা হৌ- খাঙমদ্রা থম্মোয়দো কায়রেদো অহা: পঙইদকো পঙনা পানবা হে তাইবঙ অপঙবা কনা লৈজদ্রবী ইমোম শক্লবী ইচনবু তাম্লেকখ্রবা অশাবগী মৈরীনা মৈহৌরবদা হন্না লৈন্না য়েংলকই খাবু-ক্রক-ক্রক- চিকলকই-চিংনা চিংনা য়েংলকই নোংঙাদগী ফিরাং শৎথরগা ইবুংগী ইবেম্মা নবুং ঐ লাক্লে-লাক্লে ল্লাংলেম মিৎকুপ অমত্তংদি ঙাইরম্মু ইবেম্মা মখুদাং ল্লাংনা থাঙ্গংলগা-থোংজিন ল্লাংমা লানখরে মতৌ অদুউবদা মশেল-মবাই মরূপ- মপিজাসু তুইনখরে য়াংবী থত্তা খোঙশানলে- খোংনা-লাওনা কৌরক্লে হা- ইবুংগী ইবেম্মা ইমোম-ও নবুং ঐ লাক্লে লাক্লে নবুং ঐগী য়াল্লাসি তারবদি ইবুং হায়না কৌরকউ লাওরা-লাওরদুনা অমমলত্তা মায়কৈ খঙদনা চেনখরে অঙকপনি মপু মাগী থৌশিলসে । অমম- অঙান অনীমত্তা-ঙাম্লোইরিবা মপুসে অঙানবদসু ল্লায়েললি অমম্বদসু থৌশিল্লি মপুসে শিদবা-মপুংদা য়াথোক্লগা নাদ পুংদা লেম্লী ।

# যমনা তাইবঙ থব্রায় সুবা

যমরাজ কৌবা নবুংঙো ঐহাক্না মপুগী য়াথং কোক্তা থোং তাইবঙদবু খোঙদোইন্নকপা মালেম্মা পলেম মহাক্না অশংবা সনা ফিগে থাদুনা তোল্লবা যমরাজ ঐবু হরাও তরাম ওকপিরে ইমাগী য়াথং ফংজরে মপুগী থৌরমসু খঙজরে তাইবঙ মাগী থৌরমসু মীরেলনা হঙতুনা খঙজরে নমু তাইবঙ মহাকপু মপুগী শিঙ্খা ঙাক্লবা যমরাজ ঐনা লেঙশিল্লে ইরু লুক্লা চংজরে গুরুগী মচাদি মপারী য়াইশগুম্না পাঙনবা লাইনিংথৌ ইবুংঙো লুরেন হন্না মাঙোল লাংদা থেংনরে গুরুনা গুরুবু খুরুমজরে খুবাং চাংজৌ লোম্নরে ফম্মেন লাংদা লেঙশিনমিন্নরে য়াব্রা অসুম্না হায়রকই । হে পম্বৌ ও য়াথংবু কোক্তা থোং তাইবঙ ঈপাক্তা লংথবিরকপা নচানা করিবু পাউদম্রসিগে লাইরমলেনগী য়াব্রাবু নচানা ককপসু ঙমজদে অদুবুনে-হে গুরু তোল্লবা নচা-ননাইসে নচা ঐগীদি অচানবা থম্মোয় শেংজবা থব্রায়নি মানা ঐগী ইফমদা কৎচবা পুম্মক ঐনা লেঙদনা থম্বীরি য়েংবীয়ুসে-গুরুনা লাইনিংথৌগী য়াব্রা তাবদা ফাজেদকো গুরুগীদি মপারি নঙগী য়াব্রা তারুবা-নঙগী নত্তৌ উরগা যমরাজ ঐদি চৎনিংলে অদুবুনে গুরুগীদি মপারী ঐগী য়াব্রাসে তাবীয়ু নঙগী ঐগী গুরুনি গুরু পুম্বগী গুরুনি গুরু মহাক্কী য়াথংবু মালেমদসু তাফদে নোংমদোন্দসু কাফরোই য়াথং কোকথোম্নদুনা লাকচরি। মপোৎ মচৈ তম্বীরো ফংফম থোকপা পিনবীয়ু লাইরমলেন্দা পুজগে - মপুগী খুয়াদা শিন্নরুগে ফরে গুরু য়াইবীরেলগী য়াব্রা পুম্বা খঙজয়ে মপুগী শিঙ্খা ঙাক্লবা পুবিগ্রসে ননাইসে সে হায়দুনা শিনখি । থৌরমসি তারিবা তাইবঙ থব্রায়না মমিৎ পিরাংদি শিঙ্খজ লৈয়েং থাদি থাংঙমদা তরংদা অজিরবা মতংদা গুরুগী শক্তম উজ্জরে তাইবঙগী লোনচৎ কাউখরে মচা মঙ উখিদরে মালেম পলেমসু নীংশিংদরে পম্বৌ মাতবু উজ্জরে হয়ুম-হান্নবা খোম্বাংনা শদোন্দবু খোঙনেৎনা নোংমদোন্দবু য়েংজরগা থব্রায় চেক্লা নুংশিবী পোম্বী চাক্তামিন্নরিবী তাইবঙ হাকচাংবু থাদোক্লে লম্বী খঙবা অমাইবনা গুরুগী লম্বীবু তাকপিরে থব্রায়না লাইরমলেন্দা কারক্লে তাইবঙগী অখঙ অহৈদি চঙক মাইঙক্লা লৈহৌরে ব্রারৌগনুকো হে তাইবঙগী অমাইবা নঙগী য়াব্রা মতুংইন ঐসু লাইরৈবাক কাজরে নঙনদি উদা খঙদা ওইবনা নমিত্তগী নপি তাজরি মালেমগী তাইবঙ থব্রায় ময়ামদো ঐগী কনা য়াওবগে মপোক লাংওন খুদিংদা ঐগী পলেম উখিদে মালেম পলেম নত্তবা অতে তাইবঙদি খঙজদে কনাগা মরী লৈনদে তৎনা থানা য়াদ্রবা হকচাংদি নঙগীনিনা নঙগীদা লৈহৌরো ঐ চৎলে হে পম্বৌ অমাইবা নঙ ব্রারৌগনু নঙগী নপাল্লাংদগী মপুগী খুয়া ফংজরে ব্রারৌগনু হে অমাইবা তাইবঙগী লোনচৎ অরোইবদা- মপুগী ফম্বাল থারবা অমাইবা নঙনা চঙলকউ থব্রায়গা থব্রায়গা উনসি অব্রা নুঙাই খম্নসি হৈরাং লৈরাং চিনদমমিন্নরগা নঙসু মীরমলেন্দা য়াথোকউ ঐসু লাইরমলেন্দা য়ৌজগে হরিগী কোলোয় শোন্দুনা কাইনরসিকো অমাইবা ।

## যমরাজনা তাকপিবা থৌরম

মতম অসিদা অমাইবদা মতৌ অসুম তৌনা য়াব্রা কোঙোই মেঙ্গরন্মী। হে অমাইবা অশিথোংগী গুরু ওইরিবা-নঙনা ঐবু ব্রারৌগনু । থোইজিখাদা য়েক্তুনা থমগনু । মরমদি নঙনদি তাইবঙ লোনচত্তা লৈ। ঐনা লাইরমলেন তাঞ্জনিংই । মতাং মতম অদুদা নঙনা ঐবু হন্না-হন্না হায়জ চৎচা নোঙ্জ ব্রাহে কয়া হৈরাং লৈরাং কয়ামরুম ঐগীদমক্তি হায়দুনা তন্নকই । অদুবু মদু পূম্বা ঐনা তানা-তানা তাশিন্নদা ঐনা ইপোৎ ইচৈ য়োমদুনা চৎন্নবা থৌরাং তৌই। নঙগী য়াব্রাদি গুরুগী য়াব্রানি। অদুবু ঐনা ইনখিদে। পূম্নমক ব্রারৌগনু । পোক্লগা শিবা শিরগা পোকপা মপোক্তা নঙগী ঐগী য়াব্রানা তাইবঙগী থোঙচৎপু থিংবা ঙমদে নঙসু গুরু য়াথং ঙাকপনি। ঐসু গুরুগী য়াথং ঙাকই। মরম অদুনা নঙগা ঐগা ব্রারৌনবা তৌনগুমসি অসুম্না পাঙমেঞ্জে । মতম অসিদা থব্রায়না হকচাংগা কাইনগদৌরে । অমাইবনা তাইবঙ হকচাংবু থাদোকউ থব্রায় মাবু খুরুমজৌ । ঐগী লম্বী তাকপিয়ু ঐনা লাইরম্নলেন্দা থোঙদোইরমদাইদা অমাইবা নঙনা ঐবু শোক্তনু । নঙনা ঐবু থত্তুনা থম্বনা ঐসু চৎপা য়াদরে । মাইবা নঙনা ঐবু থাদোকউ । থব্রায় ঐবু অশেংবা লম্বীদা থাবীয়ু । ঐনা পোৎশি পোৎলোইরবা অমাইবা নঙসু থৌরাং তৌ । ঐগী মায়থাংনা থাজগুম ফজরক্লবা অমাইবা নঙনা হরাওজৌ । ঐনা চৎকদৌবা ব্রাংলেন খরদমক মঙাইরে । চিনবান থক-খা লেংলবা কপ্লাক্কী মরিনা চিংলবা অমাইবা নঙনা ঐবু থাদোকউ। মপুগী কোল্লোয় শোঞ্জৌ ঐ চৎলবনি ।

ঐবু পোকপা ইপাদি তাইবঙ মপু মহাক্তি । তাইবঙগী গুরু অহানবদি মীরমলেনগী ইপানি । তাইবঙ ঈপাক ঈয়াইগী লানবী-লমজিং লমজিংপুরেন গুরুসু ইপানি । শিরমদাইগী অরান খুবম লম্বীগী থৌশিলবা ইপা-অমাইবসু ইপানি । তুম্না হিপ্পা চাবা লেং ওৎপা থৌরম খুদিংদা ঐবু শেম্নরিবা য়াইবী মাবু মরুম শক্তমসু ঐগী ইপা গুরুনি । য়াইবীরেন শিদবা অভিংবোক গুরুশিদবা ঐদি মপোক অসি অনী য়াওবীদে । পোকপা শিবগী থৌরম্বু থৌশিল্লবদি ঐগী থব্রায় মীরেলনি মীরেল মহাক্তি পীকপা চাউবা শাংবা তেনবা থৌরম খুদিংমক ঙম্মী অদুনা তাইবঙ থৌরম খুদিংবু মীরেল ঐনা পুরগা মপুগী মফমদা ব্রাকৎলুই ।

অচৎ চত্ত থব্রায় খুদিংদা মীরেল ঐদি য়াওরবনি । অচুম্বতা ঙাঙগনি । ঐনা উদ খঙদবা লৈতে । নঙনা তৌবনা নঙনা ফংই । ঐনা তৌবনা ঐনা ফংই । ঐবু মশক খঙলবদি মরাল পূম্নমক কোকচরে ।

তাইবঙ ঈপাক ইয়ারসিদা মালেমদা লৈরিবা তাইবঙগী চিন্থোক ময়ামসি লাই ঐখোয়না পুবা থাংবা ঙমদে। অদুনা তাইবঙনা লৌশিংগী মরুমদা নশাবু থুগ্লগা লাইরমলেন লাইবু শিংনৈ মীরমলেনগী লাইবু লম্বা তৌই। মীনা মীবু শায়দুনা চাই পূম্নমক পেলক্লদুনা নশানা নশাবু মচেৎ মচেৎ শেৎলগা থনবা নাইম্রবা থিবোংবু থননবা হোৎনবা তাইবঙ মীওইবনি। অমনা হায়বদা অমনা য়েংলি, য়েংলিবনা খঙব্রা হায়বসু খঙদে পাউখুম পীরিবনসু মপুগী থৌজাল মপুং ফাদে। অসুম্না মরৈ চক্রিতনা চয়েৎ খোইয়েৎনদুনা নশানা নশাবু হাত্তুনা চাই। নখোয়গী লৌশিংগী মৈরাদা চক্রি থাংবনা তাইবঙসি মাংননবা শিনবা নত্তনা করিমত্তা তৌদে। অমনা অমবু চাথোকপা মদুতদা পেনবনি।

থাজববু মরৈ য়েংলি। য়েংলিবা মরৈ অদুগী মরম হৌরকফম অদুনা নঙনা খঙলব্রা ? খঙদে। খঙদ্রবদি করিগী য়েংলিবা, য়েত্তবা য়াদে তাইবঙ নখোয়গী লমচৎতি হেনগত্তুনা চৎলবা মখোঙ পায়দুনা চিংথগনি। নোম্লদুনা চৎলবা শুদংকনি। নখোয়গী কুম্মে য়েংবদা লাই ঐখোয়সু য়া কুম্রে।

পোক্লবদি শিগনি। শিরবদি অমুক পোক্লনি। তাইবঙ নখোয়গী য়াব্রানি অদুবু পোকপা শিবা অনীমক্তা নঙগী নতিক করি য়াওরি। নঙগী য়াবা তারগা তাইবঙ পোক্লদবা মতমগী মতুং ইন্না লাকচবদু থৌজাল ফংলবা তাইবঙনা মাংজৌননা লাইবাও শন্দোকপা পাউদম অদুবু নখোয়দা খঙহল্লি। অদুবু ঙাইঙমদ্রদুনা ফগদ্রা-ফরোইদ্রা হিংগদ্রা-হিংলোইদ্রা য়াগদ্রা য়ারোইদ্রা অসুম্না য়াহংবা লাইগী লাইবাও তনিংবা করি পাউখুম ফংগদগে। অশিবনা অশিলক্ত চৎখি অচংবনা অচংলক্তা চংখি। অনীমকসে মপু মাগী য়াথংগী মথা পোনবনি নখোয় ঐখোয়গী ইথৌ লৈতে।

অচংবনা অচংবা থব্রায়বু কোননবা হৌনগনি। অশিবনা অশিবগী থৌরমদা চংকনি। দৈদৌঙৈ শিগদগে হায়বসে নবুংঙো ঐত্তনা তাকপিরবদা খঙজবনি। নৎত্রবদি নতিক করি লৈদুনা লাই ঐগী ইথৌবু তাইবঙ করিগী খুৎ থিংজিনফম থোকই।

তাইবঙ মহাকপু পুবিরে অমম্বদা ঙানবিরে
অঙানবদা হেনবিরে মালেমদবু পানবিরে
খুৎশম্লনা পুবিরে খুদোনবী পায়দুনা লমজিংলে
থৌজালগী মৈরা থানবীরে থব্রায়দুবু খঙহল্লে
হেরাং নাহেখোল তাজরে নাকোং খাঙত্তুনা তাজরে
মাল্লংবা-মানা লিরি হুম মবুংগী নাম্লদা তাজরে
থুনা য়াংনা খোঙদোয়রে মায়কৈ য়েংদুনা চেপ্পরে
আহ ঃ অঙকপনি মপুগী থৌজাল অসি মপাল নাইদে

লাইনিং লাইশোন তিনশোন খরা

## লোয়নবা উশিন মখল অমা

মসিবু চৈথারোল হায়নসু খণ্ডনগনি। চৈথাবা অমদি উশিল তৌবা থৌরম অনী অসি অমত্তনি।

শোনগদৌবা মিংথৈ :- মোননা য়াবা লোইমুম্বা লোইরং শিঙখোং ওইরিবা
শিংতেক থাংতেক থাংয়াদা চৎলিবা
ঙমগনি হায়দুনা চৎপ্রবনি, তাইবঙ হকচাংদা অমুক চিকপা
শাবা লেং-ওৎপা অচিক অশা থায়দববু মীরেল নঙনা পুবিখো
মপুগী থৌরম তৌজনবা তাইবঙসে থনমলো
সে সে সেবোত্তি নঙগা ঐগা কাওনবা তোক্ররসি
নঙসু হনথরো লাইরৈবাক্তা ঐসু তাইবঙদা লৈজহৌরগে।

### থব্রায় লোল

তিংখঙ অমনা য়ুরগা তিংখঙ অমনা হনলে
তুমবৌ অমনা য়ুরবদা তুখোঙ অমা হোরে
তুখোং- তুমবৌ মতোন্দা থব্রায় মহাক্লা য়াথোক্লে
তুম্বৌ মতোন অথৌবা কোম্বুনা খাঙজবা
থব্রায়না শাইয়োল লাংওনদ্রে মালেমদা
মপুগী থৌরম অসি কাউফরোইদা পুন্সিদা
তাইবঙদা তাইওম্‌রে মফম লৈরাং হকচাংদি
মপুগী ব্রাঙ্গোল শংলেন পোত্থা পুংদি
লেয়া মাংহৈদে মালংদা খোঙদোয়দুনা
মীনুংশি খঙলবী হাদ চেক্লা থব্রায় ও
পোম্বীনুংদা পোখাবিখো মপুগী কোলোয় শোনখিসি
নঙনা অমং য়াইথোং কুপ্রমদাই মতাংদা
নচাগী য়াব্রা কোম্লোয়সি তারবদি হে থব্রায়
ব্রাংলেন মিংৎকুপ্তং য়াথোকপিয়ু পুকমেন পাউমেনখিসি
মপুগী য়াথংসে কাউগনু।

তৌদৌ অসি অহন্রক শোঙ্গরো অদুগা লাইজা ঈশিং খরা লৌরগা লব্রাইথক্তা হাপ্পিয়ু। মপু ঐগী থৌজালদগী তাইবঙদু পোত্থাবা ফংনবা পাখৎপা ঈ লাইহৌ, মতম পুম্নমক্তা লোয়না খুদিংমক্তা শিজিন্নবা মশাদা লৈরিবা লাইনা মরোল লোনবদু তাজবা ফংজগনি। তারিবা খোম্বাং অদুবু 'থব্রায় লোল' কৌই।

মতম চাদনা মরম চাদনা তাইবঙ মীনা শিবা থোক্লবদি মতম নত্তনা শিপ্রবা থব্রায় অদুবু য়াম্না থুনমক লাম্বেকপিগদৌবনি। থৌরমসি চুকশা লোনশা কৌই। শুমাং নৎত্রগা মাঙ্গোম্দা চৈ মরি য়ুংলগা লং অহিংবনা কৌইরগা থৌরম অসি তৌদুনা থব্রায়বু লাম্বেকপিয়ু।

তাইবঙ মপুংয়াইদা খোম্রেন তুমখুন তাম্লিবা
হে পোক্লেন পোকপা অপোকপা
নচাগী মাংদা য়াথোকপীয়ু
নুংশিবগী নুংশি ঈরিক খিকপীয়ু
তোম্লবা মচানা খুরুমজে।

নীংগদৌবা শক্তমঃ

তাইবঙ ঈপাক ঈয়াইগী ঈরোম্নুংদা পলেম পম্থৌ
অনীনা খোম্রেন মিৎকপ খোক্রবদা তাইবঙ থৌশিলবু
ব্রারী শিংবুন তৌনরি ।
নঙবু পোকপা পম্থৌগী শক্তম্বু নীংশিংউ
অপোকপী নমাবু নীংশিংউ
তাইবঙ শেম্বা মপুগী শক্তমনি
নঙত্তা নফি য়েৎলগা ভক্তিগা লোয়ননা খুরুমজৌ
তাইবঙ মালংপানসে মাগী য়াথং ঙাক্তুনা চৎলি ।

## মালেম মমানা মচাবু তাইবঙ মপুদা শিন্নবা

হা হা মখা থা র লানা মথক থং
সনা য়াইদা চন পলেম পম্থৌনা নাক-য়েৎ শেম্নরগা
মচাগী খুদাং পায়দুনা মপু মাগী খুয়াদা কৎচরে কৎচরে
পলেমগী মশক ঐখোয়নি নচা ইচা খায়বিগনু
নাব্রাগী নাব্রা চাপ মান্নে পলেম ওইবী মমা ঐনা
ইচাগী খুদাং পায়রগা মপু নঙোন্দা শিন্নরে শিন্নরে
মপুনা ফিগাওনুংদা হপ্পিগ্রবদা
পলেম নমা ওইবীনা মালেমদা য়াইবী মরাং কায়রে ও হায়গনি ।
হরাওজরে নুংঙাইজরে পেঙ্গরে মালেমদা য়ায়বী মরাং কায়রে।

তাইবঙ পোকপী নমা ঐনা মপু মাগী মফমদা শিন্নখ্রে লেম্না মাংদবা ওইরো । নঙনা শোম্নিংবা মিংথৈ পূন্নমক শোম্লগা তুংদা মিংথৈ অসি শোঙ্গরবদি পলেম নমাগী য়াথং মতুং নঙনা হায়জবা খুদিংমক লাইরমলেন মীরমলেন অনীনা য়াবিবা ওইরসনু ।

## অগ্নিবান

''ওঁ অগ্নিবান অগ্নি কুণ্ড
স্ফুরিণী প্রজ্জলিতম স্বাহা'

উতংগী তেন অমা শারগা মচিন অদু মৈ মুরগা মিংথৈসি শোন্দুনা কাপ্পু লৈদ নোনগনি থক্তা থাঙ্গৎতুনা কাপকনি য়েক্লবা অদু মকোক্তগী চান্ননি। হরিগী মিংলেন কৌবা মীদদি থৌরম অসি তৌগনু। তৌরমদাইদা আচমন তৌথোকউ।

তেন অসি মীনা কাপ্লকপা থোক্লবসি ব্রাহৈসি হায়দুনা লেপহনগনি।

হরিগী কোলোয় শোঙ্গরি
নঙনা নুংশিগী মৈচাক মৈরীদু মুৎপীয়ু।
হরি মাবু নীংশিংলগা হেক্তা খুরুম্বদা মৈগী মৈশা মুৎকনি।

## শনিবান

শনি কৌবা লাইগী মিত্তগী মৈরীনা মৈত্রা হৌরে হৌরে
নঙনা তৌজবা নঙনা ফংজরো উৎ ওইনা তুম্মো।
তেনজিন্দা শোল্লগা কাপ্পু। মী অদু অমুক হৌগৎলরোই।
নবুংঙো ঐদি হরি নাম হেক তাবদা ইংথগনি

## বায়ুবান

বায়ুপতি প্রচণ্ড বায়ু প্রবাহিতম প্রবাহিতম প্রবাহিতম

মৈরীগী মৈরী হৌদরে নঙগী কুণ্ড মনুংগী মৈজাও
ইচিক হুনবগুম মুৎখরে খঙলেদনা তাইবঙ অপঙ
নবুংঙো ঐগী থৌরমদা থৌশাদবা তৌরবদি নরান অদু ফংগনি।

## মৈ মুৎপা

হু-হুৎ হু-হুৎ হু-হুৎ
হুত্তুনা ফাওদুনা ফাওরেং লেং
নম্মিত্তুবু হুৎলবনি।

## (শনিগী মিংথৈ শোনগনি)

মিংথৈ অসি খুদোনবীদা শোল্লগা খুদোনবী অদুনা মমিৎ য়েংদুনা থিল্লু। মী অদু হৌগত্তুনা চৎলোই। য়েক্লবনা অরানবা থবক তৌরবদি খুদক্তা থবক অসি তৌগদৌবনি।

কনবিগে হায়রবদি হুঁ হায়বা শ্বরগী খোম্মুংনা চনিং য়ৌনা লাপ্পা কামথবীমু খুদক্তা ফগনি।

## মালেম লৈমা খুরুমজবা

খাদা চৎপনা খাখোঙ য়ৌনা
নোংমদোন্দা চৎপনা লাইরৈবাক য়ৌ
নোংচুপ নোংপোক কোইচেন চেন
চেনবমখৈ চেন্নগা তাইবঙ ফম্বাক য়াথোকই
হাদ পলেম ও মালেম নঙবু নচাগী য়াব্রাসি তারবদি
তাইবঙগী ঈপাক ঈয়াইসিদা লৈরাংগী লৈনম ফংহনবীয়ু
হৈরাংগী হৈনম তাহনবীয়ু মপুগী মিংখৈ শোঞ্জগে
ঐগী থৌরম খুদিংমক মপুবু নঙোন্দা কৎচৈদা
ইমা নঙনসু লৌবীয়ু। নরৈনা থক-খা ইন্দুনা
মালেম লৈবু লেক্লগা অচৎ চত্তবু অনৌবা পুন্সি পিনবী
হে পলেম ও মালেম অপোকপী
মপুগী য়াথং ঙাক্লিবী তাইবঙসে মপুং ফাহনবীয়ু
অনৌবা য়েন্নিং হুলহনবীয়ু য়াইবী মরাং কায়হনবীয়ু
পলেম মালেম নঙবু খুরুমজৈ
অঙাংবা স্না ফিগে মলেমদা ফ্রে ফ্রে হায়দুনা
মপুগী থৌগল তৌজবী লোক তাই কোঙাইনদবী
পিরাংগী লৈরাং লাইজনা তাইবঙদবু চেন্থবা
অনৌবা পুন্সি ফংজবা তাইবঙ নঙবু শোয়েদো
মপু মহাক্লা থাগৎলি ফজেদকো হে ইমা ও পলেম মালেম
নঙগী নথানুংদুদা খোগ্রেন মিৎকপ থোক্লগা
অনৌবা পুন্সি ফংদুনা মপুগী কোলোয় শকচবা
নচানা ফিগাও শানা য়াজরি।

পূজা পুন্নমক লোয়রগা থৌরমসি শোন্দুনা ফিগাও য়াদুনা নিজরো লাইয়াম ঐখোয়নসু অখাকপা লৈতনা পিগনি। খুড লৈতানা খুরুমজৌ লৈরাং খুজোক কৎচরো।

থৌরম অসি নোংপোক পাম্নোইবীদা লৈরাং কৎপদসু শিঞ্জিন্নগনি। মরমদি তাইবঙ লৈমরেন ফুক্তুনা তাইবঙ থব্রায় পোম্বাবদা মাগী শরুকসি য়াওরি মদু কাউগনু।

ব্রাহৈসিদি কাউগনু - লাইরমলেনগী ইমানা
তাইবঙ লাংওন লাংলৌ চৎলগা
তাইবঙ থব্রায়বু য়োকপিরি।
নচা ঐখোয়বু চানবীয়ু।

অসুম হায়দুনা লৈরাং খুজোক কৎলগা খুরুমজৌ নীংজবা পুম্বা মহৈ য়ানগনি।

# থব্রায় মী কোনবা ফাওনরোল

(মসিদি শিথ্রবা মী ফাওবদা উনবা য়াগনি। মতম খুদিংমক্তা শিজিন্নবা য়াগনি)

চেপনা চিংবা চেপচিংনবা
তাইবঙনা চেংজেল লোয়রবদা
হকচাং কয়াৎনুংদুদা মায়থোঙ খাথোঙবু
চিংলকপা শিংলি নাউরি ফোইদৎলকপা
থব্রায়না খপ-খপ চোংলকপা
মমিত্তগী পিরাং শিঙ্গরক্লবদা
মপু মাগী শিঙ্গা মতুংইন্না
পলেম মালেম নমা ঐনা
থবাক্তবু তোংদুনা তাইবঙ নঙবু খামইদা
তাইবঙ শেম্বা মপুনা নমা ঐগী থক্তা নেৎলগা
লাইরমলেন্দা থোরকপা য়েংবগী পেনবা নাইখিদে
মপুগী মশক উরগা নমা ঐবু খুরুন্নগা
থব্রায়বু নঙনা চৎখিবা পলেম মালেম ঐনা কল্লকই
হে থব্রায় ও য়াইবীরেল নমাগী য়াব্রাসি তারবদি
মপুগী ফম্বাল নাক্তগী ব্রাংলেন মিৎকুপ অমত্তং
নমাগী নাক্তা য়াথোরকউ নমা ঐগী খোন্নাংসে থক্লখো
নঙনা হায়নিংবা হায়রম্মু নিংঙাই ওইনা কেজ-ব্রাউজ
থব্রায় নঙনা কেজরম্বদু নমা ঐগী মাংদা অমুক্তদি উৎলখো
য়াব্রা কোলোয় তন্নম্মু!
হে থব্রায় মঙামক মিগা থারগা তরুকমক
নমা ঐগী য়াব্রাসি তাদ্রবরা!
হে থব্রায় নুংশিবী লাইরমলেন্দা য়াথোকপী
মীরমলেন্দা চাক্তাবী নমা ঐগী ইচানি ওইজবী
নমাগী খোন্নাং সে থক্তুনা ইমা হায়না অমুক্তা কৌরখো
মালেম্না লৈকোইপুংসি ইচাগী অব্রাৎপা লৈতেদো
চানিংবতা চাজরো শেৎনিংবতা শেৎচরো
নমাগী নাক্তা লাক্লমখো খোন্নাং মায়োক্লরখো
থব্রায় নঙবু তাব্রা।
পলেম মালেম নমা ঐনা খোঙথাং খোঙলৈ খুদিংদা
লাইগী লম মরোল তরেৎপু য়ৌবদা মমাগী য়াব্রা ইঙবা ইচানি।
ইমাগীদি ইচানি লাউথোকপিগে লাইয়ামদা নপাউদদি শেংলম্মু।

ঙা মরূ তাননবা

শগোল থোক ও শামু থোক ও
মরূ নঙ তেকলো
য়াংলেন শরূ তেকলো
মপুগী য়াথংনে

ঙা মরূ পনবদা ব্রাহৈ অসি শোন্দুনা লুশমদা খুৎচেপ্পা দক দক য়াম্নদুনা শুথবীয়ু। ঙা মরূ অদু তাগনি।

অনীশুবদা - শগোল থোক শামু থোক
পথেক পথুম
মরূ নঙ তুমলো
য়াংলেন শরূ তেকলো।

অসুম্না শোনবীয়ু ঙা মরূ অদু তাগনি।

মৈগী স্তুতি

অঙাংবা লৈতোন্না হা হা হা তম
লৈয়েং লিশিংনা ফ্রে ফ্রে ফ্রি ফ্রি কাম
মরোল তরামরিবু য়ৌ
মপু মাগী সেবা ফংজরি হে-মৈ কৌবা লাইও
নশক য়েংলে ঙাংশং ঙাং-নতৌ উরে ঙাংশং ঙাং
ঙাংদা ঙাংবা অঙাংবনা ফুদোংনরিবা
নঙনা ঐগী মৈগী কুণ্ডদগী য়াথোক্নুনা
তাইবঙ মপু মহাকপু উৎপিয়ু
মৈ কৌবা লাই চাকখৎলো চাকখৎলো চাকখৎলো
মালেমসে শিন থুংনা ঙালহনবীরো
হে মৈ কৌবা লাই চাকখৎলো চাকখৎলো চাকখৎলো
তোল্লবা নচানা ভক্তিগী পিরাং লৈরাংবু কৎচরি।

মৈনা চাক্লক্লবদা হৈ লৈ কত্নুনা মৈবু অসুম্না খুরুমজৌ।

## মৈদা নৈশি লৈথোঙবা

হে মৈ কৌবা লাই নচাগী থম্মোয়বু য়েংবিরগা নুংশিবীয়ু চানবীয়ু ।

মপোক মপোক খুদিংদা মপুগী মনাই ওইজবা মৈ কৌবা লাই নঙনা ফংহনবীয়ু ।

চাকথৎলক্লিবা মৈদা অসুম্না ঘী থাউ কৎলগা খুরুমজৌ ।

## মৈনা পেননবা -

হে তাইবঙ মপু শিদবা লাইজ খিকলেন কৎচরি ।

পেনবী হৈবা হে মৈ কৌবা নঙনা পেনবীরো পেনবীরো পেনবীরো।

## অগ্নি নমস্কার নাম

শুভসিত বাক অহম্ অগ্নি সন্তোষম

অগ্নিসু অগ্নি সুস্বাগতম্ সর্বত্র এক রূপ

অগ্নি রূপ! লোক-লোকান্তর সুপ্রভাতম্

দৃষ্টা অহং অগ্নি সর্বত্র প্রকাশিতম্

আজ্ঞা পালন দেবেষু অগ্নি স্বষং ক্ষেবিতম্।

অসুম্না খুরুমজরবদি মায়কৈ খুদিংমক্তা চিংথৈনা ঙানবগুম নঙগী থম্মোয়নুংদসু ঙানগনি ।

মথক্তগী মখা ফাওবদা লৈরিবা থৌরম পুম্নমকসি অহিং অমা চরা হেল্লগা শ্লোক অসি খিদুনা খুরুমজরগা লৈমায়দা থিনবদা মরনাই মৈ হৌগনি ।

ভক্তি পুষ্ট জলাঞ্জলি উদক সক্রদক পিবন্তি

ইতি অগ্নিদেবঃ পূর্নোদক ভবন্তি।।

মিংথৈ অসি শোন্দুনা মৈনা চাকথৎলক্লবদা খুত্তা ঈশিং খরা লৌরগা । অচাকপা মৈদা চাইশিনবদা মৈ কৌবা লাইনা পেঙ্গে ।

## অহং ব্রহ্ম সর্বন্তরমামী তৃপন্তু তৃপন্তু

থৌরম অসিসু মৈতেলোন্দা অসুম্না হায়রিঃ-

মৈ কৌবা লাইনা নচাগী থম্মোয়বু য়েংবিরগা নুংশিবীয়ু মপোক মপোক খুদিংদা মপুগী মনাই ওইজবা মৈ কৌবা লাই নঙনা পীনবীয়ু ।

মৈ কৌবা লাইনা কুণ্ডদগী থোংনা লাউনা চাকথৎক্লিবা শক্তম অদু ব্রহ্মগী শক্তমনি ।

## ময়ুম পাল্লবী নুপীনা মপুরোইববু ফাজিননবা থৌরম

পোৎচংঃ - লফোই লফাং চং থোকপা অমা, কম্বী অমা, হৈ লৈ, অমদি থাউমৈ থাল্লগা ব্রানা মখোঙ মরি য়ুংলগা মপুগী মফমদা পূজা কৎচৌ মখোঙ মরি অদুদা হৈনৌ মনা থেৎকনি। লং অহিংবনা কোইশিনগনি। ঘট অমা লাৎকনি । ফৌ মথক্তা ঘটতু থমগনি। কম্বী অদুগী মখাদা ফি অঙৌবা অমা থাগনি। অদুগা পূজা কৎচৌ অহানবদা বেদ-শাস্ত্রবু পুথোকপা মপুবু খুরুম্মু।

হে তাইবঙগী মপুও বেদ-শাস্ত্র পূম্নমক শেমদুনা তাইবঙ য়ুমতিনলাংবু শেন্নিবা অচুম্বতা চৎলিবা তাইবঙ মপু ইবুংঙোনা নুপা নুপী (মমিং পনগনি)। অনীসে মপুগী য়াথং ঙাক্লগে হায়দুনা তাইবঙ ইপাক্তা চোংথরক্রে। অদুনা হে গুরু গুরু নহাক্না তৎন-থানবা লৈত্রবা মপুগী থৌজালবু ফংহনবীয়ু।

পলেমনা পলেমদা শিন্নরে, পম্লৌনা পম্লৌদা শিন্নরে। তাইবঙ পূম্বা তাখরে খঙস্রে। ইপা ইপুইবুথৌনা মিরেপ ওইবিরে সে সে ঙসিদগী ঐগী ইচা (মমিং পনগনি) বু মপুগী য়াথং মতুং ইননা শিন্নরে। মপুগী য়াথং হিক্তোকপা য়াদে। তাইবঙ নঙবু চুগ য়ৈদুনা ফারবনি। ব্রাহৈ অসি হায়রগা চুগ অমা লৈনুংদা থেঙ্গুনা য়ৈশিনগনি। মথংদা নুপী অদুগা নুপা অদুগা অনীগী ফি কিশি কিগনি। কিশি মনুংদা লৈশং মচেৎ অমা হাপউ। অচং অথোক য়েংলগা অফবা পুংফমদা তৌ। নুপী অদুনা কিশি অদু কিখিবা নুমিৎ শিংবুম মঙানি কিশি থোকপা য়াদে নুপা অদু মপুক্সিদা মমিৎ অনী লোংলোই। ব্রাখল চোয়রোই।

নুপী অদুনা ময়ুমদা চৎলগা লাইনিংথৌবু খুরুমজৌ অথুম অহাও কৎলু। থাউমৈ থাল্লু হৈ লৈ য়াওগনি। নুপীনা লাইনিংথৌদা অসুম্না নিগনি।

হে লাইনিংথৌ গুরুগী শিম্বা মতুং ইন্না ইবুংঙোগী থৌগলবু ফংজৌ হায়দুনা নচা লাকচরে। হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো পুকচেল শেংলবা নঙনা পুকচেল শেংবগুম পুন্সিসি নুংঙাই য়াইফনা পাঙ্গগে। ঐগী লোইরং শিংখোঙ শিংচেপ লাক্লবদি লাইনিংথৌ নঙনা ঙাকপীয়ু। ঙাকথোকপীয়ু। নকোক খুন্নগা নমিত্তগী নপি তাবমখৈ নিজৌ। নুপা অদু হন্দক্কী মপোক্তা লম হেল্লোই। হন্দক্কী গুরুনা হোংবা লুহোংসিদা নুপাদি যাত্রা স্নাগী থম্বাল শাৎখিবা অদু ওইগনি। খোঙফম নাম্মা লেংথোক্লোই।

নুপা অদুগী নুপীদা মীনা ফত্তহৌদি তৌরকপা পূম্নমক কোক্লনবা অসুম হায়দুনা তিন শিত্তোকখো।

